# কৎচবা

প্রাণ গোবিন্দ !

ইবুঙো নংগী দয়া করুণাগী খুদম অসি য়েংউ-য়েংউবা মাইকৈ পুন্নমক্তা মাচুতা উরকলে নংগী অতুম ওইবা অহৈতুকী করুণা অতুগী দমক জীব ঐখোইনা করম্না লমন শিংবা ওমগনি কুটি জন্মদস্থু লমন শিংবা ওম্মরোই নংগী করুণা অমদি ধরাধাম অসিদা নংগী ভক্তশিং থারকুনা পোকহল্লি কারণ জীবশিংদা কৃষ্ণ ভক্তি শিক্ষা পিনবা উদাহরণদি ননাই শ্রী৺ভাগ্যচন্দ্র মহারাজবু মণি-পুরদ' পোকহনবিহুনা তব শ্রীমূর্ত্তিনচিংবা নিরুপণ তৌহনা গোবিন্দ প্রেম পুথোকপিরমই অতদগী মথং মথং মৈতৈ জাতীনা গোবিন্দ প্রেম মরিক অমতং ফংজবিবনি। ইবুঙো নংগী চরন্দা হাবা য়াবা থোনবা য়াবা মতিক চাবা বস্তু অমতস্থু কৎচবা ওমদে ননাইদি কাঙ্গালনি ঐন' খংদি খংদা, পামদি পাম, তৌহুনা থোমজিন থিজিন্দুনা লেংজবা শ্রী৺শ্রী৺গুরুদেব শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী জীবনী ইবা লাইরিক মচা অসি পুষ্পাঞ্জলী ওইনা শ্রীচরন্দা ওসি কৎচরি। বৈষ্ণব খিবিক্কী হৃদিদা আনন্দ পিনবিউ। ইতি—

1753

তব দাস দাসানুদাসঃ

কৃপাসিন্ধু দাস




# হাইজনিংবা

শৃণ্বন্তি যে বৈ গুরুকথাগাথাং
গায়ন্তি যে বৈ হরিনামমন্ত্রং
পূনন্তি সাধু-গুরু-দেবতাঞ্চ
চৈতন্য-ভক্তাঃ কলিকালমধ্যে ॥

শ্রীগুরুদেবগী য়ারি য়াভাইবু তাজনিংইবা, হরিনাম মন্ত্রবু শকচ শোনজরিবা, সাধু, গুরু, দেবতাবু সেবা তৌজরিবা মীশিং অসু কলিকাল অসিদা শ্রীচৈতন্য-ভক্ত থাংগৈ শেংবা হাইবসু মখোই অসুনি।

ঐখোই মৈতৈ জাতীনা তিলকচন্দন, নগুণ উরিক ফংসুনা চিন্দা "হরে কৃষ্ণ" হাইবা শোনজবা ফংইবসি কনাগী কৃপাদগীনো হাইবসি খিবনা চুমই। খিরবদি কদাইদা লৈরমই গুরুনা পিরিবা প্রণালিকা হাইবা চে অসুদা লৈরে মাসুদা শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুদগী মকোক হৌরসুনা মথং মথং গুরুবর্গশিংগী নাম ইরি। অসুনা শ্রীগুরুদেবশিং অসুগী পরিচয় খর মখৈদদি খিজিনবনা অফবনি। অসুদি নত্তনা ইথি হেক খিদনা তত্ত্ব বিচার ইহং হেক হংদনা চন্দন উপ্পুদা অসুম থম্বনদি লাৎপনদি আত্মোন্নতি ওইরোই। প্রণালিকা অসুদা য়াওরিবা শ্রীগুরুদেবশিং অসুগী তত্ত্ব বিচার খিজিনবা গুণ কীর্ত্তন তৌবা শ্রবণ তৌবনা কাম্নগনি। মরম অসিদগী মূর্খ ওই-রবা করিসু খংজদবা ননাই লেখকনা কেবল গুরুগী গুণ কীর্ত্তন তৌজনিংবদগী লাইরিক মচা অসি পুথোকচরি।

শ্রীঠাকুর মহাশয়গী ফোটো অসি করম্না ফংওকপনো হাইবত্থু মতেক অমা হাইজগে—ননাইনা ইংশোক ১৯১৬ তা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা বাস তৌবা কালদা শ্রীগুরুগাদী থিবা মুর্শিদাবাদ চৎলি জিলা অদুদা বালুচর গাম্ভিলাপাট্টা বড় গোবিন্দ বাড়ী হাইবদু ঐখোই মৈতৈ জাতীগী গুরুগাদী হাইবত্থু ওইরমলে। অসিদা ঐনা ১৩২২ শালগী ওইরমাল্লে বসুমতী খবর কাগজ অমা উরে। মাত্থুদা আর্টিকল অমা য়াওই শ্রীঠাকুর মহাশয়গী লৈপাক্কী মূর্ত্তিগী চিত্র অমসু য়াওই। আর্টিকল অদুদা করি হাই—মুর্শিদাবাদ জিলাদা গ্রামগী কনাগুম্বা অমা লৈপাক তৌবদা লৈপাক্লা শাবা মূর্ত্তি অমা লৈপাক মনুংদগী থেংনক্লরে করিগী মূর্ত্তিনো হাইবত্থু খংদরে অদুদগী নিপা অত্থুনা কলিকতা মিউজিয়মদা পিররে মিউ-জিয়মনা মূর্ত্তি অদুগী তত্ত্ব থিরকপা মতমদা অসুম্না নিশ্চয় তৌখি—শ্রীঠাকুর মহাশয়গী মতম অদুরাইদা ফোটো কারবার অসি লৈরমদে অত্থুনা মতম অতুরাইগী মহাপুরুষশিংগী শ্রীমূর্ত্তিশিংগী ফোটো দর্শন ফংদবনি করিগুম্বদা তাংনা তৈল্যচিত্র লাইয়েকপা খুৎ হৈবা অদুক লৈরমই। মরম অসিদগী শ্রীঠাকুর মহাশয়গী শ্রীমূর্ত্তিগী চিত্র ফোটো ফংনবা করি উপায় লৈরমদবনি। অদুগা কাল অদুদা কুমার জাৎ (চক্ষু শাবজাৎ) মখুৎ মশা হৈবা খরনা শ্রীঠাকুর মহাশয়গী শ্রীমূর্ত্তি অসি লৈপাক্লা শারগা মেলাদা হেক হেক য়োল্লমই শ্রীমূর্ত্তি অদু মমিৎমক্লা উহৌবা কাংবুনা শাবনি মমিৎমক্লা উহৌবা কাংবুনা মাত্থু মেলাদা লৈন-রমই। মেলা মেলাদ লৈপাক্কী মূর্ত্তি য়োনবা লৈবা চৎনরকপদি

ঠাকুর মহাশয় থুপখরবা মতুং চহি ২০০ রোম চৎনরমই অতুদগী অতুম লুপ্ত ওইখিদুনা চিত্র অমতা ফাওবা উখিদরে। হন্দকতা ১৩২২ শালগী অতুরাইদা লৈপাক মন্নুংদগী ফংউরিবা অসিনি হাইরিবা লৈপাকী মূর্ত্তি অসি শ্রীল শ্রীঠাকুর মহাশয়গী শ্রীমূর্ত্তিনি হাইনা লেপতুনা বসুমতীদা প্রকাশ তৌরে। অতুদগী ঐনা শ্রীমূর্ত্তি অতুগী ফোটো অতু পামজদুনা ফংননবা হোৎনজবদা শ্রীগুরুগাদীগী বর্ত্তমান সেবাইত শ্রীশ্রীজ্ঞানদানন্দ চক্রবর্ত্তী ঠাকুর মহাশয়না কৃপা তৌবিদুনা শ্রীগঙ্গানরায়ণ চক্রবর্ত্তীগী ফোটো অসিমগা অনি অসি ননাই ঐখোন্দা পিনবি। বৈষ্ণবশিংনা দর্শন তৌবিনবা হাইদুনা লাইরিক মচা অসিদা হাপচরি।

শ্রীঠাকুর মহাশয়গী জীবনী লাইরিক অসিদা য়াওরিবসি শ্রীলোকনাথগী মরম, ঠাকুর মহাশয়গী পোকপা, বাল্যগী য়ারি, শ্রীগৌরাঙ্গগী প্রেম ফংবা, শ্রীবৃন্দাবন চেনবা, ব্রজদা বাস তৌদুনা ব্রজপরিক্রমা তৌবা অসি হৌজিক ফোংইবা লাইরিক অসিদা য়াওরে। মাসিগী মথং লৈহৌরিবা অসি ব্রজদগী শ্রীগ্রন্থশিং পুথোকুনা শ্রীনিবাস, শ্যামানন্দগা লোইননা বাঙ্গলাদেশ রোমদা লাকপা, বনবিষ্ণুপুরদা লাইরিকশিং হুথিবা, অতুদা শ্রীনিবাসগা নরোত্তম শ্যামানন্দগা কাইনবা, শ্রীঠাকুরনা নিজদেশ খেতরীদা লাকপা, অতুদগী শ্রীধাম নবদ্বীপ, অম্বিকা, শান্তিপুর, কটোয়া, শ্রীক্ষেত্রনচিংবা শ্রীমহাপ্রভুগী স্থানশিং অসি দর্শন পরিক্রমা তৌরকপা, অতুদগী হল্লকতুনা নিজ দেশদা শ্রীবিগ্রহ ৬ নিরুপণ তৌবা মহামহোৎসব তৌবা গরানহাটীনচিংবা মহাসঙ্কীর্ত্তন পুথোকপা,

শিষ্য প্রশিষ্য পোকতুনা প্রেম প্রচার তৌরকপা প্রসঙ্গ য়াওবা পৃষ্ঠা ২০০ খর হেল্লা চাওবা খণ্ড ১। ২ লৈরি। সম্পূর্ণ খণ্ড ওইনা অমুক্তদা ফোংনবা হোৎনরবদি মাহুগী ব্যয়ভার অত্ত পুম্ম ওমজদতুনা মচেৎ ওইনা অহানবা খণ্ড অসি ফোংজরি। বৈষ্ণব খিবিকী কৃপা লৈরগা মথংগী খণ্ডশিং অসি ফোংননবা হোৎনজগনি ১ম খণ্ড অসি যত থুনা শিংখরগা মথং খণ্ড অসি থুনমক ফোংজবা ওমগনি মাসি বৈষ্ণবশিংগী কৃপা মঙাইরে লাইরিক অসি বৈষ্ণবশিংদা পাবদা মতিক চাবা পোৎ নত্তে অত্তম ওইনমক শ্রীগুরুগী তত্ত্ব কথানি খন্নবিতুনা অমদি শ্রীমূর্ত্তিশিংগী ফোটো অসি নিত্তিগী লাইথুরম্বদা দর্শন তৌবিনবা চন্দন উপুদা হাপ্পিনবা মী থুদিংমক্তা লাইরিক মচা অসি অমমম থম্বিউ। মুপী নহা অঙাং ফাওবা লাইরিক মচা অসি অমমম পাইহন্নবা, পাহন্নবা হোৎনবিউ। মাসিদগী জীবগী খজিক্তং ওইরবস্নু উপকার ওইরবদি ঐগী পরিশ্রমগী সফল ওইজগনি।

অসোই অঙাম লৈবা পুম্নমক কৃপা তৌবিতুনা তাকপিরকউ অত্তগা অসি অসি তৌরগা ফগনি হাইবা পাওতাক পুম্নমক বৈষ্ণব খিবিক্তগী নিজরি। ইতি—

১০ আষাঢ় শ্রীচৈতন্যাব্দ ৪৬৬
রথ যাত্রা
ইম্ফাল, মণিপুর।

মহাক্নগী খুমাখাগী ননাই
কৃপাসিন্ধু দাস



শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়



শ্রীগঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তী ঠাকুর

শ্রীহরির্জ্জয়তি

# শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় ॥

জয় জয় শ্রীগুরুদেব! শ্রীগুরুদেবগী চরণবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। বৈষ্ণব পাঠকশিংগী চরন্দা হন্না হন্না খুরুমজৈ। মহামুর্খ ওইরবা, অক্ষরমু নিংখিনা খংজদবা, বৈষ্ণব খিবিকী চরণগী মনাই ওইবমু মতিক চাত্রবা ননাই লেখকনা ইজরকইবা অসি ঐখোয় মৈতৈ জাতীগী আদি গুরু ওইরবা শ্রীশ্রীশ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী মরমদনি অরান অহুই খিবিক বৈষ্ণব খিবিকনা ক্ষমা তৌবিউ হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয় অসি করম্বা মতমদা মফম করম্বদা করম তৌনা পোকখিবনো হায়বহু ইজরগে—

কলি পাবনাবতার শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা শিল্লমইবা লীলা অসি জীবনা খংবা ঙমত্রবা অচিন্ত্য শক্তিনি। প্রভুনা মনাই নরোত্তমবু ধরাধাম অসিদা পুথোক্কে পোকহনগে নিংবসি প্রভুনা সন্ন্যাসী ওইত্রিঙৈদগী হৌনা ইচ্ছা তৌরক্কে হায়না নিংজৈ; করিনা প্রভুনা হয়েং নরোত্তমনা পোক্লরগা মাগী গুরু ওইরনবা শ্রীলোকনাথ গোস্বামীবু হায়না শেন্নমই। শ্রীলোকনাথ গোস্বামীবু প্রভুনা শেমহুনা বৃন্দাবন্দা থাবা অসি প্রভুনা সন্ন্যাসী তৌত্রিঙৈদনি মাহুগী সংক্ষেপনা খরদং ইজগে।

নদীয়া-বিহারী শ্রীগৌরচন্দ্র ইবুঙোগী বয়স চহি ৭।৮ শুবা কাল শ্রীধাম নবদ্বীপতা বাল্যবিহার তৌরিঙৈ মতম অসিদা বাঙ্গলা দেশকী জশোহর জেল্লাগী তালখেড়া জাগলি কৌবা গ্রাম অহুদা শ্রীলোকনাথ অসি পোকই। পিতা পদ্মনাভ চক্রবর্ত্তী মাতাগী মিংনা সীতা কৌই মহা বৈষ্ণব বৈষ্ণবীনি কুলীন ব্রাহ্মণনি। পিতা পদ্মনাভ অসি শ্রীঅদ্বৈত প্রভুগী শিষ্যনি ১মুং শ্রীঅদ্বৈতগা তিন্নহুনা মতম লৈবা খিবিক্কা লৈরমই। মপা মমানা সাধু বৈষ্ণবনিনা লোকনাথস্সু অঙাং ওইরিঙৈদগী সাধু ওইনা হৌরকই। পিকইঙৈদা লাইরিক লাইশু তম্মকপদা মহাপণ্ডিত হেক্তা ওইরকই। ভক্তি শাস্ত্রনচিংবসি মুম্না থংবন্নুনা শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবা থংই, কৃষ্ণকথা য়ায়্না পাম্মকই, অঙাং ওইরিঙৈদগী সংসারদা উদাসীন ওই। বিদ্যাধ্যয়ন তৌনা তৌনা কৃষ্ণপ্রেম অসি অমুম নোংম নোংমগী বৃদ্ধি ওইরকপা, বয়সনা চহি ১৫ রোম শুরকপা অহুগা শ্রীগৌরচন্দ্রগী চহি ২৪ চংলকপা শ্রীনবদ্বীপতা প্রকাশ ওইনা ভক্তশিংগা বিহার তৌবা কাল অসিদা শ্রীলোক-নাথনা অমুম মীগী মচিন্দগী তারকই, মাহুদি শচীগী গর্ভদা পোক্করিবা শ্রীগৌরচন্দ্র কৌবা ইবুঙো অসি স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণমকনি, ইবেম্মা শ্রীমতী রাধিকাগী ঋণ শোধন তৌগে নিংহুনা রাধাভাব কান্তি লৌহুনা গৌরকান্তি ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোমা নবদ্বীপতা বিহার তৌরি হায়বসি তারে। শ্রীকৃষ্ণদা হান্নদগী রক্তি লৈরক্লবা লোকনাথনা পাও অসি তাবদা হৃদিদা প্রেম হেক লাকই শ্রীনবদ্বীপতা চংলগে শ্রীকৃষ্ণদর্শন তৌরগে মুমদা অমুক হন্নক-

লরোই হায়না হেক সংকল্প তৌই। শ্রীলোকনাথ অসি মথক্তা পোকপনি মথকস্থ মথাস্থ মচন মচেম মচিন মনাও অমা পোক্ত-বনি। মপা মমানা মণিদোনা য়েংতুনা লৈজবনি পিতা মাতা অনিনা মচাগী উদাসীন স্বভাব অসি উবদা ওস্থোক্লা লাংতক্লরকই য়ুম থাদোক্তুনা বৃদ্ধ পিতা মাতা ঐখোয় অনিবু হুপ্লেক্তুনা চৎখি-গদরা হায়না থর থর চিংনরক্লে অতুনা পিতা মাতা অনি বাৎসল্য প্রেমনা মচাবু বিবাহনচিংবা তৌহিদুনা সংসারিক্তা বন্ধন তৌগে হায়না তানরক্লে। মাসি লোকনাথ থংলদুনা রাখল তৌরকই "ইপা ইমা অনি অসিনা ঐবু মচা কৌবনিনা বাৎসল্য প্রেমনা ঙাওহুনা বুদ্ধিভ্রম ওইহুনা ঐনা পরমার্থিকী তাল্লকইবা লম্বি অসি থিংগে হোৎনরি ওস্থোকপনি হে সংসার পুত্রস্নেহগী মায়ানা কুপতুনা তৌরিবনিকো ইপা ইমা অনি অসি ঐদবু প্রাণ ওইহুনা মণিদোনা য়েংহুনা লৈজবনি অদুনা ঐনা হেক মাংখিবদা প্রাণ অনি হেক থাগে হায়গনিসে অতুবু সংসার অসিদা অসিগুম্বা লীলা কয়ামুক উরে শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদি অচিন্ত্যনি কনাগুম্বা মচা অমত্তা পোকপা মপা মমা লৈ বিধাতাগী নোংদম্না মচা অমত্তা ঙাইবা অতু মতম চাদনা হেক মৃত্যু ওই। মমা মপা অতু পুত্র-বিরহ অতুগী দমক মতম থম্না অরাবা ফংই শিবদি ওমদবনিনা অতুমক দীনযাপন তৌই। ঐদি শিবা নত্তে শ্রীকৃষ্ণভক্তি তানগে শ্রীকৃষ্ণদর্শন তৌগে চৎপনি করিগী অতুক রাফম থোকই ঐনা চৎখিবগীস্থ করি দোষ লৈক্তে অস্থম্না থন্দুনা গৃহ-ত্যাগ তৌরগে হায়না দৃঢ় সংকল্প তৌরক্লে। বৈষ্ণব পাঠকশিং শ্রীলোকনাথ

অসি য়ুমদা রাখল অসি তৌদুনা লৈবসি জেলদা লৈবগা চপ মামনা শ্রীলোকনাথগী অন্তরদা রাখরবনি করিনা শ্রীকৃষ্ণগী বেণু নাদ তারবদা ব্রজগোপীনা য়ুমদা লৈবা ঙমদদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা ইকাই ইকী হুপ্লেক্তুনা চেল্লকপা অদু'নি। নদীয়া-বিহারী শ্রীগৌর-চন্দ্র ইবুঙোনা তুংদা পুথোক্লককদৌরিবা লীলা কারণগী দমক মনাই লোকনাথবু আকর্ষণ তৌরকপা অসিদা পূর্ব্ব পূর্ব্ব লীলাদগী হৌনা সম্বন্ধ লৈরক্লবা লোইনরক্লবা নিজ সখি মঞ্জরীসু ওইরবা শ্রীলোকনাথ কদাইদগী য়ুমদা লৈবা য়াগদগে গৃহগী পিতা মাতা ভাই বন্ধুগী মরাদা অদুগা সংসার সুখগী লোভদা গৃহদা কদাইদগী লৈগদগে? লোকনাথগী হৃদি অদুদা সংসারবাসনা, লোভ, ভয় সমুং দৌর্ব্বল্য লৈবা পোৎ নত্তরে করিনা শ্রীকৃষ্ণদা দৃঢ় বিশ্বাস লৈখরবা মী অদুগীদি অসিগুম্বা কাম ক্রোধ লোভ মুহ নচিংবা ছয় ঋপু অসি লৈবা হৌনদে। অদুদগী চৎখ্রবদা অমুক য়ুমদা হল্লক্লরোইদৌবনি।

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা সন্ন্যাসী ওইবা গৃহত্যাগ তৌবা অসি শকাব্দ ১৪৩১ গী মাঘ মাস (রাকচিং থা) দনি। প্রভুনা গৃহত্যাগ তৌগদবা থা অহুম লৈরিঙৈ হায়রদি হিয়াঙ্গৈ (অগ্রহায়ণ মাস) থাদনি শ্রীলোকনাথনা গৃহত্যাগ তৌবসি। থা অসিগী নোংম অহিং শ্রীলোকনাথ নিজগৃহদা শয়ণ তৌদুনা রাখল অমুম তৌরকই "ঐ ঙসি অহিং গৃহত্যাগ তৌরগে" হায়না লেপ্লক্লে। পিতা মাতা তুমখরে অহিং থেংলক্লবা নোংয়াই কাল অদুদা শ্রীলোকনাথ তুমিন্না হৌগৎলগা থোং লোন্না হাংদুনা মপান

থোক্লক্লে হকচাংদা কুপ্পিবা চাদর মচা অমত্থু নত্তুনা অতৈ পোৎ অমতা য়াওদনা পাই পৈশা অম ফাওবা য়াওদনা যাত্রা তৌরকই মাঙ্গল য়োরগা ভুম্লিবা বৃদ্ধ পিতা মাতা অনিবু দণ্ডবৎ কৎলমই য়ুম ইংখোল নিজগ্রামবু ইহ জন্মগী বিদায় তৌরমত্থনা শ্রীনবদ্বীপ প্যাংনা মাই ওন্দুনা চেল্লকই। লোকনাথকী নিজগ্রামদগী অর্থাৎ যশোহর জেলাদগী নবদ্বীপ য়োবা অসি মুম্মিৎ অনি অহুমগী লম্বেল্লি। শ্রীলোকনাথনা গৌরচন্দ্র দর্শন লালসা অত্থনা অৱাবা থংদনা চেল্লকপসিনা নিজগ্রামদগী অষ্ট ক্রোশ অর্থাৎ মাইল ১৬ কী লম্বেল চৎলক্লগা নোং ঙাল্লকই। অত্থুদগী ইলেপ লেপ্তুনা লাকপা অত্থনা শ্রীনবদ্বীপ ধাম য়োরবদা সন্ধ্যা ওইরে। চহি ১৫ ১৬ তা ঙাইরিবা নৌরিবা অঙাং অত্থনা চাদ থক্তুনা অহিং নোং-শোইবা চেল্লকপা অত্থুদগী অয়ুক্তগী সন্ধ্যা ফাওবা খোংনা চেল্লকপা অত্থুদা কয়া ৱাখ্রিগবা বৈষ্ণব পাঠকশিং অত্থুমক বিচার তৌবিরো।

শ্রীধাম নবদ্বীপ য়োরগা নবদ্বীপবাসীশিং অত্থুদা প্রভুগী মন্দির কদাইদনো হং-হংত্থুনা অম্থুম খিরকপা অত্থুদা মমৈদা প্রভুগী বাড়ী য়োজরে দ্বার অত্থুদা লেপতুনা ঙহাক ৱাখল তৌই "ঐদি অঙাংনি অত্থুগা শ্রীনবদ্বীপতা পোকপম্থ নত্তে প্রভুগী ভক্ত কনাগম্থ থংনজদে প্রভুনম্থ ঐবু থংবিবা পোৎ নত্তে মহা মহা ভুবন পাবন ওম্বা ভক্তশিংনা কোইত্থুনা সেবা তৌত্থুনা লৈরমগনি ঐওম্বা ক্ষুদ্রজীব অমা চংথিবদি কনানা য়েংবিগনি হা কৃষ্ণ ইবুঙো নংগী ইচ্ছানি ননাইদি অত্থুম অত্থুম ওইনমক গৃহদা অমুক মাই ওম্লরোই ঐবু দীনহীন পামরনি থনবিত্থুনা অত্থুক য়েংবিরক্কদরা"

অসুমনা মণ্ডন মণ্ডন খল্লতুনা দ্বারদগী খজিক খজিক চংলকপা অদুনা প্রভুগী মন্দিরগী শুমাং য়োরে। প্রভুদি ভক্ত ময়াম্না কোইদুনা মাঙ্গল মথক অদুদা বিরাজ ওইদুনা লৈরমই। লোক-নাথ প্রভুগী নিংখিজরবা শ্রীমূর্ত্তি অদু দর্শন তৌদুনা শুমাংদা লেপতুনা লৈ। অন্তর্যামী শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু মনাইনা কিখি কিরূম তৌদুনা তরক তরক লেপতুনা লৈবা অদু উদুনা ফমফমদগী হুক হৌগৎতুনা ভুজ অনি তিংথোক্লুনা মাঙ্গোন্দগী কুমথরক্লুনা মতম কুইনা কাইনখৎবা প্রিয়সখা অমা উনবদা তৌবগুম্না হয়াওনা মনাই লোকনাথবু প্রেম আলিঙ্গন তৌবিখরে। প্রভুগী অন্তরদা হাই "লোকনাথ! নংদি অসুক কুইনা কদাইদা লৈরুই ঐনা নংবু খাদোকপা য়াবা নত্তে নহাক্না মরম ওইদুনা ঐনা তৌরকদবা থবক য়াম্না লৈরে হৌজিক ফরে জীবগী দমক থবক হৌরসি" অসি অন্তরদা হায়দুনা মনাইবু কোনশিন্দুনা মাঙ্গল মথক্তা পুখৎতুনা শ্রীবাস, মুরারী, মুকুন্দনচিংবা ফমইবা অদুগী নাক্তা ফমহল্লে। লোকনাথ নিজপ্রাণের প্রাণ ফংলবা অদুদা মহা আনন্দ ফংদুনা বাহ্যজ্ঞান লৈতবনি প্রভুগী বাড়ী অদুদা মত্তৌ অসুম তৌনা প্রভুগী শ্রীরূপ অদু দর্শন ফংবগী আনন্দগী ইপাক্তা তাওদুনা বাহ্যজ্ঞান ইলৈ লৈতনা অসুম লৈরকপা অসিনা চাগনি থকনি খংদবা অসিনা মুমিৎ ৫ নি শুরক্লে। লীলাবতার শ্রীগৌরহরি তুংদা তৌরকদৌরিবা হায়বদি নরোত্তমগী দমক প্রেম ভক্তি তাশিন্দুনা পৈদুনা থমহনগে হায়বসি খনবিদুনা লোকনাথবু অচিকপা মফম অমদা অহিং অথেংবদা উপদেশ তৌরকই।

"লোকনাথ! নহাক শ্রীবৃন্দাবন্দা থুনমক চৎলো শ্রীধাম অদুদা বাস তৌক্লরো ঐসু হন্দক্কী লাকলিবা মাঘ মাস অসিদা সন্ন্যাস গ্রহণ তৌগনি অদুগা ঐহাকসু শ্রীবৃন্দাবন দর্শন লাকনি" অসুম্না হায়রকই।

লোকনাথ চহি ১৬ তা ঙাইরিবা নৌরিবা অঙাং অসিনা কদৌঙৈদসু মমুমদগী বিদেশ চৎচত্রিবা অঙাংনি অসিনা কদাই বৃন্দাবন হায়বদুনা কদোমদা লৈ হায়বা মাইকৈসু খংদবা অহন অমগী তুং ইন্দুনা চৎলু হায়বসু নত্তবা প্রভুগী বাক্য "নহাক বৃন্দাবন্দা চৎলো" অসিতা মহাইবা অসিদা লোকনাথ করি খুম্মকই "প্রভু! তব চরণ থাদোক্লুনা ঐবু করম চৎসিগে ননাইগী নৌরিবা হৃদি অসি কাইখিবা য়াই প্রাণ অসি লৈগনি হায়বা থাজদে" হায়না লোকনাথ প্রভুগী চরণ কোন্দুনা কপ্লক্লে। প্রভুনা করি হায়রকই "লোকনাথ! নখোয় ঐখোয়না ধরাধাম অসিদা লাকতুনা পোক্লরিবা জনম অসি আত্মসুখগী দমক লাকপা নত্তে জীবগী দমক ঙম্বা মথৌ থবক তৌনবা লাকপনি ঐনা হায়রিবা অদুনি ঐসু মাঘ মাস অসিদা দণ্ড কৌপীন ধারী ওইরগদবনি সংসার সুখ ভোগ ত্যাগ তৌরগনি হৌজিক্কগী শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি প্রেম উপার্জ্জন তৌহৌবনা চুমই লোকনাথ জীবন অসিদা যত ভক্তি প্রেম উপার্জ্জন তৌহৌরগা জীবন অসিগী সফলনি। শ্রীবৃন্দাবন অদু জীবনা মশক থংঙক্লোইদোরে পশ্চিমদেশ অসি ভক্তি ধর্ম্ম লৈরক্তরে অসিনা নহাক হান্না চৎপা হৌরো শ্রীবৃন্দাবন্দা বাস তৌদুনা ভক্তি, প্রেম প্রচার ১সুং লুপ্ত তীর্থ প্রকাশ তৌগদবনি

লোকনাথ। নং য়াগদু নংগা থবক তৌমিন্নবা মথং মথং মতিক চাবা মী ঐনা থাজিল্লকনি অদুনা নং থিনবা য়াদে থুনা শ্রীবৃন্দাবন চংলো" অসুন্না কৃপা ওই শাসন বাক্য ওই প্রভুনা হায়বিরকই।

বৈষ্ণব পাঠকশিংবু! মতাং অসি উত্তর পিগদবগী অরুবা সমস্যা অমনি শ্রীলোকনাথ অদুদি চহি ১৬ তা ওাইরিবা নৌরিবা অঙাংনি খ্বাইগী অঙাং ওইরবদি মফম মরাংসু খংদবা মাইকৈ কদোমদা লৈবনোসু খংদবা ভারতকী পশ্চিম প্রান্ত অমদা মপা মমা মচন মচেম বাড়ী সম্বন্ধ কৈরোই লৈকাই ১স্থং দেশ হুম্লেকতুনা চৎখরো অমুক হল্লকপা য়াদে হায়বা য়া অসি তাবদা করি উত্তর পিগনি সাধারণ জীব অঙাংদি হায়রুগদু অহন জ্ঞান তাবা বুদ্ধি লৈরবা মী ফাওবা করি উত্তর পিগনি অদুক খনবিউ ঐনা থগুবদি ঐগুম্বা ক্ষুদ্রজীবনা খুমগদবসি ঐ অমুক্তা অহল লমন যুমগী মী তানরুখিগে প্রভু! ঐ অদুগা অমুক লাকচগে হায়রগা কোন রকম তৌদুনা প্রভুগী নাক্তগী লৈথোক্রবা হোৎনহুনা চেল্লকনি নিংই। শ্রীলোকনাথদি অদুগুম্বা ঐগুম্বা অচম্বা জীব নত্তে চহি ১৬ তা ওাইরিবা অঙাং ওইরবসু শ্রীমতীরাধিকা ইবেম্মগী নিজ প্রিয় মঞ্জরী সখি মঞ্জুলালী হায়বী ইবেম্মা অদুনা পোক্লবনি অদুনা ইবেম্মগী দুংশিজরবা ধাম শ্রীবৃন্দাবনবু কদাইদগী থাদোকতুনা লৈবা ওমগদগে অদুনা লোকনাথ বৃন্দাবন চৎকদৌরিএ।

প্রভুগী মধুরবাণী অদু তাবদা অঙাং ওইরিবা শ্রীলোকনাথ করি খুম্মকই "প্রভু! ননাই ঐহাক হৌজিকমক চৎচরগে শ্রীবৃন্দাবন দর্শন তৌজরুরগে তবকৃপাদ পিনবিউ ঐনা করি করি

তৌগনি কর্ত্তব্য তাকপিরো" হায়না প্রভুগী চরণ খুরমথরে। প্রভুনা অঙাং অদুগী সাহস ১স্নুং প্রেম অদু উবদা নয়ন অনি অদুদা প্রেমগী ইরা চেল্লকই লোকনাথগী নিংথিরবা নৌরবা বুদুন অদু য়েংলগা হিক্লা হিক্লা প্রেম তৌদুনা ওস্থোকপা থুপ্লবা তত্ব তাকপিরকই—মাদু হেক তাবদা লোকনাথ প্রেম ইথক হৌরকই। প্রভুনা "লোকনাথ! শ্রীবৃন্দাবন য়ৌরগা চীরঘাট হায়বা কুঞ্জ অদু থিউকো কদম্ব, তমাল, বকুলনা ওস্থোক্লা ফজনা হৌরবা নিংথিরবা কুঞ্জনি মাদু নহাক্কী স্থান্নি নহাক অদুদা বাস তৌ" অস্নুমা তাকপিরকই। মতৌ অস্নুমা গুপ্ত আলাপ অসি তৌনরগা অহিং থেংলক্লবদা প্রভু চেপথরে লোকনাথস্নু বিশ্রাম তৌই। লোকনাথ অহিং তুম্বা য়াদরে শ্রীবৃন্দাবন লীলা স্মরণ তৌবা হৌরক্লে শ্রীরাধাগোবিন্দগী-লীলা স্ফূর্ত্তি ওইবা হৌরক্লে অদুনা তুম্বা য়াবা পোৎ নত্তরে লীলারস আস্বাদন তৌদুনা কপ্পনা অহিং অদু লেনথরে।

নোং হেক ঙানবদা প্রভুগী চরন্দা লাক্লে "প্রভু! হৌজিক যাত্রা তৌরগে শ্রীবৃন্দাবন দর্শন চৎচরগে আজ্ঞা পিবিরো" হায়না হায়রকই। প্রভুগী নাক্তা মতম অসিদা গদাধর পণ্ডিত লৈরমই অদুগা গদাধরগী শিষ্য ভুগর্ভ হায়বা চহি ১৫ রোম ওরবা অঙাং অদুস্নু লৈরমই। গদাধর পণ্ডিত লোকনাথগী সাহস ১স্নুং প্রেম অদু উবদা প্রেম তৌরকই অদু উবদা ভূগর্ভ অদুস্নু অঙাং ওইরবস্নু প্রেম তৌরকই। ভূগর্ভনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরণ য়েংদুনা ফরি হায়রকই "প্রভু! ননাই ঐবুস্নু কৃপা পিনবিউ লোকনাথগী তুং

ইন্দুনা শ্রীবৃন্দাবনদা বাস তৌজরুরগে" হায়না হায়জরকই। প্রভুনা গদাধর য়েংহুনা নহাক্কী শিঙ্ঘনি করি হায়নিংই হায়না হংঙকই। গদাধর পণ্ডিতম্না চিংনবা লৈতনা বিদায় পিরে। অদুদগী প্রভুনা অঙাং অনি অদু বিদায় পিবিরে শ্রীলোকনাথ ভুগর্ভ অনি শ্রীগৌরচন্দ্রগী চাচর কেশনা লৈতেংলবা নিংথিরবা শ্রীমূর্ত্তি অদু নয়ন অনিমক পেম্না দর্শন তৌজরগা চরণ খুরম্নগা যাত্রা তৌরক্লে।

শ্রীনবদ্বীপতগী বৃন্দাবন য়ৌবা অসি মতম অদুদা রেলগাড়ী লৈতবনিনা ১মুং লম্বি থোং ফত্তবনিনা খোংনা লেপ্পুনা হেক চৎলবদা থা অনি অহুমগী লম্বেলনি ডাকু ডাকাতিনা লম্বি লমথাং পংচৎ চৎপা ওম্মবা নত্তে অদুগা হিন্দু মুসলমান যুদ্ধ তৌহুনা হৌজিক মতমগী হিন্দুস্থান পাকিস্থান তৌনরিবা অসিদগী হেম্না গোলমান লৈরমই। অচুম্বা রাজপথ অসি হিন্দু মুসলমানগী যুদ্ধনা পথরুদ্ধ ওইহুনা মী চৎনদে অসুম তৌনা মহা বাধা বিঘ্ন লৈরবা অদুদা অঙাং ওইরিবা লোকনাথ ভুগর্ভ অনিনা শ্রীগৌরচন্দ্র স্মরণ তৌহুনা পংলাক লাকই চাগনি থকনি নিংদে শ্রীবৃন্দাবন লম্বেল কদোমদনো হায়বা হং হংহুনা অথিংবা লম্বি পুম্নমক পার তৌহুনা লাকপা অসিনা রাজমহল, তাজপুর, পুর্নিয়া, অযোধ্যা, লক্ষ্ণৌ অসিনচিংবা দেশ অসি মথং মথং কোইরক্লুনা আগরা য়ৌরক্লে অদুদগী শ্রীগোকুল য়ৌরক্লুনা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মস্থান দর্শন তৌজরে অদুদগী মথুরা দর্শন তৌহুনা শ্রীবৃন্দাবন চংলক্লে। মতম অদুদা ওইরমইবা বৃন্দাবনগী অবস্থাদি মহা জঙ্গল মী

হায়রবা জীব অমতা লৈতবা শা উচেক্না পিক থম্না ময়ুম ওইনা লৈরবা, হিন্দু হায়রবা মীশিং অদুনা মুসলমানগী অত্যাচার থাংবা ওমদতুনা নিজ নিজ দেব দেবী পুতুনা দেশ অরাপ অরাপ্পদা চেনখরবা অদুনা শ্রীবৃন্দাবন অদু মী ককা চংবা ওমদবা জঙ্গল ওইনা লৈরম্লে। অঙাং অনি অদুনা প্রভুগী আজ্ঞাদা নির্ভর তৌদুনা মাতুনা সাহস ওইদুনা বন অহদা পংকোই কোইদুনা লৈরে গৌরদেশদগী শ্রীবৃন্দাবন্দা বাস তৌরবা অসি শ্রীলোকনাথ ১সুং ভুগর্ভ অনি অসিনা মহাল্লে শকাব্দ ১৪৩২ দা অঙাং অনি অসিনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী জয় পতাকা শ্রীবৃন্দাবন্দা খিনখি।

বৈষ্ণব পাঠকশিং শ্রীনবদ্বীপতা প্রভুনা করি তৌরকই—মাতু হায়জরক্কে। লোকনাথগা ভুগর্ভগা অনিবু বৃন্দাবন্দা থাজিনখরগা থা অনি লৈরগা হায়বদি মাঘ মাস অহুদা রাকচিংদা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু নিংথিরবা চাচর কেশ মুণ্ডন তৌদুনা নদীয়া বিহারী-রূপ অদু থাদোকুনা করঙ্গ কৌপীন শেংলে সন্ন্যাস গ্রহণ তৌরে অদুদগী নীলাচলদা বাস তৌই অদুদগী জীবগী উপকারগী দমক্তা দক্ষিণ ভারত ভ্রমণ তৌই। প্রভুনা ভ্রমণ তৌরিবসিগী উদ্দেশ্য দক্ষিণ ভারতকী পাপী পাষণ্ডি জীব পুন্নমক্তা প্রেমভক্তি য়েনবা ১সুং শ্রীবৃন্দাবন্দা থাজিন্নবা মতিক চাবা মী থিবা অসি ওইরে। হৌজিক সর্ব্ববৈষ্ণবনা চিরস্মরণ তৌনরিবা ছয় গোস্বাই ছয় গোস্বাই হায়রিবা—

জয় রূপ সনাতন ভট্টরঘুনাথ
শ্রীজীব, গোপালভট্ট, দাস রঘুনাথ॥

গোষাই ভক্তক অসি প্রভুনা লোকনাথ ভুগর্ভ অনিবু বৃন্দাবন্দা থাজিনখরবা মতুংদা থাজিনবনি প্রভুনা শিল্লিবা লীলা অসি ওহ্যোক্না ফজখরে হায়রিবা গোষাইশিং অসি প্রভুগী মহারথী ভাক্তনি অমময়া ভুবণ পাবণ ওম্বা ভাক্তনি প্রভুগী আশা—গোষাই ময়াম অসিনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈত্নুনা ভক্তি প্রেম তা-শিন্দুনা পৈদুনা থম্বা ১সুং বৈষ্ণব গ্রন্থ ময়াম লেংদুনা পৈদুনা থম্বা অসি তৌরগা হয়েং তুংদা শেম্লকইবা মনাই নরোত্তম, শ্রীনিবাস ১সুং শ্যামানন্দ অহুমনা বৃন্দাবন্দা গোষাই ময়াম অসিনা পৈথৎতুনা থমলমইবা প্রেমধন অদু ফংলনবা ১সুং মাদু বৃন্দাবন্দগী হোন্দুনা ভারতকী দিগ দিগন্তরদা য়েলহন্নবা অসি প্রভুনা শিল্লকই। দক্ষিণ ভারত ভ্রমণ তৌবা কাল অসিদা গোপাল ভট্ট গোষাই অসিমা বৃন্দাবন্দা থাজিন্নবা থনগৎলমই। সংক্ষেপনা মাদুগী মরমদা হায়জগে।

শ্রীগোপালভট্ট অসি শ্রীবেঙ্কত ভট্ট কৌবা মহাবৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনা পোকপনি দেশদি দক্ষিণ ভারতকী তাঞ্জোর তোলা ত্রিচিনাপল্লীদনি মাদুদা মহাতীর্থ ওইরবা কাবেরী নদী চেল্লি। প্রভুনা দক্ষিণ ভারত ভ্রমণ তৌরকপদা জেলা অসিদা লৈবা দেব মন্দির শ্রীরঙ্গ ক্ষেত্র কৌবা স্থান অদুদা সেবা চৎলিবা শ্রীরঙ্গ কৌবা শ্রীরঙ্গনাথ বিগ্রহ অদু দর্শন তৌরে অদুদা গোপাল ভট্টগী পিতা শ্রীবেঙ্কত ভট্ট অসি উনৈ বেঙ্কত ভট্টনা প্রভুগী শ্রীমূর্ত্তি অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণমক্তি হায়না নিশ্চয় তৌদুনা প্রেম তৌই। মাহাক্কী প্রেমদগী প্রভুনা বেঙ্কতভট্টগী ময়ুমদা চতুর্মাস্য

নোংজুথা থা ৪ লৈবিখি। বেঙ্কত ভট্টগী মচিন মনাও অহুম্মি ত্রিমল্ল, বেঙ্কত, প্রবোধানন্দ অহুম অসিনি। লক্ষ্মীনারায়ণ উপাসক্নি। প্রভু দর্শণ ফংবদগী মখোয় মচিন মনাও অহুম অসি শ্রীরাধা কৃষ্ণ ভজন তৌখি। মতম অসিদা গোপাল ভট্ট অসিদি য়াম্না অঙাং ওইরি লাইরিক তমখৎলকই অদুগা ভগবৎ ভক্তি য়াম্না লৈ। অদুনা প্রভুনা লৈবা কাল অসিদা গোপালভট্ট অসি প্রভুগী সেবা তৌই। মপানস্থ দিবা নিশি প্রভুগী সেবাদা মচা গোপাল ভট্টবু নিযুক্ত তৌই। অঙাং ওইনা গোপালভট্ট গৌর-প্রেমনা ঙাওখি। প্রভুনা মহাক্কী প্রেম অদুনা থাংবা ঙমদদুনা শ্রীকৃষ্ণরূপ শ্যামল সুন্দর গোপবেশ অদু দর্শণ পিখি। অদুগা প্রভুনা উপদেশ তৌখি :—

প্রভু গৌরচন্দ্র গোপালেরে স্থির করি।
উপদেশ কৈল যৈছে কহিতে না পারি ॥ ১২০
পুনঃ কহে অচিরে যাইবা বৃন্দাবন।
মিলিব দুর্লভ রত্ন রূপ সনাতন ॥ ১২১
মোর মনোবৃত্তি দোহে প্রকাশ করিবে।
তোমার শিষ্যের দ্বারে জগৎ ব্যাপিবে ॥ ১২২

(ভক্তি রত্নাকর, ১ম তরঙ্গ পয়ার ১২০)

বৈষ্ণব পাঠকশিং, য়েংবিউ প্রভুনা শিল্লকইবা লীলা অসি গোপালভট্ট অসিমা বৃন্দাবনগী মহারথী অমা থাগদৌরি অদুগা করি হায়রি "মিলিব দুর্লভ রত্ন রূপ সনাতন" বৃন্দাবন্দা চৎলু অদুগা মফম অদুদা রূপ সনাতন কোবা ফংওমদ্রবা রত্ন অনি ফংগনি।

মখোয় অনি অদুনা ঐগী অন্তরগী তৌনিংবা পুন্নমক প্রকাশ তৌগনি অদুগা গোপাল নংগী শিষ্যনা জগৎ অসি থল্লগনি। য়েংবিউ— প্রভুনা গোপালভট্টগা উনবা মতম অসিদদি প্রভুগা রূপ সনাতনগা উনদ্রিবৈ রূপ সনাতন রাজকর্ম্মচারী তৌরিবৈ মতম্মি রামকেলি মিলন তৌদ্রিবৈগী রানি অসিনা উস্থ উনদ্রিবা মনাই রূপ সনাতন অনিবু হায়্যনা বৃন্দাবনগী অধিপতি শেম্লিবা অসিবু জীবনা থংবা ওমদরবা লীলা নত্তবরা? প্রভুনা তাক-পিরমই "গোপাল হৌজিক নহাক অঙাং ওইরি নংগী নপা নমা অনি অহন ওইরে সেবা নিংথিনা তৌদুনা মতম খর ভজন যাজন তৌদুনা লৈরগা নপা নমা অদর্শণ ওইখরগা নহাক বৃন্দাবন চৎকদবনি" অসুম্না উপদেশ পিদুনা কৃপা পিদুনা থনমই। মাসিদগী চহি ২০ মরুম লৈরগা হায়বদি প্রভুনা শ্রীনীলাচল ক্ষেত্রদা প্রকট-ওইরিবৈ কাল অদুরাইদা বৃন্দাবন চংখবনি।

প্রভুনা শিল্লকইবা অসি য়েংবিউ দক্ষিণ লেংউরগা নীলাচলদা হল্লক্লে অদুদগী ইকুই কুইদনা বৃন্দাবন লেংগনি হায়দুনা গৌরদেশ লোমদা লেংলকই রাম কেলীদা মনাই রূপ সনাতনবু দর্শন কৃপা পিনবিদুনা কানাই নাটশালাদগী নীলাচলদা অমুক হনগে হায়্যনা নিংলে। প্রভুনা রূপ সনাতন অনিগী হৃদিদা বীজ থারমই বৃন্দাবনগী দমক চার শেম্বা হৌরম্লে। অদুদগী সনাতনগী বাক্যদগী বৃন্দাবন চৎকনি হায়দুনা লাকপা অদু হেক তোকুনা নীলাচলদা হনগে হায়ন রাঢ়দেশনচিংবা অসি কোইদুনা শ্রীখণ্ড য়োমদা লাকই মাইকৈ অসোমদা জিয়াগঞ্জ, গম্ভিলাপাট্

১সুং খেতরীনচিংবা স্থানশিং লৈ। প্রভুনা অসুম কানাইনাট-শালাদগী হল্লকপা মতমদা মায়কৈ অসোমদা হল্লকই শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা পোকইবা জগাদি শ্রীপাট্ খেতরী হায়বা গঙ্গাগী পুর্ব্ব পারদা লৈবনি প্রভুনা মমদম অসি য়েৌরক্লগা গঙ্গাগী নোংচুপ পারদা লেপ্লগা "নরোত্তম দাস নরোত্তম দাস নরোত্তম দাস" হায়না অহুম্লক হন্না খোন রাংনা গঙ্গাগী নোংপোক পারদা মাই ওন্দুনা কৌরমই। প্রভুগী তুং ইল্লিবা মনাইশিং অতুনা থন্নৈ প্রভুনা কৌরিবসিবু কনাবুনো মতম অতুদা প্রভুগী ভক্ত মরক্তা অমদি লম অতুদা নরোত্তমদাস কৌবা মী অমতা লৈরমদে নরোত্তমদা হায়না কৌরবদি শ্রীকৃষ্ণগী মিং অতোপ্পা অমবু নরোত্তম হায়বসু য়াই শ্রীকৃষ্ণবু কৌবদা নরোত্তম হায়না কৌবরা হায়গে হায়রবসু দাস হায়বা শব্দ অসিমা য়াওই অতুনদি করিনো কনাবুনো প্রভুনা কৌরিবসি হায়বা কনানসু ভাব লাম্বা ফংনদে। প্রভুগী হুঙ্কার আকর্ষণ অসিনা প্রভুনা মাই ওল্লম্বা লম খেতরী হায়বা গ্রাম অতুদা চহি কয়ামুক্তী মতুংদা শ্রীনরোত্তম ঠাকুরনা পোক্লরবা কাল অদুদদা ভক্তশিংনা প্রভুগী হুঙ্কার অতুগী নিশ্চয় তৌখি হায়বদি নরোত্তমদাস অসি প্রভুনা অদুগৈ হুঙ্কার তৌ-রম্বতুনা আকর্ষণ তৌতুনা পোক্লকপা ওইরে হায়না খংনখি।

প্রভুনা অতুদগী নীলাচলদা হল্লক্লগা ইকুই কুইদনা শ্রীবৃন্দাবন অমুক লেংলকই হন্দক্কী অসিদা প্রভুনা বৃন্দাবন য়োনা লেংতুনা দর্শন পর্শন তৌতুনা লেংথোক্লকপদা প্রয়াগতা শ্রীরূপ থেংনতুনা শিক্ষা পরা তৌবিতুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা থাজিনখি। অতুদগী প্রভু

কাশীদা লেংলকুনা মনাই সনাতন উনহুনা শিক্ষা পরা তৌবিহুনা বৃন্দাবন্দা থাজিনখি।

প্রভুনা কাশীদা লৈবা মতমদা মনাই তপন মিশ্রগী মচা নিপা অঙাং ওইরিবা রঘুনাথ ভট্ট অসি প্রভুগী সেবা তৌজহৌই প্রভুগী কৃপাদগী শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি প্রেম ফংহৌই প্রভুনা অদুদগী নীলাচলদা হনখরবা কাইনথংদা ভট্টরঘুনাথ অসি প্রভুগী প্রেমা থাংবা ওমদহুনা নীলাচলদা প্রভুগী-নাক্তা চেল্লকই। প্রভুনা "রঘুনাথ! কাশীদা অমুক হনখো পিতা মাতা অনি অহল ওইরে সেবা তৌরুখো পিতা মাতা অদর্শণ ওইরগা সেবা লোইরগা অসিদা লাকউ। অদুগা নং বিবাহ তৌরুরগনু" অয়ুম্না হায়দুনা ভট্টরঘুনাথ অদু অমুক কাশীদা হল্লনখি অসিনা মতম খরগী মতুংদা পিতা মাতা অদর্শণ ওইখরবদা ভট্টরঘুনাথ নীলাচলদা প্রভুগী নাক্তা লাক্লে প্রভুনা শিক্ষা পরা তৌহনা বৃন্দাবন্দা থাজিনখি। লোকনাথ, ভুগর্ভ থাদনা ছয় গোষাইগী মথংদা রূপ, সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ, গোপাল ভট্ট মরি শুরে বৃন্দাবন য়োৌখিবা।

শ্রীরূপ সনাতনগী মনাওনা পোকপা শ্রীজীব অদুসু অঙাং চহি ১৬ বয়সদা ওইরিঙৈ প্রভুনা নীলাচলদা বাস তৌদুনা লৈরিঙৈদগী হৌনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈখরে। গোষাই ৫ শুরে। অদুদগী প্রভুগী চাল্লবা মনাই রঘুনাথ দাস অদু প্রভুনা প্রকট ওইরিঙৈদা তাকপিরমই ১সুং শিন্নরমই "রঘুনাথ! সে এৈনা প্রাণ ওইনা থমজরক্লবা গিরিধারী (গোবর্দ্ধন শিলা) অসিনে গুঞ্জামালা অসিনে অনি অসি নং ফংজরো নংদি শ্রীবৃন্দাবন্দা

চৎলগা বাস তৌগদবা স্থানদি শ্রীগোবর্দ্ধন তট্টদনিকো" হায়না তাকপিরমই। অসিনা প্রভুনা অপ্রকট্ হেক ওইখিবগা শ্রীরঘুনাথদাস বৃন্দাবন্দা লাক্লুনা গিরিরাজ গোবর্দ্ধন ময়াদা শ্রীরাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড মপান্দা লৈরৈ। মতৌ অম্বুম্না গোষাই তরুক অসিমা বৃন্দাবন্দা থাজিনখি অমময়া পৃথিবী অসি উদ্ধার তৌবা ওয়বা গোষাই ওাক্তনি গোষাই তরেৎ নিপান অসিনা গ্রন্থবু পাবনে ইশিনবনে ভক্তি প্রেম তানশিনবনে অসিনা শ্রীবৃন্দাবন্দা পুনশিন্দুনা থমখৎরবনি অদুনা প্রভুনা শেম্নকইবা চার নরোত্তম, শ্রীনিবাস, শ্যামানন্দ লাক্লুনা বৃন্দাবন্দগী ধন ময়াম অসি লৌখোক্লগদৌরিবনি। হৌজিক্তি নরোত্তমগী প্রসঙ্গ হায়জরক্লগে।

## নরোত্তমগী জন্ম

শ্রীনরোত্তমনা পোকপসি খেতরী হায়বা গ্রাম অদুদনি বর্ত্তমান শ্রীনবদ্বীপধামগী নবদ্বীপ ধাম ষ্টেশন্দগী অরাংলোমদা রেল তৌংলুনা চৎখৎলগা অন্দাজ নোংম চুপ্পা রেল তৌংলগা চৎপনা জিয়াগঞ্জ হায়বা ষ্টেশন্দা কুম্নগা গম্ভীলাপাট্ হায়বা স্থান অদু লৈ। গম্ভিলাপাট্ অসি নরোত্তম ঠাকুরমহাশয়গী শিষ্য গঙ্গানারায়ণ চক্রবর্ত্তীগী ময়ুম্নি মফম অসিদা হৌজিক ফাওবা ঐখোয় মনিপুর লৈপাক্কী নিংথৌ-ভক্তরাজ শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সমাধি লৈ। হায়রিবা স্থানশিং অসি ঐখোয় মনিপুরী জাতিগী আদি গুরুগী স্থান্নি। অদুগা থাগড়া বহরমপুরদা সৈয়দাবাদ হায়বা জাগা অদুদা শ্রীমুহন রায় ঠাকুর বিগ্রহ লৈরি মাসিদা শ্রীশ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কৎলগা শরিক্লচিংবা স্মৃতি চিহ্ন য়াম্না লৈরি।

গন্ডিলাপাট্ হায়রিবা গঙ্গানারায়ণগী স্থান অসিদগী নোংপোক লোমদা হিনা ১স্থং মটরনা চাকচমাং অমগী মতম চংনা চৎলগা খেতরী হায়রবা স্থান অসি লৈ। মাসি গড়েরহাট্ পরগনাগী মন্নুং চনবা গ্রাম অমনি। মাসি মতম অদুদদি রাজ্য অমা ওইনা লৈরমই। নিংথৌ পাল্লমই মতম অদুদা শ্রীকৃষ্ণানন্দ দত্ত হায়রবা অসিনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই উপাধি মজুমদারনি। উত্তর রাঢ়ীয় কায়স্থনি হায়বদি মতম অদুদা গঙ্গাগী নোংচুপ থংবা নবদ্বীপকী অরাং থংবা লম অসিবু উত্তর রাঢ়দেশ হায়না থংনরমই। কৃষ্ণানন্দ অসি উত্তররাঢ় দেশদা পোকপা কায়স্থ জাতনি। রানীনা নারায়ণী কৌই।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা নীলাচল ক্ষেত্রদা প্রকট ওইরিঙৈ বয়স চহি ৪০ রোম ওইরবা মতম অসিদা অসোমদা খেতরীদা শ্রীকৃষ্ণা-নন্দ রাজা অসিগী মচা নিপা অমা পোকই—মাঘ মাস রাকচিং থাগী পূর্ণিমা নুমিৎ সন্ধ্যাগী গোধুলা লগ্নদা পোকই। কৃষ্ণানন্দ রাজা মচাগী নিংথিরবা মুর্ত্তি অদু উদুনা কয়া আনন্দ ফংই মচাগী মঙ্গলগী দমক মহা মহোৎসব তৌই। নাম করণ তৌবা মতমদা শ্রীনরোত্তম হায়না নাম থোল্লি। কুচুদি মুনরং তৌই মশামউ নোইপেল্লি শুক্লপক্ষগী থাদোনা নরোত্তম নোংম নোংমগী চাওরকই। স্বভাবতি শান্তনি বুদ্ধি চংখোল্লি রূপ অদু মহা মনোহরনি। মপা মমানা মচাগী অশম্বা মমিং "নরু নরু" হায়না কৌই। বৈষ্ণব পাঠকশিংবু! ঐখোয়গীসু অদুগুম্বা অশম্বা খুৎলোইবা মিংমতেক অসি চৎনৈ। মাদুদি অঙাং অমগী মমিং

মপুং ফাবনা ব্রজবিধু হায়না থোক্লে। মমা মপানা অয়ুক সুমিদাংগী কোবদা শমজিন্দুনা ব্রজ ব্রজ কৌবা অতুগুম্বনি। শ্রীনরোত্তম হায়বা অসিনা মপুং ফাবা অহল লমম্না পোনবা মিংনি অদুগা পিতা মাতা কৈরোই লৈকাইনা খোঙাক নাইদনা কৌনবনা নরু, নরু, হায়না কৌনৈ। ঐখোয়সু মতম খর নরু নরু হায়না কৌসি।

চহি ৫ রোম শুরকপদা নরু বিদ্যাধ্যয়ণ তৌহল্লে। য়াম্না তিক্ষ্ণবুদ্ধি ওইবনা তম্বা তম্বা পারা অদু হেক হেক্তা ফাবনি নোংম নোংমগী পারা অসি মথং মথং অপনবা লৈতনা ফারক্লুনা হেক তমখৎলকপা অসিনা চহি ১১। ১২ রোম শুরকপা কাল অসিদদি বিদ্যা য়াম্না তমশিনখরে বিদ্যাগা হৈরকপনে রূপ শুণ্না চংখোনবনে অদুগা নিংথোগী মচাগা ওইবনে নরু অসি খেতরী বাসীশিংগী প্রিয়ভাজন ওইরক্লে। খ্বাইগী সাধারণ অঙাংগসু মাম্নদে নিংথৌ মচানি হায়দুনা চাওথোক লেমথোকপা লৈজদে মহা শান্ত প্রকৃতিনি কেথোক মৌথোকপা লৈজদে উদাসীন ভাবনা লৈতেং ওই। রাঙাং শাঙাং ওম্থোক্না ভপই ব্যবহার ফজে অহল লমন্দা ভক্তি লৈ বিদ্যাদা ওম্থোক্না থরাই য়াওই অসিনা মী পুম্নমক্না ওম্থোক্না মুংশি। মপা মমানা মথন্তা পোকই লুনা পেৎনা চাম্না তৌবা হায়বদু ওকথরবনি রাজকুমারনি সাধারণ অঙাং অসি মুঙাইনা হোরকপা মমা মপানা লুনা থো[illegible] চাম্না তৌবা কাংবু অসি কেথোকল্লি কয়া ওকন্দে বিদ্যা তম্বা ফাওবা কয়া ফংকন্দে তৌইগুম্বস্নং নরুদি মাতু নত্তে ওম্থোক্ল মরম ওক্না

বিদ্যা তমই ব্যবহার ফজৈ পুকুচেল ফজৈ মরূপ মপাংগা মুংশিনৈ চাওথোক খোৎতোকপা বিলাসিতা লৈতে। খাইনা ফীদম লৌনফম ওইনা তৌরক্লে।

খেতরীদা মতম অসিদা কৃষ্ণদাস কৌবা মহা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অহল অমা লৈরমই। ব্রাহ্মণ অসি শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগা সম বয়সনি ১স্নুং গৌরভক্ত অমনি। প্রভুগী রারিরাখোং মুন্না খংবা মধুর লৈবা মী অমনি। রাজবাড়ী অদুদা মরক মরক্তা লাকপা অদুদা মহাক্না নিংথিরবা বৈষ্ণব ব্যবহার অদু উবদা অঙাং ওইরিবা নরুগী মন অসি হুই। অহন অদুগী মনাক নক্লিংই মহাক্না ঙাং শকপা তানিংই অর্থাৎ নরু অসি ভক্তি লৈবা বয়স্থ ওইবা বৈষ্ণবশিংগী মনাক্তা য়াম্না ফনজনিংই ১স্নুং বৈষ্ণব কথা তানিংই। অদুগা মতম অদুদা গ্রাম গ্রাম যুম য়ুম থুদিং নদীয়া, শান্তিপুর দক্ষিণ রাঢ়, উত্তর রাঢ়, বাঙ্গলা দেশ অসিদা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা নবদ্বীপতা অবতার তৌদুনা অসি অসি তৌরমই হায়বসি পংঙাংদ ঙাংন শরুরমই। হায়রিবা প্রভুগী সমবয়স ওইবা কৃষ্ণদাস হায়বসিদি প্রেমিকা ওইবা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমনিনা মানা প্রভুগী রারি শাবকপা অদু ওম্থোক্না মধুর ওই অঙাং ওইরিবা নরুনা নদীয়াবিহারী গৌরচন্দ্রগী অমৃতগী মশক ওইরবা রারি অসি কৃষ্ণদাসগী মচিন্দগী হেক তারুবদগী নরুগী মন আকর্ষণ তৌথরে।

অঙাং ওইরবসু অচম্বা অঙাংদি নত্তবনিনা নরু অসি মহা- তত্ত্ব জিজ্ঞাসু অমনি অদুনা কৃষ্ণদাসদা কত বিনয় তৌদুনা হায়জদুনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী-লীলা অসি পোকপদগী হৌনা

লিহন্দুনা পুক্লিং চংনা তারক্লে চাগনি থকনি কাওখরে, কৃষ্ণদাসগী মনাক্তা ফমহুনা প্রভুগী লীলা মথং শিৎনা তারক্লে শ্রীধাম নবদ্বীপ হায়বহুনা কদোমদনো করম করম্বা ভক্ত পোক্লমই হায়বা পুম্নমক মথংশিৎনা তারকই চহি ২৪ ফাওবা নদীয়াবিহার তৌরগা চহি ১৩। ১৪ দা ঙাইরিবী অঙাং ওইরবী ইবেম্মা বিষ্ণুপ্রিয়াজীবু হুঞ্জেক্লমহুনা ১সুং চহি ৭০ রোম শুরবী অসহায়িনী মমা ইবেম্মা শচী দেবীবু হুঞ্জেক্লমহুনা নদীয়াগী মুংশিরবা মরূপ মপাং পুম্নমক হুঞ্জেক্লমহুনা ওস্থোক্লা কঠিন ওইরবা সন্ন্যাস ধর্ম্ম, নিংথিরবা প্রভুগী শ্রীঅঙ্গ অদুদা করঙ্গ কৌপীন থোনখরে, প্রিয় নবদ্বীপ ধাম থাদোক্লুনা নীলাচলদা চৎখি হায়বা মতাং অসি য়োরকপদা রারি লিরিবা কৃষ্ণদাসস্থু প্রেম তৌরকই অঙাং ওইরিবা নরুগী নয়ন অনি অদুদা গঙ্গানা ইহৌরকপগুম প্রেমবারিনা কামমকপা হিকনা হিকনা কপ্লম্বদগী খোঞ্জেন রাংনা কৌদুনা প্রাণগৌর কদাইদা চৎখরবা হায়দুনা অমুক অনিরক লাওরম্লগা নরু মুর্চ্ছা ওইথোকখরে। কৃষ্ণদাস অসি ওস্থোক্লা মুংশা থিরে করিনা নরু অদু নিংথৌগী মচানি মথন্তস্থু পোকপা রাজা রাণী অনিদুগী নয়নগী তারানি হৃদিগী মণিনি অদুম ওইবা প্রাণগী প্রাণ ওইজরিবা মচা অদুনা ওইরিবা অবস্থা অদু মমা মপা অনিনা উরবদি রারৌবা তাই হায়না কৃষ্ণদাস অদু মথরাই রারে। নরু ঙহাক মুর্চ্ছা ওইরুরগা জ্ঞান লাক্লে কৃষ্ণদাসগী মখোং পাইদুনা হায়জরকই করিমতা মুংশা থিবিগনু ইপা ইমা অনিনা করিস্থু হায়রোই অচিকপা মফমদা ফমসি প্রভুগী রারি অসি মপুং

ফানা লিবিদবা য়াদে হায়না নরুগী প্রেমনা কৃষ্ণদাস অহু ফাবনি কৃষ্ণদাস হুমিৎ খুদিং রাজবাড়ীদা লাকই। নরুনা অচিকপা মকমদা ফমমিয়হুনা প্রভুগী লীলা অসি মথংশিংনা তারকই। কৃষ্ণদাসনা মথং মথং লিরকপদা প্রভুনা শ্রীনীলাচলদা লৈবা মতমদা তিয়রম্বা ভক্ত প্রভুনা দক্ষিণ লেংবা ঝারিখণ্ডরোমদা লেংহুনা শ্রীবৃন্দাবন লেংবা মনাই রূপ সনাতনবু কৃপা পিবিবা লোকনাথ ভুগর্ভ রূপ সনাতনচিংববু শ্রীবৃন্দাবন্দা থাজিনবা প্রভুগী মনাই গোপালভট্ট রঘুনাথভট্টনচিংববু বৃন্দাবন্দা থাজিনবা মথং মথং লিরকই। নরুনা ঐ চৎলগে নীলাচলদা প্রভু দর্শণ তৌরুগে হেক হায়রকপদা কৃষ্ণদাস না মখা তাবা হেক ওমদে করিনা মতম অসি চহি ৩। ৪ গী মমাংদা নীলাচলদা প্রভু অপ্রকট ওইখরে অহুনা কৃষ্ণদাসনা প্রভু অপ্রকট ওইখরে হায়বা য়া অসি হেক চিন্দা হায়দোকপা ওমদে, মুংশা থিরে, অহু হেক হায়বদা নরুগী প্রাণ থাখিবসু য়াই হায়না কিরক্লে অহুনা কৃষ্ণদাসনা য়াম্না যতন তৌনা নাৱৈ নাতা য়েংহুনা হায়দবদি য়াদহুনা মওং অমা ওইনা হায়হুনা প্রভু অপ্রকট ওইখরবসু মনাই সনাতন্দা অপ্রকট ওইনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈগনি হায়না স্বপ্নদা তাকপিখি হায়না য়ারি অহু শাই অহুদা নরুগী অরুবা ঘটনাদি থোক্লে। নরুনা হায়রকই— ঐনা খয়দং মাংজোননা পোক্লয়বদি প্রভুগী প্রকট লীলা উবা ফংওমগদবনি লাইবক থিবনা উবা ফংহৌদরে হায়না আত্ম ধিকার তৌখি।

নরুগী অবস্থা মতা অমা ওইরক্লে প্রভুগী লিলামৃত অহু

পান তৌরুবদগী দিবাদা ওইরে মিত্তা প্রভুগী লীলা অতুদা উত্থনা লৈরে অত্থগা অহিং তূম্বদা স্বপ্নদা প্রভু ১স্নং প্রভুগী পার্ষদশিংদা পংউদা উরক্লে অত্থনা নরুগী মিত্তা জগত অসি গৌরময় ওইনা উরক্লে পদ্মা নদীদা ইরুজবা চৎলি পদ্মা মপাল অত্থদা চপ লেপতুনা প্রভুগী লীলা স্মরণ তৌত্থনা মুন্দুনা হেক্তা লৈথোকপা য়ুমদা হনগনি চাগনি থকনি হায়বা কাওরক্লে। কৃষ্ণদাসগী মচিন্দগী তাই "প্রভুনা বৃন্দাবন লেংগনি লাকপদা কানাইনাট শালাদগী হনবা কালদা খেতরী মায়কৈ অসোমদা লেংলকুনা পদ্মা নদীগী অসোম থংবা মপান ফাওবা লেংলকুনা মনাই লক্ষা লক্ষাগী মরক্তা নৃত্য তৌরমই হরিনামসঙ্কীর্ত্তন তৌরমই" হায়না তাই অত্থনা নরুনা পদ্মাদা ইরুজবা চৎলগা য়ারি অত্থ নিংশিংত্থনা পদ্মাগী অসোম য়াংম য়েংত্থনা নরুগী মিত্তা প্রভুনা ভক্ত লক্ষা লক্ষাগা লোইননা সঙ্কীর্ত্তন ১স্নং নৃত্য তৌবত্থ উই অত্থ য়েংত্থনা অস্থম তন্ময় ওইত্থনা মথন্তা কপতুনা লৈথোকই। বাহ্যজ্ঞান লাক্লগা য়ুমদা হল্লকই। মাসি মী অমত্তা থংহনবা নত্তে। মতৌ অস্থম তৌনা নরু নোংম নোংমগী প্রেম বৃদ্ধি ওইরক্লে।

নরুগী দিবা নিশিদা চিন্তা করিনো শ্রীবৃন্দাবন করম্বা মতমদা ফংগবা প্রভুবু শ্রীবৃন্দাবন্দা ফংবা য়াই অত্থগা বৃন্দাবন থুনা চৎলগে অত্থগা প্রভুগী ভক্ত ময়ামশিং অয়াম্বা অদর্শন ওইখরে অমা অনিদস্থ করম্বা মতমদা দর্শন ফংগবা প্রভুগী লীলা স্থানশিং অত্থ করম্বা মতমদা দর্শন ফংগবা অসিনা দিবা নিশিগী চিন্তানি।

নোংমা অচৌবা ঘটনা অমা থোকখি মাহুদি— নরু অসি নোংমা অহিংদা প্রভুগী লীলাস্মরণ তৌহুনা অমুম লৈবা কালদা নিদ্রা অমা ওইখরে স্বপ্নদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু লেংলক্লুনা তাকপিরমই "নরোত্তম ! হয়েং নোঙাল্লগা নথক্তা পদ্মাদা স্নান চৎলু পদ্মাদা পরম ধণ ফংগনি" অসি হায়রম্লগা শ্রীনিত্যানন্দ অদর্শণ ওইখরে। নোং হেক ঙানবদা নরু অসি পদ্মাদা মথক্তা চৎখি। অহুদগী মধ্যাহ্ন ফাওবা য়ুমদা হল্লক্তরে মমানা ইচা লাক্তরে করি তৌরবনো মহৌশানা তৌদবা তৌই করিনো হায়না কোইথি থিরক্লে অহুদা রাজবাড়ী অদুগী রাজা ১স্তুং মনাই মশল ময়াম চংহুনা কোইথি থিরক্লে কনাগুম্বা থরনা হায়রকই নরু অহু অসাই পদ্মারোমদা স্নান চৎখি অহু তাবদা পিতা মাতা ১স্তুং ময়াম অহু পদ্মানদী রোমদা লাক্লে মাহুদা করি উই পদ্মা মপান অহুদা গৌরবর্ণ ওইবা নিপা মচা অমা নৃত্য তৌহুনা লৈবা অহু উরে মমা মপা ১স্তুং ময়াম অহুনা নরুনি হায়বা মশক থংদে অহুনা মাতা পিতা অনিনা নরু উরক্রুবা অহুদা খোঞ্জেন রাংনা কৌহুনা কপ্লক্লে মমানা থল্লকই ইচাদি পদ্মাদা লুপহুনা প্রাণ থাখ্রমাল্লে থল্লক্লুনা নরু নরু হায়না কৌহুনা কপলকলে।

বৈষ্ণব পাঠকশিং গৌরবর্ণ ওইবা অঙাং অগোই শারিবা অহু নরুনি নরুনা নিতাইগী স্বপ্নবাক্য মতুং ইন্না পদ্মাদা হেক লাকপদা পদ্মা নদীনা মুর্ত্তি ওইনা থোরক্লুনা প্রভুনা পুনশিন্দুনা থমলম্বা প্রেমধন অহু মথুৎমক্লা নরুদা হেক শিন্নবা অহুদা নরু

গৌরময় ওইখরে নরুগী শ্যামবর্ণ অহু গৌরবরণ ওইখরে গৌর-চন্দ্রনা নরুগী হৃদিদা চংহুনা লৈবনা নরু জগোই শারকপনি বাহ্যজ্ঞান লৈতরবনি। অসুম নৃত্য তৌহুনা লৈরকপা কাল অহুদা মমানা নরু নরু হায়না চিৎকার তৌরকপা অহুদা নরুগী নাকোংদা মমাগী রোদন ধ্বনি অহুনা হেক য়েররে অহুদগী বাহ্যজ্ঞান হেক লাকই নৃত্য অহু তোকতুনা চপ হেক লেপতুনা লৈ অতুদগী মমাগী মফমদা চেনশিল্লকুনা "ইমা করি তৌহুনা কপ্লিবনো ঐ লৈনে" হায়হুনা মমাবু কোল্লরে। মমানা মচাগী বদন অহু মুন্না য়েংলগা নরুনিনা হায়তুনা মশক খংলে ১সুং মচাবু কোনশিন্দুনা কপখরে ময়াম অতুস্থু নরুবু মশক খংলক্লে। মমানা কোন্দুনা লৈবা কাল অহুদা নরু ওহাক মমাবু শান্তনা তৌরম্নগা মমাগী তম্পাক্তা লৈনা লৈনা খোঞ্জেন রাংনা তেংথাহুনা কপ্লক্লে। বাহ্যজ্ঞান লৈরক্তরে মমানা থেম্বা লাকপা য়াবা নত্তরে। অহুদা পিতা মাতা ময়াম চংহুনা নরুবু পুরকতুনা য়ুমদা নিংথিবা শয্যাদা হিপহল্লে মমানা থেমই কত যত্ন তৌনা হোৎনহুনা মমৈদা কপ্পা অহু নেমথরবা কাল অহুদা নিংথিম্না পিজ পিথক্লহুনা বুদ্ধি তারে মমানা হংই "ইবুঙো নংনা ওসি তৌরিবসি করিনো ইমাদি করি অমতা খংওক্তরে" অসুম্না হায়রকই।

নরুনা হায়রকই "ইমা ঐ ওসি অয়ুক ভাব অমা ওইনা তৌহুনা পদ্মাদা স্নান তৌজগে হায়না চৎলি স্নান হেক তৌবগা ঐগী ভাব অসি মত্তা অমা তৌরকই। কুচু ভৌবা মওং মতৌ ফজরবা নৌরবা নিপা মচা অমা জগোই শার শারুহুনা পদ্মা

মপান অহুদা উরে নৃত্য তৌর তৌরদুনা ঐগী নাক্তা লাক্লগা ঐবু আলিঙ্গন হেক তৌরৈ আলিঙ্গন হেক তৌবদা গৌরবর্ণ বালক অহু ঐগী হৃদিদা চংখরে চংথরগা ঐবু জগোই শাহল্লে অহুদগী নৃত্যগী মুঙাইবনা ঐ কপতুনা লৈরম্বনি অহুদগী ইমা নহাকী রোদন ধ্বনি অহু তারকপদা ঐ জ্ঞান লাক্লে। হৌজিকসু গৌরবর্ণ ওইবা অঙাং অহু ঐগী হৃদি মমুংদা লৈরি" অসি হায়রম্লগা নরু অমুক লাওনা কপ্লক্লে। নরুনা উরিবা অহু শ্রীগৌরগোবিন্দনি পীতবাস থোনবা ধরা চুরা ময়ূর পাখানা কোক্তা লৈতেংবা মুরলী বদন ওইবা কুচুনা গৌরবরণ ওইবা চহি ১৩। ১৪ শুরবা অঙাং অমবু উবনি। নরুগী দিব্য চক্ষু অহুদা গুহাক হেক উই অহুদগী গুহাক অমা হেক উদে। অহু উরক্লবা অহুদা অমুক কৌহুনা কপ্লকই "কদাই কদাই কদাইদা মাংখরে ইবুঙো ঐদি কনাগা লৈগনি নহাকপু উদবদা ঐ লৈবা ওম্মক্লরে কদাইদা চৎলগা নহাকপু উবা ফংগনি ঐ য়ুমদা লৈররোই সংসার থাদোক্লগে নহাকপু থিবা লাক্লগে" অসুম্না কৌহুনা কৌহুনা হৃদি শোক্লা কপ্লক্লে।

মচা ইবুঙো মণিদৌনা থমজরিবা হুমিৎ থা দৌনা স্লেংজহুনা থমইবা অঙাং অহুনা অসুম তৌনা অহৈতুক ওইনা মফম মরাং খংদনা পংকপ কপ পংলাও লাওহুনা মথরাই শোক্লা হেক হেক কপ্লকপা অহুদা নরুগী পিতা মাতা অনি অহু প্রাণ পুবা য়ারক্লরে মচানা কপ্পগা লোইননা মথোয়সু পংকপ কপ্লক্লে। কপ্পা কপ্পা মচাবু থেমজিন্দুনা য়াম্না যতন তৌনা হোৎনরকই। মচাগী

অবস্থা অসিদা থুংশা থিরদুনা মাইবা মাইবী কৌ কৌদুনা য়েংহল্লি নরুগী মরক মরক্তা অস্থুম তৌনা গৌরবর্ণ শিশু অমু কৌদুনা হেক হেক কপ্লকপা অমুদি ফব লৈরক্তরে নোংম নোংমগী অস্থুম হেল্লকই। কবিরাজ অমনা হিদাক শেমগনি হায় হিদাক অদুদা য়াও হমেং হাৎলগা মহাও অদু লৌরগা মাদুনা শেমগনি হায়। মাসি নরুনা তারদুনা হায়রকই "ঐগী অনাবা ফননবগী দমক হিদাক শেম্নবা হায়দুনা জীব হাৎলবদি ঐ থুদক অদুদা পম্মাদা চোংথদুনা প্রাণ থাগনি জীব হত্যা তৌবিগনু" হায়না হায়রকই। নরুনা করি হায়রকই "পিতা মাতানা ওস্বোক্লা বানা ঐগী অনাবগী দমক মাইবা মাইবী হিদাক লাংথক হোংনৈ। ঐগী অনাবা অসি ফনবা হিদাক্তি পিতা মাতা অনিনা ঐবু বিদায় পিবিউ ঐ হৌজিকমক বৃন্দাবন্দা চৎলগে শ্রীবৃন্দাবন য়ৌরবতদা ঐগী অনাবা হেক্তা ফগনি" অসি হায়রম্লগা শ্রীবৃন্দাবন নিংশিংলক্নুনা বৃন্দাবন কৌদুনা অমুক কপ্লক্লে "হে লীলাস্থলী শ্রীবৃন্দাবন। ঐগী নয়ন অসিদা কররম্বা মতমদা নহাকপু উজরসিবা, জন্ম অসিদা কররম্বা মতমদা নহাকপু ফংঙগবা" অসি হায়র হায়রদুনা কয়া অমা কপই। পিতা মাতা অনিনা কোইচেন চেন্দুনা মচাগী লাইনা অসি করিনো হায়বা ভাব তাদদুনা লাই ওক্তরমাল্লে ভুত ওক্তরমাল্লে অসিনচিংবা রাখন থন্দুনা মওন মওন মচাগী ফননবনি হায়দুনা মাইবা মাইবী হিদাক লাংথক হোৎনদুনা লৈখিসমু অদুগা অস্তরদা নরুগী নিত্তি নিত্তি নব নব প্রেম বৃদ্ধি ওইরকদুনা অস্থুম লৈখিসমু বৈষ্ণব পাঠকশিং।

নবাই লেখকনা শ্রীবৃন্দাবন লোমগী তৌরকইবা প্রসঙ্গ অদোমদা বৈষ্ণবশিংগী মনবু অমুক চিংশিনজরি হায়েৌবিগনু।

বৈষ্ণব পাঠকশিং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী মমুংদা শিল্লিবা লীলা অসি জীবনা খংবা ওম্বা পোৎ নত্তে কাইনখং চহি ২০ মরুমগী মতুংদা জন্ম ওইরক্কদোরিবা প্রভুগী আকর্ষন্দগী পোক্লকদোরিবা নরুগী দমক সৎগুরু শেমগে নিংঙকইবা অসি প্রভুনা সন্ন্যাস তৌরিঙৈদগীনি মথক্তা মাতুগী আভাস থর উৎচখরে মাতুদি লোকনাথবু বৃন্দাবন্দা লোকনাথগী চহি ১৬ তা ঙাইরিঙৈদগী থাজিনখিবনি। চহি ১৬ তা ঙাইরিবা অঙাং ওইরিবা লোকনাথ ১সুং ভুগর্ভ অনি অসিনা বৃন্দাবন য়ৌরগা মী হায়বা জীব অমত্তা লৈরমদবনি শ্রীহরিগী মন্দিরনি হায়বা চিহ্ন অমফাওবা লৈরম-দবনি কুঞ্জ কুঞ্জগী চিহ্ন লৈরমদরে হংউরবসু তাকপিনবা মী লৈরমদে শ্রীরাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড হায়বনা কদাইনো খংদরবা লৈরমইবা হায়ববু শ্রীগিরিরাজ গোবর্দ্ধন লৈরমই অদুগা মহা জঙ্গল ওইরদুনা বৃন্দাবন স্থান অসিত্তা মরৈরম্বা। লোকনাথ ভুগর্ভ অঙাং অনি অসিনা মহা জঙ্গল মরক অদুদা অম্তুম চাদ থক্তনা পংকোই কোইদুনা লৈরকই প্রভুনা তাকপিখি "নখোয় অনিগী বাস তৌনবা স্থানদি চিরঘাটতনি" হায়না তাকপিরকই অদুদা লোকনাথ ভুগর্ভ অনিনা চিরঘাট কুঞ্জ অদু থিজবদা মফম খংলক্তরে অরাপ অরাপ্পদা গ্রামদা লৈবা ব্রজবাসী শিংদা হংজ-বদসু কনানসু খংলমদে অদুদা অঙাং অনি অদু গত্তি লৈরক্তদুনা প্রভুবু স্মরণ তৌদুনা বিলাপ তৌরক্লে "হে দয়াময় গৌরহরি

ইবুঙো নংগী শ্রীমুখনা তাকপিরকই ননাই ঐখোয় অঙাং অনিবু চিরঘাটতা বাস তৌজো হায়না প্রভুগী অজ্ঞা পালন তৌদুনা ননাই ঐখোয় অনি লাকচবনি হৌজিক্তি ননাই ঐখোই অনিনা চিরঘাট থিবা ফংজদরে ননাই ঐখোয় মফম থংলক্তুরে চিরঘাটতি দর্শন ফংদরবনিনা ননাই ঐখোয় প্রভুগী অজ্ঞা পালন তৌদবা হায়বদু ওইরে অপরাধ তৌবিগনু" হায়না শ্রীগৌরচন্দ্র কৌদুনা "প্রাণ গৌর প্রাণ গৌর" হায়না খোঞ্জেল রাংনা কৌদুনা বিলাপ তৌরকই পৃথিদা হাইথদুনা কয়া ওন খোইনা কপ্লকই। অদুদগী ঙহাক লৈরগা অমুক "হা চিরঘাট হা চিরঘাট" কৌদুনা কপ্লকই মতৌ অসুম্না দিবা নিশি কোইনা কোইনা চিরঘাট থিরকই। মতৌ অসিবু ননাই লেখক্লা ব্রজরামাশিংনা রাখিবা মতাং অমা নিংশিংজরক্লে মাদুদি ব্রজরামাশিংনা প্রাণগী প্রাণ ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা মহারাস শান্নদুনা মহা আনন্দ ওইদুনা লৈরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণনা মফম ইথং থংহৌদনা হেক অন্তর্দ্ধান ওইখিবা অদুদা ইবেম্মশিং অদুনা ঙাওদুনা কপ্ল কপ্লদুনা বন মহাবন গিরি গুহা থংদনা মুং তিংথং থংদনা কোইথি থিরকপদা ফংদা ফংঙকত্রবা অরাবনা ঙমথৈ লৈরকত্রবা কাল অদুদা হায়খিবা বিলাপ—

হা নাথ রমণপ্রেষ্ঠ ক্কাসি ক্কাসি মহাভুজ
দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে সখে দর্শয়ো সন্নিধিং।

অসিনচিংবা রাহৈনা বিলাপ তৌরকপা বিলাপকী চরম সীমা হেল্লবা কাল অদুদা শ্রীকৃষ্ণ নৌরবা ব্রজরামাশিংগী হৃদি

অদু কাইখিগদোবা মতৌ অদু উরকতুনা থাংবা ওমদদুনা মমৈদা দর্শন পিখি।

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মান মুখাম্বুজঃ
পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ।

বৈষ্ণবশিংবু! লোকনাথ ভুগর্ভ অনিনা চিরঘাট কৌদুনা বিলাপ তৌরকপা অসি হায়রিবা ব্রজরামাশিংগী সীমা অসি য়ৌবা তাই মমৈদা মী অমনা তাকপস্ম নত্তনা চিরঘাট দর্শন ফংখি হায় অদুনা শ্রীলোকনাথ ভুগর্ভ অনিনা ইহান হানবদা চিরঘাট প্রকাশ তৌখি। মসি শ্রীমতী ইবেম্মা রাধিকানা মনাই অনিদুনদি নিজ সখী মঞ্জুরীনিনা মখোয়না বিলাপ তৌরকপা অদুদা থাংবা য়াদদুনা ইবেম্মনা হেক তাকপিবা ওইরমাল্লে খনজৈ। মতৌ অস্মুম্মা গোষাই অনি চিরঘাটতা বাস তৌরক্লে।

লোকনাথ ভুগর্ভ অনি বৃন্দাবন্দা বাস তৌরকপা কাল অসিদা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভু দর্শন লালসা তৌরকই প্রভুনা তাক-পিখিবা নখোয় বৃন্দাবন্দা বাস তৌরমউ ঐস্থু মাঘ মাসদা সন্ন্যাস তৌদুনা বৃন্দাবন দর্শণ লাক্কনি অদুদা উনসি হায়বা প্রভুগী বাক্য অদুদা নিংশিংদুনা প্রভু করম্বা মতমদা লেংলকবা হায়না খন্দুনা লৈরকই। অসিনা বৃন্দাবন্দা লৈরকপা থা ৯।১০ ওইরক্লবা কাল অদুদা পাও তারে প্রভু মাঘ মাসদা সন্ন্যাস গ্রহণ তৌখরে অদুদগী নীলাচলদা বাস তৌখরে হায়না তারে।

লোকনাথ ভুগর্ভ অনি প্রভুবু দর্শন তৌনিংবদগী তানদুনা নীলাচল চৎলসি হায়দুনা লাকই কত কষ্ট ভোগ তৌদুনা মনাই

অনি অদু নীলাচল থুংলে য়োবগা করি তারে প্রভু কুইখিদরি দক্ষিণ লেংখরে হায়না তারে।

অদুদগী গোসাই অনিস্থ দক্ষিণ লোমদা প্রভু থিবা লাক্লে। প্রভুনা চহি অনিরোম দক্ষিণ ভ্রমণ তৌক্লরগা নীলাচলদা হল্লক্লুনা ইকুই কুইদনা অমুক বৃন্দাবন লেংগনি হায়ত্নুনা গৌড়দেশ রোমদা লেংলকপনি বৃন্দাবন য়োদনা কানাইনাট্‌শালাদগী নীলাচল অমুক হল্লকই অদুদগী খর লৈরম্লগা শ্রীবৃন্দাবন লেংখি। কাল অসিদা লোকনাথ ভুগর্ভ অনি দক্ষিণ ভ্রমণ তৌরুত্নুনা প্রভুগা স্থকথেং থেংনদরবা-অদুদা নীলাচলদা হল্লকই অদুদা অমুক তারে প্রভু বৃন্দাবন লেংখরে হায়না। গোষাই অনি প্রভুবু বৃন্দাবন্দা ফংনরুরগে হায়ত্নুনা বৃন্দাবন তম্না অমুক চেনশিঞ্জরকই। ওস্থোকপনি প্রভুগী লীলা গোষাই অনিনা বৃন্দাবন য়োঁজ-রকপা মতম অসিদদি প্রভু বৃন্দাবন দর্শন তৌত্নুনা বৃন্দাবন্দগী প্রয়াগ রোমদা লেংথোকখিবা ওসি ৪।৫ নিদা ওাইরি হায়না তারে অদু তাবদা গোষাই অনি কপ্লক্লে "হা প্রাণগৌর ননাই ঐখোয়গী করি অপরাধ লৈরবনো ভারত অসি শিন থুংনা ইবুঙো নংবু অমুক্তদি দর্শন ফংজগে হায়ত্নুনা তাঞ্জবদা দর্শন পিবিদরে" হায়না কৌত্নুনা বিলাপ তৌরকই। লোকনাথনা খল্লকই "ঐ হৌজিকমক চৎলগে প্রভুবু প্রয়াগতা ফংনবা য়াই" হায়না খল্লকই অদুগী অহিং অদুদা প্রভুনা লোকনাথকী স্বপ্নদা লেংলক্লুনা হায়খি হায়নৈ মাত্নুদি "লোকনাথ! য়েংউ নংনা উরিবা ঐগী মূর্ত্তি অসি নংনা নবদ্বীপতা উখিবা মূর্ত্তি অদুনি

হৌজিক্কি ঐনা ওইরিবা বর্ত্তমান মূর্ত্তিদি করঙ্গ কৌপীন ধারী কাঙ্গাল মূর্ত্তিনি অসি নহাক্কা উরগা নংগী হৃদি অদুদা মুভাই-ররোই অসি খন্দুনা ঐনা নহাক উনদবনি রারৌগনু ঐনা হায়গনি ইহ জন্ম অসিগী ঐগা নংগা ঐগী কাঙ্গাল মূর্ত্তি অসিদা অমুক উনরমুসি। নংনা নংগী হৃদিদা চেংনা থমজরিবা উরিবা নবদ্বীপকী ঐগী নদীয়াবিহারী রূপ অদুদা উদুনা অদুমক লৈরো ঐগী কাঙ্গাল মূর্ত্তি অসি উগে হায়বা ইহ জন্ম অসিদা আশা তৌরুরগনু হায়না হায়রম্মগা প্রভু লেংখি। লোকনাথ মিকপ থোক্লগা বিলাপ তৌই। অদুদগী লোকনাথ ভুগর্ভ অনি প্রভুবু তাম্নবা অদু তোকথরে নিশ্চিন্ত ওইনা ভজন তৌদুনা বৃন্দাবন্দা বাস তৌখরে।

গোষাই অনিগী মতুংদা বাঙ্গলাদেশদগী বৃন্দাবন্দা লাকপা অসি স্নবুদ্ধি রায় হায়বা নিংথৌ ওইরম্বা অদুমা অদুগী মথংদা শ্রীরূপ সনাতন, প্রভুমক অদুদগী শ্রীজীব, গোপাল ভট্ট, রঘুনাথ-ভট্ট, দাস রঘুনাথনচিংবা গোষাইশিং অসি মথং মথং লাক্লুনা বৃন্দাবন অসি গৌরীয় ভক্তনা অধিপতী ওইদুনা লুপ্ততীর্থ উদ্ধার লুপ্ত শ্রীবিগ্রহ উদ্ধার, অনৌ অনৌবা বিগ্রহ লিংখৎপা অদুদগী নদিয়াবিহারী শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী নৌরবা মধুর মূর্ত্তি লিংখৎপা অসিনচিংবা তৌরকই। সেবা পূজা করম চৎপা অসিনচিংবা হৌদোক্লকই বৈষ্ণব গ্রন্থ পাঠ তৌবা ১স্নং লেংবা অসিনচিংবা অসি তৌরকই।

শ্রীলোকনাথনা শ্রীরাধাবিনোদ বিগ্রহ ফংবগী রারি শ্রীলোক-




নাথ গোস্বামী অসি ব্রজগী চৌরাশী ক্রোসগী লীলা স্থান পুম্নমক পরিক্রমা তৌইনা তৌদুনা মফম অমদা থা ১ লৈরম মফম অমদা থা ২ লৈরম অম্মুম তৌনা কোইদুনা লৈবনি। অম্মুম পরিক্রমা লাকপা অদুদা ছত্রবন মনাক্তা লৈবা উমরাও হায়বা গ্রাম অদুদা লাকই। বৈষ্ণব পাঠকশিংবু উমরাও হায়বা গ্রাম অদু হৌজিক ফাওবা লৈরি মফম অদুদা হৌজিক ফাওবা লোকনাথ গোস্বামীনা লৈরম্বা কুঞ্জ অদু লৈরি সাধু বৈষ্ণব লৈরি হায়না বৃন্দাবনগী বাবাজী অমনা ভাকপিরমই লৈবদি বর্ত্তমান সূর্য্যকুণ্ডগী চিংথৈ পাংনা মাইল ৮। ৯ লাপ্পা লৈ হায়। শ্রীলোকনাথনা উমরাওদা লাক্লগা মী লৈত্রবা নির্জ্জন স্থান্দা লৈবা শ্রীকিশোরীকুঞ্জ কোবা কুঞ্জ অদুদা অদুম মথন্তা ভজন তৌদুনা লৈরকই। লোকনাথনা অম্মুম মুমিৎ ১০ নি ৫ নি লৈরক্লবা কাল অদুদা খল্লকই "মফম অসিদা বিগ্রহ অমা সেবা চৎতুনা লৈনিংই শ্রীবিগ্রহ অমতং পামইদা" হায়না খল্লকই। তৌবমক্তি শ্রীরাধাবিনোদ বিগ্রহ অসি কুঞ্জ অদুগী মচি অমদা জঙ্গল মরক্তা মমাংথৈদগী অম্মুম লুপ্ত ওইখিদুনা মীনা উদত্তুনা অম্মুম লৈরম্ম-বোইরে। লোকনাথ গোস্বামী লাক্লবা অসিদদি গোষাইনম্মু বিগ্রহ সেবা তৌগে নিংঙকপা অদুদা মনাইগী আশা পুরণ ওইহল্লগে নিংদুনা শ্রীরাধাবিনোদ মশামক্তা মী অমা ওইরদুনা নিজমূর্ত্তি রাধাবিনোদ বিগ্রহ অদু পম্মদুনা লোকনাথ গোস্বামীদা পিররে "গোষাই! বিগ্রহ অসি লৌ বিগ্রহ অসিগী মমিং রাধাবিনোদ কোই" হায়না হায়দুনা শিন্নরম্লগা মী অদু মাং-

খোকখরে। লোকনাথনা তৌরিবা লীলা অতুদা ইগুক গুকই কনানে ঐগোম্দা বিগ্রহ পিরমইবা নিপা অসিবু হায়দুনা অশুম খন্দুনা লৈরকই।

গোষাইগী চিন্তা অদু উদুনা মমৈদা শ্রীরাধাবিনোদ বিগ্রহ অতুমক্কা চিন্না খোকনা হায়রক্রে— "গোষাই ঐ মফম অসিদা নহাকপু খোয়াংনা ভাইদুনা লৈরম্ববনি উমরাওগী বিপিন অসি ঐগী আদিদগী লৈজরক্লবা গ্রামনি ঐগী কুঞ্জদি অসে কিশোরী কুণ্ড অসিনি। ঐ মংনা কুঞ্জ হেক থুংঙবা মুমিত্তগী নহাক্কী ননাক্তা লাক্লিংবনা খোয়াংনা লৈরবনি অদুদা ইকাইদুনা অশুম লৈরম্বনি মংনা ঐগী বিগ্রহ অমা হেক পামই নিংঙকপা অদুদা চৎনিংমনখরদুনা ঐ ইশামক্কা মী অমা ওইদুনা ঐগী বিগ্রহ অসি পিরবনি ঐ মুঙাইজরে নহাকপু ফংজবা ঐ লহানমখে চাদ থক্তদুনা লৈরম্মবনি কদাই করি লৈবগে ঐ য়াম্না লাক্রে করি অরৈবা পিজো" হায়না হায়রকই।

শ্রীলোকনাথ মবুঙোগী মোমন নোকপা শ্রীমুখগী মধুরবাণী অদু ভাবদা প্রেম তোজখি। অদুদগী খুনমক ভিক্ষালব্ধ বস্তু খর লৈজরম্বা অদু পাক তৌদুনা রাধাবিনোদতা ভোগ কৎলী উখোং নারক অদুদা পুষ্পশয্যা অমা শেমজদুনা রাধাবিনোদপু শয়ন তৌহল্লি। লোকনাথ উনা অমা পাইদুনা হুমাই সেবা তৌই। চরণ ওহাক নোই অশুম তোনা মন প্রাণ লুপ্না মবুঙোগী সেবা তৌরকই। লোকনাথনা ফী শেগাইবা মতৎ মতৎ থরনা তুশিন্দুনা ঝোলা অমা শেম্লে মাহুদা রাধাবিনোদ অদু হাপচিল্লগা

উশাদা য়ান্দুনা থমই লোকনাথনা অহুক হিপ্না মতমদা চৎপা মতমদসু ঝোলা অদু য়ান্দুনা কণ্ঠমালাদোনা পুহনতা লৈজবনি রাধাবিনোদকী মন্দির হায়ববু ঝোলা অহুনা ওইরে ব্রজবাসী গ্রামবাসীশিংনা রাধাবিনোদকী ১সুং লোকনাথকী কুটীর শাজগে হায়হুনা হায়জে লোকনাথনা য়াজদে বৃক্ষমূল নত্তনা লোকনাথনা য়ুম কৈদা লৈবা পামজদে। বিরক্ত হায়বত্ত থম থেংবনি লৌনিংবা চানিংবা তানশিনবা হায়বা ভাব অসি মচেৎ অমা ফাওবা লৈতবনি উথোং রাথোংদা চাদ থক্তহুনা শ্রীকৃষ্ণ ভজন্দা মুণ্ডাইহুনা লৈজবনা পামজবা লোকনাথনি মতৌ অসুম্না অচিক অচিকপা লাপ্ন লাপ্নবা কুঞ্জ কুঞ্জদা পরিক্রমা তৌহুনা অসুম লৈ শ্রীমধ্য-বৃন্দাবন্দা মরক মরক্তা লাকুনা শ্রীরূপ সনাতন ১সুং অতৈ অতৈ বৈষ্ণবশিংগা উনরৈ নোংমা নিনি লৈরম্নগা অমুক হেকমক বন্দা চৎখিবা অসিনি মতৌ অসুম তৌনা লোকনাথনা বয়স ১৬ তগী শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকতুনা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম উপার্জ্জন তৌরকপা অহুনা লোকনাথকী বয়স ৪৮ অন্দাজ শুরক্লবা শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা চহি ৩০ হেম্না বাস তৌহুনা কৃষ্ণপ্রেম তানশিন্দুনা মাহু পুনশিন্দুনা তাশিন্দুনা থম্মবনি কাল অসিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভু শ্রীবৃন্দাবন্দা অপ্রকট ওইনা লৈহুনা মনাই নক্লবু আকর্ষণ তৌরক্লে অহুনা অসোমদা নক্ল য়ুমদা লৈবা ওমদহুনা গৃহদগী চেনগদবগী তৌরকই। হায়থজরক্লে।

নক্লগী অন্তরদা কৃষ্ণপ্রেমনা নোংম নোংমগী অসুম হেন-গৎলকপা অসিনা কপ্পনা নোংকাওকত্রবা অসিদা নোংমা মমাদা

হায় "ইমা ঐহাক বৃন্দাবন চৎপনা ফরগনি নখোয়না চৎ-হন্ত্রবদি ঐগী প্রাণ অসি লৈগনি হায়বা নিংঙক্তরে" অস্মুন্না হায়রকই। মমা মপানা থ'ল্লি নরু বৃন্দাবন চৎখ্রবদি শোইদনা শিখরগনি করিনা ঙরাংদগী অঙাং অসিনা বিদেশ মফমস্থু মরাংস্থু খংদবা জায়গা অত্তুদা চাফম থকফম খংদত্তুনা থুনমক শিখিগনি অসি খল্লি। অত্তুনা নানা স্বাস্থনা তৌত্তুনা মচাবু থেমজিল্লি। নোংমগী মুমিত্তা নরুনা হায়রকই "ইমা ঐ য়ুমদা লৈবা ঙম্মরোই ঐবু নিংথিনা বিদায় পিবিরো ঐ শ্রীবৃন্দাবন দর্শন তৌরুরগে নত্ত্রবদি ঐ শোয়দনা চেনবা তারে ইমা অপরাধ তৌবিগনু" হায়না হায়রক্লে। মাতা পিতা অনিনা নরুগী য়া অদুদা ওম্থোক্লা মুংশা থিরে হেক চেম্থোকখিগবরা হায়দুনা। অদুনা মুমিৎ অদুদগী পিতা রাজা অদুনা মনাই মশল পুন্নমক্তা চেকশিন্না নরুবু য়েংউ হায়না খংহল্লে অদুনা নানা বন্দবস্ত তৌরে মচা অসি চেনখিদনবা হায়দুনা।

মীনা নীংবনা অমা লাইনা শেম্বনা অমা হায়বা পাওরো অদুনি পিতা কৃষ্ণানন্দ রাজা মাতা রাণীনরায়ণী অনিনা নয়নগী তারা ওইরবা হৃদিগী মণি ওইজরিবা মচাবু থাদোক্লিংদবদগী কত কৌশল কত বুদ্ধি তৌদুনা মচা চেনবা ঙমদনবা উপায় শেমখি। অদুবু সর্ব্বনিয়ন্তা শ্রীভগবান্না শিল্লমইবা ক্রিয়া অসিনা তম্বু সংসারগী জীবনা খিংবা লাকপা ঙম্বা পোৎ নত্তে। ইবুঙো মহাক্না লৌশিনগে হায়বা মুমিৎ অদুদা কনাগী য়োহ্লিং পোলাং মথস্তা অদুমক হিক্তোকতুনা তাজহোবনি অসি শোইদরবনি

হায়বসি মহা পুরুষশিং অসিগী জীবনীদগী কত খংবা ওমই। নরু অসিবু বাধা বিঘ্ন ময়াম অসিদগী পুথোক্লক্ল:দৌরি।

মতম কাল অসি বাঙ্গলাদেশ অমসুং পশ্চিম ভারতকী মফম পুম্নমক মুসলমান বাদসাহশিংগী মখাদা লৈ মুসলমানগী অচৌ অচৌবা গবর্ণরগুম্বা অমমম লৈরগা অপিক অপিকপা রাজ্যশিং অদুগী মসুংগা শাসম্না হিন্দুরাজাশিং অদুনা অদুমক ভৌজৈ মুসলমান অচৌবা বাদসাহ গবর্ণরগুম্বা অদুদা কর (খাজনা) কায়। খেতরীগী রাজা কৃষ্ণানন্দদত্ত অসিসু মতৌ অসুম্না মুসলমান অচৌবা অমগী মখাদা লৈ। মুসলমান অচৌবা অদুগী ফম্বু জায়গীরদার কৌনৈ। জায়গীরদার অসিনা গৌড়দেশকী অপিক অপিকপা রাজা ময়াম অসিগী অধিপতিনি। মহাক্না অসুম মীগী মচিন্দগী ভারে কৃষ্ণানন্দ রাজাগী মচা নিপা মশক মতৌ ফজরবা বিদ্বানচিংবা চংথোল্লবা গুণ লৈরবা অমা লৈ হায়না ভারে অদুদা জায়গীরদার অসিনা নরুবু অমুক্তা য়েংগে নিংদুনা মহাক্কী রাজকর্ম্মচারী থারকই কৃষ্ণানন্দদা হায়দুনা মচানিপা অদু অমুক্তা পুরকউ হায়না থারকই। রাজকর্ম্মচারীশিং অদু শগোল শামুনচিংবা পুদুনা খেতরীদা লাকুনা রাজা কৃষ্ণানন্দদা জায়গীরদারগী হুকুম অদু হায়ররে। রাজা কৃষ্ণানন্দ হুকুম অদুগী মতুং ইন্না মচাবু থাদবা য়াদদুনা আসোয়ার ময়াম অদুগা লোয়ননা নরুগা লোয়ননবা খেতরীগী মী ময়ামগা লোইননা নরুবু পুহনখরে। মতম অসি কার্ত্তিক মাসনি নরুনা মমা মপা থুরমই নরুনা অন্তরদা মমা মপাগী মফমদগী জম্ম অসিমগী

বিদায় লৌরে। মমা মপাগী মমাংদা উহল্লমই নরু হরাও হরাও চৎখি হায়না। নরু মমা মপাদগী ১স্থং ঘরবাড়ী, গ্রাম, গ্রামবাসীদগী মানসিক্কা বিদায় লৌদুনা অসোয়ায়শিং অদুগা যাত্রা তৌরক্রে। নরুদি মপুংদা করম্না চেনসিবা হায়দুনা অবকাশ থিদুনা অস্থম লাকই। অস্থম লাকপা অসিনা গৌড়রাজধানী য়োংগদবা লম থর রাৎলিডৈ অদুদা নরু অসি চেঙ্খোকখরে মকম ইখং খংহন্দনা হেক লৈথোক্কুনা জঙ্গল ওইবা মকম অমদা লৈথোকতুনা লোৎতুনা লৈহৌরে। আসোয়ায় ময়াম অদুনা থিবা ফংদরদুনা গৌড়রাজধানী য়োনা চৎথিদুনা তম্মুরে অঙাং অদু লমথাংদগী চেনখরে হায়দুনা মখোয়না নিংবনা ময়ুম্লোমদা মমা মপা নুংশিদুনা চেনখরমাল্লে হায়না অদুক থৌশারুদবা অদুদগী য়ুমলোমদা সংবাদ ফংবস্থ খর থিল্লবা অদুনা নরুনা সুবিধা অসি ফংদুনা শ্রীবৃন্দাবন তমনা মায়কৈ ইখং খংদনা পংচেল চেল্লকই। মতম অসি নরুগী বয়স চহি ১৬ লোম শুরবা কালনি।

য়ুমলোমদা নরু চেনখরে হায়বা পাও অসি তাবদা মচা অদুবু মণিদোনা য়েংজদুনতা লৈজরিবা মমা ইবেম্মা মহারাণী অদু মণিহারা ফনীপারা হায়বদু ওইদুনা মচাগী প্রেম্না ভাওরক্রে বিলাপ তৌরকই।

প্রেমবিলাস :—

"সেই কালে মাতা, নরুর সংবাদ পাইয়া।
ঘরের বাহির হয়ে পড়িল আসিয়া॥

অনাথিনী মায়ে নরু ছাড়িল বা কেনে।
না দেখিয়া তোমা বাপু ছাড়িব জীবনে ॥
আরে মোর সোনার নরোত্তম গেলা কতি।
আউদড় চুলে কাঁদে হইয়া উন্মতি ॥
না জানিল নরু মোর ছাড়ি কোথা গেল।
বিধাতা দারুন মোরে এতদিনে হৈল ॥
সোনার শরীর নরুর কেমনে হাটিবে।
ক্ষুধার পীড়িত অন্ন কাহারে চাহিবে ॥
পলাবার কালে নরু করিলে পিরীতি।
অনাথিনী মায়ে ছাড়ি তুমি গেলা কতি ॥"

নরু চেনখরে হায়বা পাও অসি য়ুমদা হেক হায়রবা কাল অসিদা মমা ইমুংদা লৈরমই মপান মাঙ্গোন্দা লেপতুনা পাও অসি হেক হায়রবত্তুদা মমা ইবেম্মা অত্থ মশম মনা মফী মরোল খংদনা চেম্থোক্রক্তুনা হা নরু হা নরু হায়রম্লগা শুমাং অত্তুদা হায়থত্থনা তাখরে চহি ২। ৩ দগী মচাগী রাখন্দা হৃদি অত্থ কংলক্রবী দেহ অত্থ ক্ষিণ ওইরক্রবীনি অত্থনা মচা মণি অত্থ হেক মাংখিবা অত্থদা করি অবস্থা ওইগনি বৈষ্ণব পাঠকশিং অত্থম্মক খন্দুনা বিচার তৌবিউ। মমামা তেংথারকই "ইমাগী ইবুঙো নরু নংগী থোৎলবা নৌরবা নখোং অত্থনা তু খোং তিংখং হুং কাংক্রিক মরক্তা করম্না চৎলিগবা ইচানা লাম্মক্রবা থৌরাংলক্লবা কালদা কনানা পিজবিগনি ওস্থোকপনি নরু নংদি ইমাবু থাদোক্কে নিংত্থনা তৌরিবোইরে নংনা চৎলমদাইদা নোক নোকতুনা চৎখিবা

অদুগা ইমাবু হরাওহল্লম্বা ইমাগীদি হন্না য়েংবদা কনা অমা লৈতরবনি অনাথিনী ওইরবী নমাবু হুপ্পেক্লমহ্রনা কদাই য়োথ-রবনো। অসুম কৌহ্রনা ওন থোইদুনা বিলাপ তৌরকই।

পিতা কৃষ্ণানন্দসু মচাগী মতৌ নিংশিংদুনা বিলাপ তৌরুরগা মচাবু থিনবা মী থারকই মাইকৈ ফাংনা ফাংনা সিপাহী চাম চাম শিন্দুনা থারকপা অদুনা কোইথী থিরকই, তানরকই। রাজ-কুমার নরু নোংমতসু চরা হেনবা থংদবা রাজবাড়ীগী মোন্দুম মোন্তেক মথক্তা তাইওরদুনা চাওরক্লবা নোংমতসু থোৎলবা মথোং অদুনা মুং কাংক্রিক মরক্তা চৎচক্রিবা চহি ১৬। ১৭ তা ঙাইরিবা নৌরিবা অঙাং অদুনা নোংমতা নত্তনা মুমিৎ ৫ নি ১০ নি চাদ থক্তনা তু থোং তিংথং মরক জঙ্গল মরক থংদনা উথোং রাথোংদা ঙহাক অমা চৎ ঙহাক অমা পোথা অসুম তৌনা পংচেন চেল্লকপা অসিদা নৌরবা দেহ অদু চোকথরক্রে থোৎলবা নৌরিবা থোং অনি অদু পোকথোক্রে খুয়া থাবা য়ারক্তবনি অদুনা নরু উথোং লম্বি ময়াদা হৌবা উ অমগী মখাদা তুদ্রনা লৈখরে অসুম তৌনা অচেতন ওইনা তাদুনা লৈবা কাল অসিদা পিতা কৃষ্ণানন্দনা থারকপা সৈন্যদল অমনা থেংনরে নরুগী তৌরমইবা উকুল রাইফুল ইতৈ তৈ মপুক্তি তপ নপ্লিবা মশা অদু ময়েং তারম্বা বদন অদু লাংশনবা মশম মনা ইফা ফা উ মথা অদুদা রাজকুমার অদুনা অসহায়ী দীনের অতি দিন কাঙ্গালগী মতৌ ওইদুনা উতুপ তাবদৌনা তাদুনা লৈরম্বা অদু উবদা প্রাণ পুবা য়ানখিদে ময়াম চংদুনা কোনখৎতুনা নাম্বোক

খোংতোকপিহুনা পুরকইবা সন্দেশনচিংবা খর জলপান তৌহল্লে।
রাজসৈন্যশিং অহুনা নরুবু য়ুমদা হল্লসি হায়না খেম্মকই
নরুনা অহু তাবদা নয়ন অনিদা প্রেমগী ইরা চেল্লগা
খুম্মকই ইপা ইপন ভাই বন্ধু পুম্নমক্কী মফমদা বিনয় তৌনা
হায়জরি ঐনা চৎলিবা অসিগী উদ্দেশ্য ইহ জন্ম পর জন্মদা
পংনা ফংবা গুমদরবা শ্রীধাম বৃন্দাবন দর্শন তৌবা চৎপনি
অহুনা মাসি অফবা উদ্দেশ্যনি নিংজৈ শ্রীকৃষ্ণপ্রেমধন উপার্জ্জন
তৌবা চৎচবনি ইহ জন্ম অসিদা মীওইবনা তানগদবা লন্দি
মাসিনা অখোইবনি নিংজৈ অহুনা ঐবু বৃন্দাবনলোমদা থাদোক-
পিউ। খ্বাইগীম্বু মঙ্গল ওইগনি ঐগীম্বু মঙ্গল ওইগনি অম্মুম্না
কত বিনয় ভক্তিগা লোয়ননা হায়জরকই। নৌরিবা অঙাং নরুগী
মধুরবাণী ১স্বুং পারমার্থিক ওইবা রা অহু তাবদা নরুবু ফাগনি
লাক্লিবা রাজসৈন্যশিং অহু নরুগী নৌরবা বদন অহু য়েংঙ
য়েংঙগা প্রেমহুম তৌরক্লে নরুনা হায়বা অহুদা য়ানিংলক্লে অহুনা
সৈন্যশিং অহু তানরে ঐখোয় গতি লৈত্তে নরুবু থিংবা তৌরম্নুসি
থাদোকখরসি অহুদা মী অমতংদদি মতুং ইম্নবা লম্বিদা অহুক
সেবা লাংবা তৌবিনবা অমতং থারসি হায়হুনা মী অমা শেল থুম
খর শিম্নহুনা নরুগা চৎহনখরে। রাজসৈন্যশিং অহু হনখিহুনা
রাজা কৃষ্ণানন্দদা নরুগী অবস্থা পুম্নমক লিরুই। কৃষ্ণানন্দ গতি
লৈতহুনা মচাগী বিরহনা কত বিলাপ তৌহুনা লৈখি।

নরুনা মাবু ফাগনি হায়না লাকপা সৈন্য ময়াম অহুগী
মখুত্তগী পার তৌরকপা অহুদা হয়াওবগা লোয়ননা শ্রীগৌর-

চন্দ্রবু স্মরণ তৌদুনা অসুম লাকপা অসিনা কাশী য়ৌরক্লে। কৃষ্ণদাস ব্রাহ্মণনা লিখিবা প্রভুগী বারি অদুগী মতুংইন্না প্রভুনা লেংখি লেংখিবা স্থান স্থান থিদুনা অসুম দর্শন তৌরকপনি কাশীদা প্রভুনা লৈরম্বা চন্দ্রশেখরগী য়ুম থিরকতুনা দর্শন তৌই তপন মিশ্রগী স্নানচিংবা লৈরম লৈরম্বা জাগা পুন্নমক দর্শন তৌরগা প্রয়াগ লোমদা লাকতুনা প্রভুনা থুঙম থুঙম্বা স্থান পুন্নমক দর্শন তৌজরে। অদুদগী মথুরাধাম য়ৌরক্লে অসি য়ৌরকপদা নরু খুৎ অনি য়াংনা থাঙৎতুনা "হা প্রাণ গৌর, হে রূপ সনাতন, হে গৌরভক্ত বৃন্দ" অসিনচিংবা কোর কোরদুনা কপ্লকই শ্রীমথুরা-ধামবু দণ্ডবৎ কৎলি। শ্রীমথুরাধাম দর্শন পরিক্রমা তৌদুনা অসুম কোইরকই বিশ্রাম ঘাট য়ৌবদা নরু খোং থাংবা য়ারক্তুরে য়াবনা লেংবা ঙম্লক্তুরে ঘাট অদু য়ৌবগা নরু য়ামনথিদুনা তুখরে অদুদগী ঙহাক লৈরগা তুমথখরে। স্বপ্নদা প্রভুগী নিংথিজরবা হাস্য বদন ওইবা নদীয়াবিহারীগী রূপ অদু হেক উই ঙহাক অমুক শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী শ্রীমূর্ত্তি হেক উই অদুদগী ঙহাক অমুক শ্রীরূপ সনাতন অনি লাকতুনা কোনবিরে। মতৌ অসুম্না নরু তুমখম ছুত্থদুনা স্বপ্নদা মহা আনন্দ ওইদুনা বিশ্রাম-ঘাট অদুদা তুদুনা লৈ।

নরুনা মথুরা য়ৌরগা বিশ্রাম ঘাটতা য়াদুনা হৌগৎপা চৎপা ঙমদদুনা লৈবা মুমিৎ অসিগী অহিং অসিদা মধ্যবৃন্দাবনদা লৈরিবা শ্রীজীব গোস্বামীগী স্বপ্নদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুগী লিলানি রূপ সনাতন অনি স্বপ্নদা লাকুনা শ্রীজীবদা হায়রে "হে জীব!

প্রভুগী প্রেমতনা তাত্থনা পোক্লবা নরোত্তম লাকলে মথুরা য়োরকত্থনা বিশ্রাম ঘাট্টা চৎপা ওমদত্থনা লৈরে নোং হেক ওানবদা মহাকপু লৌশিনবিরু" হায়না হায়রম্নগা রূপ সনাতন অদর্শন ওইখরে। বৈষ্ণব পাথকশিংবু নক্লনা লাকপা মতম অসিদদি শ্রীরূপ সনাতন অনিদি মতম খরগী মমাংদা অপ্রকট ওইখরবনি।

শ্রীজীব নোং হেক ওানবগা মী অমা মথুরাদা নক্লবু থিবা থারকলে। হে দীনদয়াময় শ্রীগৌরহরি ইবুংঙো নংগী অচিন্ত্য-শক্তিগী লীলা অসি ওয়োকপনি নক্লনা মথুরা য়োরকলে হায়বা অসি মথ্যবৃন্দাবনদা কনানস্থ চৎথনা হায়রুবা নত্তেনে মতম অদুগী শ্রীবৃন্দাবনগী অধিপতিদি শ্রীজীবনি ব্রজচৌরাশী ক্রোশগী হর্ত্তা কর্ত্তানি। হর্ত্তা কর্ত্তা অত্থদা প্রভুগী অচিন্ত্য শক্তিনা নরুগী রা অসি হেক খংহল্লি। মনাই নরুগী দমক ওয়োকপা লীলা তৌবিরি। নরোত্তম কৌবা শ্রীগৌরচন্দ্রগী প্রেমনা পোকলবা অওাং অমা লাক্লে মথুরা য়োরকলে হায়বসি শ্রীবৃন্দাবন্দা হেক্কা নিনথিবনি শ্রীজীবনা থারকপা ভক্ত অদু মথুরাদা অশুম থিরক-ত্থনা বিশ্রামঘাটতা নক্লবু থেংনররে অত্থদগী বৃন্দাবন্দা পুরকত্থনা শ্রীজীব গোষাইগী মফমদা শিন্নরে। নক্ল শ্রীজীবগী দর্শন ফংজ-বত্থদা নয়ন অনিদা প্রেমগী ইরা চেল্লত্থনা শ্রীজীবগী চরণ কোন্দুনা দণ্ডবৎ কৎখরে। শ্রীজীব রাজকুমার নক্লগী অবস্থা অদু উবদা কপ্ল কপ্লত্থনা নক্লবু আলিঙ্গন তৌত্থনা অত্থদগী শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদা পুশিন্দুনা দর্শন তৌহল্লি নক্ল শ্রীগোবিন্দগী

শ্রীমূর্ত্তি অদু দর্শন হেক ফংবদা শ্রীগোবিন্দগী বিদ্যমান অদুদা হাইথখরে মূর্চ্ছা ওইখরে শ্রীজীব নরুগী মহা আনন্দ প্রেম অদু উবদা অঙকপা পোকখি অদুদগী ইশিংকক্তা চাইদুনা লাক্লদুনা মমৈদা বাহ্যজ্ঞান লাক্লে অদুদগী শ্রীজীবগী আশ্রমদা পুশিন্দুনা স্নান ক্রিয়ানচিংবা তৌহন্দুনা মহাপ্রসাদনচিংবা ফংহন্দুনা আরাম তৌহল্লি নরু লহান মথৈ অরাবা খংদনা পংচেল চেল্লকপা অদুনা শ্রীবৃন্দাবন য়ৌরবা অদুদদি হকচাং অদু ওস্থোক্লা শোক-খরে প্রাণ লৈগনি হায়বা আশা লৈতবনি অদুনা শ্রীজীবনা নরুবু মতম খর আরাম তৌথো হায়দুনা আরাম তৌহল্লী।

নরুনা বৃন্দাবন্দা লাক্লিঙৈগী মমাংদা শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু বৃন্দাবন্দা হাল্লনা লৈরম্লে। বৈষ্ণব ময়ামনা ১সুং সর্ব্বজীবনা অয়াম্বনা শ্রীনিবাস আচার্য্যগী মিং তাবিরিবনি মফম অসিদা শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভুগী জন্ম বিবরণচিংবা চাওনা হাপচররোই শ্রীভক্তিরত্নাকর গ্রন্থদা পাকনা চাওনা লেংখরে বৈষ্ণবশিংগী কৃপা পিবিরবদি শ্রীনিবাস আচর্য্য প্রভুগী জীবনী অমা তোপ্পা ইজরক্কে আশা তৌজরি। মফম অসিদা সংক্ষেপ ওইনা থজিক্তং হায়জগে মাদুমক ইহায় হায়দরবদি শ্রীনরুগী জীবনী অসিদা অঙ্গ অমা রাংলি করিনা মমৈগী প্রেমভক্তিগী জীবন অসিদা তিন মূর্ত্তি শ্রীনরোত্তম শ্রীনিবাস শ্যামানন্দ অদুম অসি অমগা অমগা ইথা থানবা য়াদবা ওইনা তিন্নখি অদুনা প্রভু ৩ অসিগী সংক্ষেপ ওইরবসু বিবরণ খর খরদং হায়বনা বৈষ্ণবশিংদা অদুক হুন্ডাইগদৌবোই নিংজে অদুনা খরদং হায়থজরক্কে।

শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা নদিয়া বিহার তৌদুনা লৈরিঙৈদা গঙ্গাধর ভট্টাচার্য্য কৌবা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমা উত্তর রাঢ় গঙ্গা মপান্দা তাবা চাথন্দি হায়বা গ্রাম অদুদা লৈরমই। শ্রীগৌরচন্দ্রগী নবীন যৌবন নদীয়াবিহারী রূপ অদু মহাকনা ওস্থোক্লা হৃদি অদুদা মুংশিঞ্জে অদুদা প্রভু অসি মতম খর নদীয়াবিহার তৌরগা সন্ন্যাস ওইরগনি হায়দুনা কাটোয়াদা কেশব ভারতীগী মফমদা লাকুনা সন্ন্যাস তৌজরগে হায়না কেশব ভারতীগী স্থান খোংনাং মখোং অদুদা ভারতীগী মনাক্তা অজ্ঞা ঙাইদুনা লৈ মতম অসিদা গঙ্গাধর ভট্টাচার্য্য অসিসু পাও তাদুনা মফম অদুদা লাকুনা তৌরিবা লীলা অদু দর্শন তৌরৈ। ভারতীনা য়ারম্নুনা সন্ন্যাস গ্রহন তৌগদবগী নাপিতনা প্রভুগী নিংথিজরবা চাঁচর কেশ অদু হেক মুণ্ডন তৌরকপা ক্ষুর থারকপা অদুদা গঙ্গাধর প্রাণ পুবা য়ারক্কে অদুদগী নাপীতনা মুণ্ডন লোইরদুনা প্রভুগী শিরদা কেশ ৈংতবা অদু উবদগী গঙ্গাধর জ্ঞান য়াওদদুনা পৃথিদা হাইথু হাইথুদনা বিলাপ তৌখি। কেশব ভারতীনা প্রভুগী নাম থোনবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়না ৩ লক লাওনা হায়দুনা নাম থোনখি ভারতীনা লাওরিবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়বা শব্দ অসিগী চৈতন্য হায়বা শব্দ অসি মুর্চ্ছা ওইদুনা লৈরিবা গঙ্গাধরগী কর্ণদা হেক চংই অদুদগী মচিন্দা চৈতন্য চৈতন্য হায়দুনা পংশোন্দা শোল্লকই চৈতন্য চৈতন্য হায়র হায়রদুনা মানা হৌগৎলকপা মতমদদি প্রভু লৈরমদরে অদুদগী গঙ্গাধর অসি অঙাওবা দৌনা চৈতন্য হায়বা শব্দ অসি পংশোন্দা শোন্দুনা মাগী গ্রামদা

হল্লকই। চাগনি খংদে থকনি খংদেময়ুম মকৈ য়ুম্না খংজক্লরে অঙাওবা দৌনা পংচৎ চৎতুনা চৈতন্য শোন্দুনত্তা লৈরকই। গ্রামগী বুদ্ধি তাবা থরনা তৌরিবা ভাব অতু খংত্থনা গঙ্গাধর অসিবু চৈতন্যদাস চৈতন্যদাস হায়না লাওনা লাওনা কৌই কৈরোই লৈকাইগী মী পুম্নমক্না মহাকপু চৈতন্যদাস হায়না মমিং থোনখরে অতুদগী গঙ্গাধর অসি ঙাওবা অতু ফত্থনা য়ুমদা নিংথিনা বুদ্ধি তানা লৈথি অতুদগী মহাকপু চৈতন্যদাস হায়না অত্থমক খংনখরে।

চৈতন্যদাস অসিগী পত্নীনা পতিব্রতা ওইবী নামদি লক্ষ্মীপ্রিয়া কৌই। ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনিসি মচা পোক্তে। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা শ্রীক্ষেত্রদা বাস তৌবা কালদা ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনি অসি শ্রীনীলাচলদা প্রভু দর্শন তৌবা লাকই। প্রভুনা স্বয়ং শ্রীজগ· বন্ধুনা ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অহন অনিসিবু লীলা কারণগী দমক মচা নিপা অমা পোকহন্নবা আশা তৌত্থনা কৃপা পিবিখরে অত্থনা প্রভুনা শ্রীমুখনা মতম অতুদা হায়খি।

ভক্তিরত্নাকর ২য় তরঙ্গ নং ১২১—১২৪

"পুত্রের কামনা করি আইল ব্রাহ্মণ
শ্রীনিবাস নামে তাঁর হইবে নন্দন ॥ ১২১
শ্রীরূপাদি দ্বারে ভক্তিশাস্ত্র প্রকাশিব।
শ্রীনিবাস দ্বারে গ্রন্থরত্ন বিতরিব ॥ ১২২
মোর শুদ্ধপ্রেমের স্বরূপ শ্রীনিবাস।
তারে দেখি সর্ব্বচিত্তে বাড়িল উল্লাস ॥ ১২৩






শীঘ্র গৌড়দেশে বিপ্র করহ গমন ।
ঐসে বহু কহি কৈল ভাব সম্বরণ ॥ ১২৪"

প্রভুগী ইচ্ছাদগী ১স্থং জগন্নাথগী স্বপ্নাদেশদগী চৈতন্যদাস ১স্থং ইবেম্মা লক্ষ্মিপ্রিয়াগা লোইনহুনা গৌড়দেশদা হল্লক্লে অহুদগী থর লৈরগা বৈশাখী পূর্ণিমাগী দিবাদা রোহিণী নক্ষত্রদা ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনিগী মচা ইবুঙো অমা পোকই মচাগী মমিং শ্রীনিবাস হায়না থোনখি ।

মাতা পিতা অনিনা গৌরগত প্রাণ ওইবনিনা অহুগা শ্রীগৌর-চন্দ্রগী ইচ্ছাদগী শেম্লকইবা অঙাংনিনা হেক অঙাং ওইরি-ঙৈদগী বিদ্যাধয়নচিংবা ১স্থং ভক্তিপ্রেমচিংবা হেক্তা খাইদগী হেন্দোকপনি । থর চাওরক্লবদা মপাগী মচিন্দগী শ্রীগৌরচন্দ্রগী ১স্থং গৌরভক্ত পুম্নমক্কী জীবনী নিংথিনা কুপনা খংখরে অহুনা চহি ১৭ । ১৮ শুবা কালদা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎখিবনি । শ্রীনিবাস অসি নক্লদগী চহি থর হল্লি অহুগা বৃন্দাবনস্থ নরুনা থুংঙগদবা থরগী মমাংদা লৈরম্মবনি শ্রীনিবাস অসি বৃন্দাবন্দা লাক্লগা শ্রীগোপালভট্ট গোস্বামীদা গুরু ওইরৈ অহুগা শ্রীজীবনা বৈষ্ণব গ্রন্থ পুম্নমক তম্বিরমই । বৈষ্ণবগ্রন্থ পুম্নমক নিংথিনা তমদুনা পাঠনচিংবা তৌবদা মহা মধুর ওইরকপা অসিদা শ্রীজীব গো-স্বামীনা পেল্লহুনা শ্রীনিবাসবু "আচার্য্য প্রভু" উপাধি পিখি অহুনা ব্রজবৈষ্ণব পুম্নমক্কা "শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু" কৌনৈ ।

শ্রীনরুনা বৃন্দাবন থুংহুনা শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদা শ্রীজীব গোস্বামীগী আশ্রয়দা লৈবা কাল অসিদা শ্রীনিবাস আচার্য্য

প্রভুগা উনরে রাজকুমার শ্রীনিবাসকী চরণ থুরমই। শ্রীনিবাস চিরদিনগী বন্ধু নরোত্তমবু ফংনবতুদা গৌরপ্রেমদগী পোকপা ওাক্কনিনা প্রভু অনি প্রেম তৌনখি ১স্থুং ইষ্ট গোষ্ঠি তৌনদুনা কৃষ্ণকথালাপ তৌনদুনা মহা আনন্দ ওইরক্লে নরুগী হকচাংসু ফরক্লে পরিক্রমা দর্শন চৎপা ওমলকলে শ্রীজীবগী আজ্ঞা লৌদুনা নোংম নোংমগী অসুম পরিক্রমা দর্শন হৌরক্লে নরুনা সাধু বৈষ্ণব ১স্থুং কুঞ্জ কুঞ্জ পুম্নমক দর্শন অসুম লাকই। মতম অসিদা শ্রীরূপ সনাতন নত্তনা প্রমুখ ওইবা গৌরভক্ত পুমনমক প্রকট ওইদুনা লৈরমই লৈবদি বন্দা লাপন লাপন চিকপা কুঞ্জ অমমমদা নির্জ্জন স্থান্দা লৈ। শ্রীগোপাল ভট্ট, রঘুনাথ ভট্ট, মধু পণ্ডিত, রাঘব পণ্ডিত, লোকনাথগোস্বামী, ভুগর্ভ গোস্বামী, রঘুনাথদাস, কৃষ্ণদাস কবিরাজ, প্রেমী কৃষ্ণদাস, কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী, হরিদাসাচার্য্য, যাদবাচার্য্য, পরমানন্দ ভট্টাচার্য্য, উদ্ধবগোবিন্দ, মাধব অসিনচিংবা মহা মহা ভুবন পাবন ওস্বা শক্তিশালী ওইরবা গৌরভক্ত ময়াম অসিনা ব্রজচৌরাশী ক্রোশগী মায়কৈ অমমমদা অধিপতি ওইনা লৈরবনি। শ্রীনরুনা মথং-শিৎনা বৈষ্ণব ময়াম অসি দর্শন তৌরকই।

বৈষ্ণব পাঠকশিং নরুনা পরিক্রমা তৌরকইবা সাধুদর্শন লাকইবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুগী কৃপাদগী সদ্‌গুরু ফংঙ-গদৌরি। নরুনা অসুম দর্শন লাকপদুনা শ্রীলোকনাথগোস্বা-মীগী কুঞ্জ য়ৌরকুনা শ্রীলোকনাথ দর্শন ফংজরে ১স্থুং ভক্তি কৎচৈ। নরুনা শ্রীলোকনাথবু হেক দর্শন ফংবদা গোস্বামীগী

শ্রীমূর্ত্তি শান্তস্বভাব, মধুরবাণী ১ম্বুং অলৌকিক ওইরবা গুণ অদু উবদা নরুগী মন্ধা ঐনা গুরুবরণ তৌগদবদি অসিনি অসুম্না মানসিকনা আত্মসমর্পন হেক তৌই। নরুনা লোকনাথবু হায়না খংবসু নত্তে হায়না ঐ অদুম তৌরগে হায়দুনা থন্দুনা তৌবসু নত্তে। মাসিদি হেক দর্শন ফংবদুদা করিগুম্বা অচিন্ত্যভাব লাকতুনা নরুনা হেক্তা গুরুবরণ তৌবনি। লোকনাথনসু মাসি খংবা পোৎ নত্তে। নরু মশামক আদবকাইদা খংবা রাজ-কুমারনি অদুগা ভক্তনা লৈতেং ওইদুনা ফাওরকলবা নরুনি অদুগা লোকনাথ গোস্বামী অসিসু মহা বিরক্তনি মী অমগা রা ককা ঙাংনবা মতম লৈতবনি দিবা রাত্রি কুঞ্জ অদুদা ভজনানন্দদা লৈবনি অদুক মতা য়াদদুনা রা অমা অনি ঙাংঙকপা অদুনা কয়াদি মধুর ওই পুকনিং হুনবগী মশক্তি নরুনা লোকনাথগী বিছ্যমান্দা রা অমফাওবা ঙাংজদে কেবল মানসিকনা আত্ম-সমর্পন তৌজরমই অদুদগী মথং মথং দর্শন চৎখি।

নরুগী হৃদি মমুং অদুদা ভাবী শ্রীগুরুদেবগী মূর্ত্তি অদুদা উরক্লে নোংম নোংমগী গুরুপ্রেম হেল্লকই নরুনা অসুম দর্শন পর্শন তৌদুনা সাধু বৈষ্ণব সঙ্গ অসুম তৌরকতুনা লৈরকপা মতম অসিদা মীগী মচিন্দগী তারক্লে শ্রীলোকনাথ গোস্বামী অসিদি ইহ জন্ম অসিদা শিষ্য পোক্লম্মরোই থম্লম্মরোই হায়না সঙ্কল্প তৌখরে হায়না তারে। নরু রা অসি তাবদা কোক্তা বজ্র তাবদোনা হৃদিদা রাখরে করিনা হায়থরবদা হোংদবা অঙাং ওইরিবৈদগী দৃঢ় সঙ্কল্প ওইরবা নরুনি নরুগী মানসিকনবু ওই-

য়বস্থ সঙ্কল্প তৌছুনা কৎথোকখরবা দেহ অদু অমুক হোংগনি হায়বা মীওই নত্তে অদুনা রাখিবনি অদুগা শ্রীলোকনাথ কৌবা গোস্বামী অসিস্থ ওস্তোকনা হৃদি চেৎপা দৃঢ় সঙ্কল্প হায়খ্রবদা হোংবা লৈতবা মীতা অমনি বৈষ্ণবশিংনা অস্থুম্মক বিচার তৌবিউনে লোকনাথগী মন অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরদুনা কয়াম্মুক দৃঢ় সঙ্কল্প ওইবগে— পিতা মাতানা মচা লোকনাথকী বাল্য অবস্থাদগী উদাসীন ১স্থং সংসারিক বিষয় পুম্নমক্তা য়াম্না বিরক্ত ওইবা স্বভাব অদু উস্থুনা পিতা মাতানা মতোমতগা পোকপনিনা মচাবু য়ুমদা সংসারিক ভোগনা বন্ধন তৌদুনা থমনিংবদগী কত কৌশল যত্ন তৌদুনা হোৎনজখি লোকনাথগী বৈরাগ্য ভাব অদুনা কনবা হেন্দুনা চহি ১৫ । ১৬ তা ঙাইরিবা বয়স অদুনা হুংশিরবা পিতা মাতা অনিগী প্রেমবন্ধন থোরি অদু পৎ থদৎলগা শ্রীকৃষ্ণ উদ্দেশ্যদা গৃহ থাদোকতুনা হেক চেল্লকপা ভস্বা অঙাংনি অদুদগী নবদ্বীপতা প্রভুগা উনরবদা প্রভুনা বৃন্দাবন্দা চৎলো ইহ জন্ম অসিগী নিজদেশ নিজগ্রাম য়ুম কৈ পিতা মাতা বন্ধু বান্ধব পুম্নমক হেক থাদোকতুনা তুরদেশ জন্মদগীস্থ অমুক্তা চৎলুদ্রিবা মফম মাইকৈ খংদবা কদাইদা থুংঙ্গদগে খংদবা কনা লৈরমগনি কদাইদগী চারুনি হায়বস্থ খংদবা লাপখ্রবা বাঙ্গলা দেশদগী থা ২ । ৩ গী লম্বেল চৎকদৌরিবা বৃন্দাবন হায়বা লম অদুদা চৎতুনা বাস তৌরুরো অমুক হন্নক লাক্লকপগী থবক লৈতে অস্থুম হেক হায়রকপা অদুদা ওসি হায়রগা হয়েং নোং হেক ঙানবদা বৃন্দাবন যাত্রা

হেক্তা তৌবা ওম্বা অদুক কনবা হৃদি চেনবা লোকনাথনি অদুদগী বৃন্দাবনদা লাকলে মীশু তাদবা মহাজঙ্গল ওইরম্মবা বৃন্দাবন ধাম অদুদা উখোং য়াখোংদা কোইদনতা লৈদুনা ভজনানন্দদা লৈরকপা অদুনা চহি ৩০ হেন্না বাস তৌদুনা কনা অমগী মায়া বন্ধন লৈতরবা শ্রীলোকনাথ অদুনা তৌখিরিবা সঙ্কল্প অদুবু করম্বা জীবনা লেংহনবা ওমগদগে। নরুগী মমাংদা শত শত সাধু পণ্ডিত বৈষ্ণবশিংনা লোকনাথগী শিষ্য ওইবা ওম্বরা য়েংগে হায়দুনা কত চেষ্টা তৌদুনা হোৎনখরবনি অদুবু শ্রীলোকনাথগী চেৎখরবা য়াশক অদু মচি খজিক্তা লেংহনবা ওমদরবনি অদুক চেৎনা লৈরবা লোকনাথনি অদুনা নরুনা থয়াইদা য়াখিবনি।

হে বৈষ্ণব পাঠকশিং য়েংবিউ মহাপুরুষ অনি মহা দৃঢ় প্রতিজ্ঞ ওইরবা হায়খরবদা তৌখরবদা সুমেরুদোনা লেংদরবা হৃদি চেৎলবা মহাভাগবত অনিনি। অনি অসি কনানা জয় ওইরগবা ঐখোয় জীবনা থংবা ওম্বা নত্তরে। অন্তর্যামী শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী লীলানি ইবুঙো মহাক্না মহুংদা শিল্লিবা অসিদি জীবনা থংবা ঙমদেনে। ননাই লেখকনা প্রার্থনা তৌজে হে দীনদয়াময় শ্রীগৌরহরি ননাই ঐখোয় মৈতৈ হায়বা জাতী অসিদি চিংনা কোইশিন্দুনা জগতকী মঙাল জ্ঞান ফংদদুনা লৈজরবা অধম জীবনি ননাই অপংবা কাইদোংফম লৈজরবা জাতী অসিগী ভব সাগর পার তৌজবা য়ানবা উপায় সদগুরু অমত্তদি শেম্বিনবা লেংহৈদরবা সুমেরু অদু লেংহনবিদুনা

ঐখোয়গী প্রাণগী প্রাণ ওইজরবা শ্রীনরুবু জয় ওইহনবিউ। বৈষ্ণব পাঠক ময়ামস্তু নরুগী জয় ওইনবা শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরন্দা প্রার্থনা তৌবিউ।

নরু ওম্মোক্লা লুরবা সমস্তা অমা তৌরকপা অসিদা হৃদি অহুদা য়াম্না রারক্লে চাই মুঙাইরক্কে থকই মক্ষম থংঙক্করে শ্রীবৃন্দাবন দর্শন তৌহুনা সাধু বৈষ্ণবকী কৃপা ফংজহুনা মুঙাইনা ভজন সাধন ভক্তি উপার্জ্জন তৌহুনা বাস তৌজরুগনি হায়হুনা লাকচবনি শ্রীগুরুগী কৃপা ১স্নুং গুরুপদাশ্রয় নত্তনদি হায়রিবা পুম্নমক অসি ওইবা য়াবা নত্তে অহুনা সৎগুরু থিজবনি অস্নুক রানা থিরকতুনা হৌজিক্তি মনমত সৎগুরু অহু দর্শন ফংজরে পুক্লিংনা তাজরহুনা আত্মসমর্পন তৌজরে অবশ্য মানসিকননি মানসিকনা এইরবস্নু ঐগী ইচ্ছানা কৎচথরিবনি অহুবু হৌজিক্তি গুরুনা শিষ্য অমতস্নু থম্মোই হায়না দৃঢ় প্রতিজ্ঞা তৌখরে তারে হৌজিক ঐগী গতি করিনো ঐনা চংজক্রহুনা কৃপা পিবিউ হায়না সাক্ষাৎ প্রার্থনা তৌজক্লরবস্নু লৌবিরম্মোই অহুদা কৎথোকথরবা দেহ অসিবু কনাদা অমুক কৎথোক্কনি অহুগা কৎথোকথরবা দেহ অসিদা অমুক অমদা পিথোকপা ওম্বগী অধিকার অহুস্নু লৈতরবনি অসিনা ঐবু করম তৌসিবা থন্দুনা মমৈদা পতিতপাবন শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু কৌহুনা বিলাপ তৌরকই চিকনা চিকনা মথক্তা লোকনাথগী কুঞ্জ অহুদা তোইনা তোইনা লাকপা হৌরে কুঞ্জ অহুদি বৃক্ষলতানা ইমং মংহুনা গুরুবা মকমনি লোকনাথনা ভজন তৌহুনা লৈরিবনা বৃক্ষলতা ইকোই






কোইবা অতুগী মখুংদা মীনা মপান্দগী উবা রাকপা ফংবা নওবা ভজনস্থলীনি নরুনা কুঞ্জগী মপাল অদুদা অসুম ঙাহৌ ঙাহৌ চৎতুনা গুরুস্মরণ তৌদুনা লৈ ঙহাক উখোং অমগী মথাদা ফমদুনা তুমিন্না ভজন তৌদুনা লৈ। অসুম তৌরকপা অসিনা থা ৬। ৭ শুরক্লবনি মমৈদদি দিবারাত্রি কুঞ্জবাহির অদুদা কোই-থুনা কপতুনতা লৈরকলে চাবা থকপা থংগক্তরে করি থল্লকই "ওহে প্রভু লোকনাথ জীবদা দয়া তৌবিরমউবা ননাইবু ভব-সাগর পার তৌনবা লম্বি তাকপিরমউগবা ভক্তি প্রেম মচেৎ অমতদি থম্বিরমউগবা" অসিনচিংবা হায়দুনা হেক হেক কপ্লকই। নরুনা কুঞ্জ মনুং অদুদা চংবদি চঙনিং চংবদি হেক ঙমদা তৃষ্ণা অদুনদি দণ্ডে দণ্ডে হেঞ্জিল্লকপা অদুদা ওন থোইদুনা কুঞ্জ মপাল অদুদা লৈরকই।

নরু মওন মওন থল্লকপা গুরুগী সেবাদি তৌজনিংবা অদুগা গুরুনদি উরগা য়ারোইদবা করিনা শিষ্যস্থু থমজরোই মী অতোপ্পা অমতস্থু লৈমিন্ননিংদবা য়া ফাওবা ঙাংনজনিংদবা পরম-হংসনি অদুনা করি সেবা তৌসিগে গুরুবুস্থু উহন্দবা অদুগা সেবাদি মওইবা অসিগুম্বা সেবা অমতং তৌগে হায়না রাখল থল্লকই। রাজকুমারস্থু রাজকুমারনি বুদ্ধি লৌশিং চংথোনবা অদুগা ভক্তিমার্গদস্থু থম থেংবা ঙমথৈ য়োবা নরুনি নরুগী রাখল করি লাকই রাই শিৎনবা ঙমচিৎ অমা শাজরে। লোকনাথ গোস্বামীনা প্রাতগী হৌগৎপা অসি ব্রহ্মমুহূর্ত্তদা নোংঙানগদবা দণ্ড মরি লৈরিঙৈদা সদাই ওইনা হৌগৎতুনা

বাহ্যিক ক্রিয়া তৌই অন্থদগী হকচাং শেংদোকতুনা নাম শোনবনি নরুনা তৌরিবা মতম পুম্নমক অসি মুন্না খংলন্থনা করি তৌ-রকই নরুনা নোংঙানগদবা দণ্ড ৬। ৭ রাৎলিঙৈদা হায়বদি গুরুনা হৌরিবা মতম দণ্ড অতুদগী দণ্ড ২। ৩ গী মমাংদা হৌগৎচন্থনা নরুনা শেমজরিবা শুমজিৎ অতু পাইন্থনা গুরুগী বাহ্যিক তৌফম অতুদা লাকতুনা গুরুগী অমাংবা অতু তরু তরু শেংদোকচরে শুমজিৎনা লম অতুগী অকোইবা মফম পুম্নমক শিৎতোকচৈ। লৈপাক অকংবা মকুপ ফী মচিদা নিকথন্থনা তারকপা অকুপ্পা অতু খরদং বাহ্যিক তৌফম অতুদা থমই অতুদগী নরু শুমজিৎ অতু মখুৎ ২ না মথবাক্তা কোন্দুনা গুরু স্মরণ তৌদুনা লেপতুনা ঙহাক প্রেম তৌরমই অতুদগী শুমজিৎ অতু মচি অমদা লৈপাক মমুংদা ফুমজিন্দুনা থনম্লগা থুনমক হেক কুণ্ডগী বাহির মফম অমদা লোম্না লৈখি। মতৌ অম্মুম্না রাজকুমার অসিনা হাড়িগী নীচ সেবা তৌরকপা অসি চহি অমরোম ফারকদোরবা মতম অসিদা শ্রীলোকনাথ গোস্বামী অহানবদদি তৌরিবা লম রাইশিত্তোক্লম্বা লৈপাক মকুপ খুৎ নোইনবা থম্মমইবা মতৌ অসি থোইনা খল্লুদে অম্মুম কুই-শিল্লকলবা তৌরিবা হুমিৎ খুদিং রাইশিত্তোক্লম্বা লৈপাক অনৌবা হেক হেক থম্লম্বা অতু অম্মুম ভাব তৌরকই মাসি মীনা তৌবা তাই মহৌশানা থক তৌদবা থবক অমনি হায়ন্থনা পুক্লিংদা চিংনবা পোকলকলে মুমিৎখর, মুম্না য়েংবা হৌরকলে অন্থবু কনাবুম্নু উবা ফংদে লোকনাথ হুদিদা রাবকলে করিনা বৈষ্ণবকী

রাখন হেক তৌরকই বিনামুল্যে ঐগী সুখগী দমক মী অমবু অমুক হুঙ্গোইরবা থবক নীচ সেবা অসি তৌহনবগী ঐ অসি অপরাধী ওইবা তারে করম্না তোকহল্লসিবা ব্রজদা করম্বা ব্রজবাসী ওইরিগবা অসিগুম্বা নীচ সেবা অসি তৌবা ঙম্বা হ্নদি চেনবা অদু কনা ওইরমগবা মীঙোন্দা হংকমসু খংবা পোৎ নত্তে হংবসু য়াম্না ইকাইবা পোৎনি কনানা ঐনা তৌবনি হায়না হায়বিরকদগে অসুম খন্দুনা বৈষ্ণবকী হৃদিনিনা মী অমনা রারিবদু অসুম খল্লকতুনা সেবা অসি তৌরিবা জীব অদুগী অকপট ভক্তি নিষ্কাম ভাব অদু খঙ্গরুরগা লোকনাথকী হৃদি অদুদা করুনা লাকই অদুগা খল্লকলে "তৌরিবা সেবা অসি অমুক হন্না তৌহল্লরোই" হায়না খল্লকই।

গোষাইনা অসুম খল্লকপসিনা নোংমদি অয়ুকী মহৌশানা দণ্ড ৪ লৈরিঙৈদা হৌবা অদুদগী খর ঙনখৎনা নোংঙানগদবা দণ্ড ৬ লৈরিঙৈদা হৌগৎলগা বাহ্যিক তৌফম অদুদা হেক লাকই মতম অসিদা রাজকুমার নরুদি মখুৎ ২ না শুমজিৎ পাইদুনা স্থান অদু কম্না রাই শিৎচরমইবা হেক থোকলে নরুনা লু লুকথদুনা গুরুগী সেবানিকো খন্দুনা মন্দা কুণ্ডাইজবা অমা য়াওনা সেবা তৌরিবনি কাল অসিদা ইখং খংহৌদনা গোষাই হেক চংঙকই গোষাই চপ লেপতুনা য়েংদুনা "বাবা কনানো, করিনো নংনা তৌরিবসিদে" হেক হায়রকই অদুদা নরু খংবোই কিবোই মকম খংদদুনা শুমজিৎ অদু থবাক্তা কোল্লগা মচি অমদা লেপ্তুনা হেক লৈ গোষাইনা "নংবু কনানো মতৌদি

গৌরিয়া মতৌ মাল্লি অহুবু নহাকনা অম্বুক নীচ ওইরবা থবক অসি নখুৎমক্না তৌরিবসিবু করিগীনো হায়উ" হায়না হায়রকই। অহুদা নরুনা "প্রভু। ননাই ঐগী ইমিং নরোত্তম কৌই গৌড়-দেশদা খেতরী গ্রামদা তোল্লবা শূত্র স্নাৎতা পোকপনি ইপানা খেতরীগী রাজা কৃষ্ণানন্দ দত্ত মজুমদার হায়বহুনি ইমানা নরায়ণী কৌই। ননাইনা পিশক পিকউদগী কৃষ্ণদাস বৈষ্ণব ব্রাহ্মণগী কৃপাদগী মহাক্কী মচিন্দগী শ্রীগৌরচন্দ্রগী চরিতামৃত তাজবা ফংই পদ্মা নদীদা স্নান চৎপদা গৌরবর্ণ শিশু অমনা নৃত্য তৌ তৌহুনা ঐগী হৃদি মনুংদা চংখি অহুদগী ঐ যুমদা লৈবা ওমদহুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা প্রাণ গৌর ফংগবরা হায়হুনা লাকচবনি। গুরুগী কৃপা নত্তনদি ননাইনা নিংবা আশা পূরণ ওইররোই অহুনা ননাইনা তবচরন্দা মানসিকনা গুরুবরণ তৌজখরে মতুংদা গুরুদেবগী দৃঢ় প্রতিজ্ঞা অদু তারকতুনা ননাইগী নিরাশা ওই-রহুনা গতি লৈতহুনা ইহ জন্ম অসিদা তব সেবাদদি তৌজরম্মগে গুরুগী প্রতিজ্ঞা অহুবুসু কয়ম্মা কাইহনগনি খল্লুবদা অরাবা অমা ওইহুনা ননাই তৌফম খংদহুনা সেব। অসিমতদি তৌজগে নিংহুনা তৌজবনি অপরাধ ক্ষমা তৌবিউ ননাইগীনি হায়বা সংসার অসিদা তব চরণ নত্তনা চংজক্ম লৈজদে প্রভু কৃপা তৌবিউ হায়রগা নয়ন অনি প্রেমনা কুপখিহুনা লোকনাথগী চরন্দা তুখরে।

লোকনাথ ওহাক রাখন তৌরগা হায়ররকই "বাপু। নংদি নংনা তৌরিবা ভাব নংনা শাগ্নিবা রারি অসি পুন্নমক অসি

পুন্নমক অসি বিচার তৌরগদি নহাক অসি শ্রীগৌরচন্দ্র মহা-প্রভুগী পরম কৃপাপাত্রনি জগৎগুরু ওইরবা ইবুঙো মহাত্মা নংগী হৃদিদা চংখিহনা ঙাক্ননা লৈরে নহাক্তি সিদ্ধ অদুমক ওইরে সাধ্যবস্তু অদুনা নংগী হৃদিদা লেংদনা লৈরে অসিদা নংনা অতোপ্পা মী অমদা অমুক গুরুবরণ তৌৎগী করি প্রয়োজন লৈবগে ঐদি তার দাসের অনুদাসনি করিস্তু থংদবনি বাপু মাসি তৌগনু" হায়না হায়রকই।

নরুনা "প্রভু তব চরন্দা স্থান পিনবিউ ননাই ঐ করিস্তু থংজদবা অঙাংনি ননাইনা মানসিকনা ননাইগী দেহ অসি তবচরন্দা কৎথোকখরে আত্মসমর্পন তৌজখরে হৌজিক তব চরন্না লৌশিনবিদ্রবদি কৎথোকখরবা দেহ অসি কনাদা পিরু-সিগে ননাই ঐনা অমদা কৎথোকনবগী অধিকারস্তু লৈজদরে অদুনা তব ইচ্ছানি ননাইবু করম তৌবিগদগে অদুমক থন্দুনা তৌবিরো" হায়না গোষাইদা পুমইন হেক ইঙ্গোকই।

গোষাইনা নরুগী মধুরবাণী ভক্তি বিনীত ওইরবা প্রেমগী রা অসি তাবদা করি হায়সিগে করি তৌসিগে হায়বা থংঙক্ত-বনি অদুবু নরু য়েংদুনা হায়রকই "নহাকী রাহৈশিং অসি তারগা হে রাজকুমার ঐগী থম্মোই অসি কাইখিগদৌই ঐগী সঙ্কল্পদি সংসার অসিগা সম্বন্ধ থম্মরোই হায়দুনা ইহ জন্ম অসিদা সেবক থনশ্মরোই সেবকী দায়িত্ব ভার অদু ঐ পুজররোই ইহ জন্ম অসি শিষ্যগী বজা য়াওদনা য়াংনা চৎচখরগে হায়না থনবনিনে অদুনা ঐগী সংকল্প অসি কায়হনগনু বাপু ঐবু

সংসারদা অমুক পুনশিনবা অসি তৌরগনু ব্রজধাম অসিদা ভুবন পাবন ওস্বা কত মহাপুরুষ লৈরি প্রভুগী কৃপাদপগী পরম গুণবান শাস্ত্রজ্ঞ ওইবা সংগুরু ফংগনি" হায়না হায়রকই।

নরুনা "প্রভু! ব্রজবৃন্দাবনগী কুঞ্জ কুঞ্জ পরিক্রমা তৌজদুনা ননাইনা কোয়না থিজরবনি ননাইগী মন্দা তবচরণ নত্তনা অতৈ অমদা মন অসি চৎলু হায়বা য়াদে ইহ জন্ম অসিদা ননাই ঐনা কৎচথরবা দেহ অসি অমুক হল্লরোই প্রাণ অসি অসুমক থাথরসনু। তব কৃপা নিজরি ননাইগী করম তৌরগা মঙ্গল ওইগদগে অদু খন্দুনা অদুমক তৌবিরো" হায়না হায়জরকই।

লোকনাথ মমৈদা করি হায়রকই "বাপু। ঐ হায়ফম থংজরে। সে রা হায়গে ঐনা হায়রিবা অসি ইল্লকো মাদুদি নংনা হৌজিক তৌরিবা হাড়িগী সেবা অসি ওসিদগী তোক্লো মাসি ঐগী হৃদিদা য়াম্না মুত্তাইতে অদুনা ওসিদগী হৌনা অমুক তৌবা য়াদেকো" হায়রল্লগা লোকনাথ বাহ্যিক তৌবা চৎথরে। রাজকুমার খর লাপ্পা চথোকতুনা সেবা ঙাইদুনা লৈ। গোষাইনা মনুং চংউদুনা থোরক্লবদা রাজকুমার লৈপাক মকুপ খর পাইজদুনা গুরুদেবগী মাংদা সেবা ঙাইজে। গোষাই লৈপাক অদু লৌবিদুনা খুৎ শা শেংদোকই। নরুগী হৃদিদা কয়া আনন্দ ফংজে। গোষাইনা কুঞ্জদা হনবা মতমদা নরুসু তুং ইন্দুনা অদুম চৎলি গোষাই ভজন কুটিরদা চংখি নরুনা কুঞ্জগী দ্বার অদুদা লৈদুনা হকচাংনচিংবা শেংদোকচদুনা গুরুনা ভজন্দা কুমথিবা অদু ইঙ্গিত য়েংদুনা অদুম লৈ। নরুসু হুমিৎ খুদিংগী

নাম লক্ষা অনি লৌবনি অদুনা তোইনা নাম জপ তৌদুনা কৃষ্ণবাহিরদা মচি অমদা অসুম লৈ। মরক মরক্কা মতা য়েংহুনা কৃষ্ণ মমুংদা চংদুনা লৈ হেক থনম্বা, রাই হেক তৈথোকপা, রাই হেক শিৎতোকপা অসিনচিংবা খর খর তৌই। গোষাইনদি তৌ হায়রিবা নত্তে অদুমনদি ওইরগা নরুনা অদুক করিগুম্বা অমা তৌজরম্বা অদু তোগমু হায়না মানাদি তৌদে অদুগা নরুদা রা লাল থক ঙাংদে অদুগা নরুসু কিত্তনা রা লাল ঙাংবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। মতৌ অসুমনা রা লাল ঙাংনদনা অম্বুমনা লৈরকপা অসিনা চহি অমা অমুক হেল্লকলে।

বৈষ্ণবশিংবু মতাং অসিরাইদা ঙহাক্তুং লেপতুনা বিচার অমতং তৌসি নরু অসি নিংথৌ অমগী মচানি পিতা মাতানা মথম্বা পোকপনি মশক মতৌনা ফজবনে বুদ্ধি লৌশিংনা চং-থোনবনে বিদ্যানা লৈবনে স্বভাব চরিত্রনা ফজবনে অসি পুম্ন-মক অসিদগী ইহেনং হেনবা দুর্ল্লভ ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম ভক্তি হায়বদুসু লৈরবা মথোল কারকইবা ফজথরবা নিপা মচা অমনি হায়রিবা গুণ ময়াম অসিদা ভুষণ ওইরবা নরু অসিনা মথুৎমক্কা গুমজিৎ পাইদুনা নোংঙাল্লমদাইদা ইতৎ তৎতনা হৌগৎতুনা মীগী বিষ্টা শেংবা হায়বা থবক অসি ঐনা থঙ্গবদা ঐথোয়গুম্বা মুর্খনদি মাসিগুম্বা থবক অসি তৌবা ঙম্মোই। নরুগী হায়রিবা গুণশিং অসিগী অমতংদবু ঐথোয়দা লৈবা থোক্রবদি ঐগুম্বা মুর্খনা তৌগদবা করিনো ঐদি রাজকুমারনি হায়দুনা অভিমান্না লোইরগদবনি ঐদি বুদ্ধি লৈবা মীনি, বিদ্যা হৈবা পণ্ডিতনি,

লন লৈবা তৌবা ওম্বা মীনি হায়দুনা চাওথোক্লক্কদবনি অদুগা নরুনা নীচ সেবা তৌবা অদু নোংকাদোক্তা নত্তে হুমিৎখুদিং নোংঙানগদবা দণ্ড ৬ রাৎলিভৈদা হোৗগৎতুনা হাড়িগী থবক তৌবসি চহি অমা হেন্না তৌরকপনি অদুবু গুরুনা বাধা তৌবদুদা কীদুনা তোকপনি অদুদগী শ্রীগুরুদেব অদুনা রাস্তু লালস্ত ঙাংবিদনা য়েংবিদনা গুরুগী কৃপা আশা তৌদুনা গুরুগী নাক্তা অস্তুম লৈরকপা অসিস্তু চহি অমা হেল্লকলবনি মাসিবু সাধারণ জীব ঐগুম্বনা অস্তুক কুইবা অসি থাংবা ঙমগদরা? অসিনা বৈষ্ণবশিংবু নরু অসি কয়া রাংনা লৈখরবা করম্বা বস্তুনো হায়বদু বিচার তৌবিউ। শ্রীকৃষ্ণবু ফংগে হায়দুনা তাম্নবা অসি নরুগুম্বা মহা পুরুষশিং অসিনা উদাহরণ ওইনা লৈরে। ঐখোয় ক্ষুদ্রজীবনা নরুগুম্বা সহিষ্ণুতা লৈতবদগী শ্রীকৃষ্ণ ফংদবনি অদু লৈরবদি সোইদনা ফংগনি হায়বা তাকই। সৎগুরু ফংবা হায়বসি শ্রীকৃষ্ণ ফংবনি শোইদবনি নরুদি সহিষ্ণুতাগী পাম্বৈনা আব্রহ্মচারী ওইদুনা চহি ৩০। ৪০ বৃন্দাবন্দা বাস তৌদুনা সংসারগী মায়া পক্তরবা হৃদি চেৎশিল্লবা জগতকী মী পুম্নমক্না লেংহনবা ঙমগ্রবা শ্রীলোকনাথগী দৃঢ় প্রতিজ্ঞা অদু সিথিল ওইহনগদৌরি অর্থাৎ দৃঢ় প্রতিজ্ঞা অদু কাইহনগদৌরি। মাসি কনাননো ভকতবৎসল ওইরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভু অদুনা মনাই নরুগী দমক্তা শিল্লিবনিনা মনাই লোকনাথগী হৃদি অদু নরুগী দমক্তা থোৎহল্লনগদৌরি।

নরু গুরুগী কৃপা দৃষ্টি ঙাইজদুনা গুরুনা ঙাংবিদ্রবস্তু

য়েংবিত্রবস্থু অস্থুম সেবা তৌরকপা অসিনা চহি অনি অহুম অসি তৌরকইবনি নোংম নোংমগী গুরুপ্রেম বৃদ্ধি ওইরকই। তৌরিবা অসিদি অন্তর্যামী শ্রীচৈতন্যপ্রভুনদি উবিরি অদুনা লোকনাথগী হৃদিদা চংদুনা নোংমদি মাহু শ্রাবণ থা ইঙেন থানি লোকনাথনা নরুবু মনাক্তা লাও হায়দুনা কৌশিল্লকই মতম অস্থুক কুইবা রা মচেৎ অমতস্থু ঙাংবিত্রবা মহা গম্ভির ওইরবা শ্রীগুরুদেব অদুনা মফম ইখং খংদনা হেক কৌরকপা অদুদা রাজকুমার নরু পুকনিংদদি অকিবগা লোইননা গুরুনা কৌবিরিবা অসিবু করি হায়বিরগবা ঙসিমথৈ অসিদা লৈগনু চংথরোবু হায়রক্দরা হায়নস্থু থন্দুনা থরাই রানা রানা খুৎ অনি লোম্নজদুনা মতু ইপোন পোল্লদুনা গুরুগী সন্নিধান্দা থর থর চংশিঞ্জরকই। নরু গুরুগী চরন্দা অষ্টাঙ্গ প্রণাম কৎলে অদুদগী থুরুথুদক কুন্দুনা খুৎ অনি লোম্নদুনা গুরুগী আজ্ঞা ঙাইদুনা লেজৈ। শ্রীলোকনাথনা নরু য়েংঙদুনা করি হায়রকই "বাপু! নংগী নতৌ অসি উবদা ঐগী হৃদি অসি পুবা য়ারক্তরে ঐনা শিষ্য থমম্নরোই হায়না প্রতিজ্ঞা তৌবসি প্রতিজ্ঞা পালন তৌবা নংগী নফম অসিদদি ঙম্মক্তরে অদুনা ঐ করিগুম্বা রাফম অনিদৎ হায়গে নং মাসি পালন তৌবা ঙমগদরা? নরুনা "তব কৃপা লৈরবদি ঐ শোয়দনমক পালন তৌজগনি" হায়না খুমজরকই। লোকনাথনা অদুদা হায়রকই।

(১) নহাক মৎস্য ভক্ষণ তৌররোইদবনি

(২) ইহ জন্ম অসিগী বিষয় সম্বন্ধ থম্মরোইদবনি।

অর্থাৎ ঙা চাক্করগনু অহুগা বিবাহনচিংবা তৌরুরগনু অসিনি রাজকুমার "প্রভু ননাই ঐ মাহু পুন্নমক পালন তৌজগনি" হায়না খুম্মকই।

লোকনাথনা অমুক্কা বুদ্ধি তানবা চৎসিন্নবা হায়হুনা "রাজ কুমার নং পুক্কিং চংনা তাও নং ব্রহ্মচার্য্য চৎলগদবনি অহুগা য়ুম কৈ পানবা হায়বা বিষয়গী থবক অসিমা কক্লগদবনি। নংদি রাজকুমারনি অঙাংস্ম য়াম্না নহা ওইরি হৌজিক মুম্না বিচার তৌহুনা খল্লগা উত্তর তৌগদবনি ইন্দ্রিগী বিচার লালসা মরু ফংনা লৈহল্লোইদবনি ঐনা হায়রিবা ব্রতশিং অসি নিং-থিনা পালন তৌবা ঙমমোই হায়হুনা ঐনা শিষ্য থমজরোই হায়না রাশকপনি ইবুঙো রাজকুমার নং চনিং তানা খন্নহুনা মুম্না বিবেচনা তৌহুনা খুমগদবনি" হায়না হায়রকই।

রাজকুমারনা "প্রভু তব কৃপাদৃষ্টি লৈরবদি তাকপিরিবা পুন্নমক অসি পালন তৌবা ঙমগনি ব্রহ্মচার্য্য ব্রত অসি ঐ হান্নদগী তৌজরক্লবনি প্রভুনা তাকপিরিবা ব্রতশিং অসি ঐনা পামজবগ্না হেক থোকলে ননাই ঐ পালন তৌজগনী" হায়না খুম্মকই।

শ্রীলোকনাথ গোস্বামী নক্লগী মশক মতৌ বয়স নৌরিবা চহি ১৮। ১৯ তা ঙাইরিবা অঙাং অহুনা অম্মুক ভক্তি চেৎপা সাধারণ অঙাংস্মু নত্তে মপানা বর্ত্তমান নিংথৌ ওইহুনা ধন সম্পত্তি মানগী ঙমখৈ লৈহুনা লৈখরবা রাজকুমার অসিনা অম্মুক কজবা উদাসীনভাব লৈবা অহুগা অঙাং অহুনা ঙাংথোক






শক্তোকলকপা অতুদা সুংশিখিরিবা ভক্তি বিনীত ওইবা নরুগী বদন অদু অস্সুম য়েংউরগা গোষাই হৃদি মক্সুংদা প্রেম লাকলে অতুদগী পাম্বোম অনি তিংথোকতুনা কোনগে লাও বাপু হেক হায়বিরকই অতুদা নরু প্রেম গদ গদ ওইনা চিন্দা "প্রভু! দয়াময় করুনাসিন্ধু ননাই পতিতনি করিস্থ খংজদবা অঙাংনি" হায়না হায়না গোষাইগী চরণ অনি কোন্দুনা প্রেম তৌতুনা দণ্ডবৎ তৌখরে। গোষাইনা নরুবু কোনখৎপিদুনা প্রেম আলিঙ্গন পিবিখি অতুদগী নরুগী থোৎলবা গলা অদু গোষাইনা পাম্বোম অনিনা কোনশিন্দুনা কপলকই— করি হায়রকই। "বাপু ইহ জন্ম অসিদা ঐগী হায়বা পোৎ অমদি শিষ্য লৈহৌদরবনি নংনা ঐগী আদি মধ্যম ১স্থং শেষ সেবক হায়বদু ওইহৌরো। ঐনা শিষ্য থমমমরোই হায়বদি নংগুম্বা শিষ্য ফংবদি জগৎ অসিদা তাংই ঐগী ভাগ্যনা নহাকুম্বা শিষ্য ফংজবনি ঐগী ইবুঙো শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা শিল্লকইবা লীলানি অসিনা ঐগী অসিগুম্বা ভাগ্য অসিবু স্থযোগ অসিবু করিগী থাদোকদগে। ঐগী প্রতিজ্ঞা ভঙ্গ ওইবগী দমক ঐ জন্ম জন্ম কত জন্ম নরক ভোগ তৌরবস্থ পুক্নিংদা করিমতা মুঙাইতবস্থ লৈতরে বাপু! নংগী নফমদা ঐ অপরাধী ওইরগদমাল্লে খল্লক্লে" অসি হায়র হায়রদুনা ওহাক কোন্দুনা গুরু শিষ্য বিলাপ তৌনৈ। অতুদগী গোষাই সেবা পূজা মতম য়োৗরদুনা স্নান্নচিংবা তৌখরে নরুস্থ স্নান্নচিংবা তৌদুনা গুরুগী সেবা পুজাগী সেবা চংই। নরুগী পূর্ণজীবন ওইজরে হৃদি অতুদা মহা আনন্দ ফংদুনা প্রাণপনে গুরুগী সেবা তৌজরকই।

মতুমিৎ থর লৈরগা শ্রীলোকনাথনা শ্রীজীবনচিংবা প্রমুখ ওইরবা ব্রজবৈষ্ণব পুন্নমক্কা ভানচুনা রাজকুমার নরোত্তমবু চলিত মাস শ্রাবণগী পূর্ণিমা মতুমিৎ অসিদা দিক্ষা মন্ত্র পিরগনি হায়না লোকনাথগী মত প্রকাশ তৌরে। অদুদগী পূর্ণিমা মতুমিৎ অসি অয়ুক্তা শ্রীজীবগোষাই, গোপাল ভট্ট, তস্য শিষ্য শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু, রঘুনাথ দাস, কৃষ্ণদাস কবিরাজ, ভূগর্ভনচিংবা ব্রজ চৌরাশি ক্রোশগী হেক লৈরিবা মহান্তশিং শ্রীলোকনাথগী কুঞ্জদা তিল্লরে। কাল অসিদা লোকনাথ নরুবু পুহনা যমুনাদা নরুবু স্নান তৌথোকউ হায়না তাকপিহনা স্নান তৌহল্লে। অদুদগী যমুনাদগী কুঞ্জদা কাররুগা গুরুনা "বাপু ঐগী খোং অনি অসি নখুৎ অহনা অদুক হামদোকউ শেংদোকচো" হায়না তাকপি। রাজকুমার মথং শিৎনা গুরুনা তাকপিবা মতুং ইন্না তৌজে। লোকনাথ অদুদগী আসন্দা ফমহনা শ্রীহরিদা স্তব প্রার্থনা তৌই করি হায়না "প্রভো তব চরন্দা এই প্রার্থনা তব চরণবু আশা তৌদুনা চংজরকইবা অঙাংমচা অসিদা কৃপা-দৃষ্টি তৌবিউ পদস্খলিত ওইদবা চংশিনজরকইবা অসিদা চুম্না বাধা বিঘ্ন লৈতনা তব চরণ হেক য়োৎজবা ফংজবা কৃপা পিন-বিউ ননাই অঙাং অসিবু লৌশিনবিউ" হায়না রাজকুমারগী মঙ্গলগী দমক গুরুনা দণ্ডবৎ কয়ামরুম কৎলি। অদুদগী গুরুনা নরুবু কৌশিল্লকলে। নরু নিংথিজরবা লাইবক অদুদা মলয়জ চন্দনা ইলং লংনা থিনবা পাম্বোম য়েৎলোম ওইরোম থবাক কণ্ঠ ১মুং অঙ্গ শুনা চন্দোন থিন্দুনা কয়াদি নুংথরে নহানগা

ওইবনে শকনগা ফজবনে শাওং শাদানা ফজবনে রাজকুমার-নিদো মতৌ অসুম্না বৈষ্ণবচিহ্ন ধারণ তৌহুনা গুরুগী নাক্তা চংশিঞ্জরকই গুরুনা রাজকুমারবু ওইরোমদা ফমহল্লে।

গুরুনা হায়রকই "বাপু হৌজিক্তি নহাক ঐগোন্দা আত্ম-সমর্পন তৌজরো অদুগা নংগী নশাদা হেক লৈরম্বা পাপ পুন্নমক ঙসিমথৈ গুরুদা কথোকলবনি হায়না খল্লু। ঐনা ঙসিমথৈ নংগী পাপ পুন্নমক পুরগদবনি নংগী নশা অদুদা পাপ লৈহল্লরোইদবনী" হায়না হায়রকই বৈষ্ণব পাঠকশিং য়েংবিউ কনাগুম্বা অমনা গুরু ওইগে হায়রবদা কয়া দায়িত্ব পুক্ম থোকপা হায়বদু মতাং অসিনা উদাহরণ ওইবা য়াই গুরু ওইবা হায়বা থবক অসি ইলাই লাইবা থবক নত্তে শিষ্য অদুগী দমক গুরুনা শ্রীহরিদা কয়া চেৎনা থরাই য়াওনা প্রার্থনা তৌক্ম থোকপা অদুগা শিষ্য অদুগী আজন্ম প্রারব্ধ পাপ পুন্নমক গুরুনা পুগদবনি শিষ্য অদুগী ভবিষ্যৎকী লম্বি ফাওবা গুরুনা দায়িত্ব পুবিগদবনি অদুনা খল্লুরবদি গুরু ওইবা হায়বসি অরাইবা পংতৌ তৌবা য়াবা থবক নত্তে বিচার য়ুম্না তৌগদবোইরে হায়বসি মতাং অসিনা উদাহরণ ওইহনসি।

গুরুনা ভাকপিবা মতুংইন্না রাজকুমার অদু গুরুগী চরণ অনি অদু মখুৎ অনিনা কোনজরগা মানসিকনা "ঐ ঙসিমথৈ ঐগী দেহ অসি গুরুদা কৎথোকলবনি" হায়না আত্মসমর্পন তৌরে। অদুদগী কর্ণ অনিদা হরিণাম মহামন্ত্র অহুম্লক অহুম্লক শোনবিদুনা নকুগী কর্ণ শুধন তৌবি, অদুদগী শ্রীকৃষ্ণ মন্ত্র রাধা

মন্ত্র গায়ত্রিগা লোইননা কর্ণ অন্দা ও লক ও লক শ্রীগুরুগী মুখনা শোনবিদুনা নরুগী হৃদিদা বীজমন্ত্র থাবিখরে। অদুদগী গুরুনা "ঐনা মঞ্জুলালী বা মঞ্জুলালী মঞ্জুরীনি অদুগা নংদি বিলাসমঞ্জুরীনি" অসুম হায়না তাকপিরে। ভজন সাধনচিংবা করম তৌবা হৌনৈ হায়বা পুম্নমক মথংশিংনা তম্বিরে। গুরুগী বাক্য মতুং ইন্না অদুদা তিল্লিবা মহান্ত পুম্নমক অদুগী চরণ শোক্লা শোক্লা লোইনা খুরমজরে আশির্ব্বাদ নিজরে। বৈষ্ণব মহান্ত ময়াম অদু দর্শন ফংজবদা রাজকুমার নয়ন অনিদুদা প্রেমদি ইরা চেল্লদুনা মহা প্রেমানন্দ ফংজে। অদুগা নরুগী নিংথিজবা রূপ চন্দনন্দি ফজনা ইলং লংনা থিনবা ফুলমালা অদুনা ভকশমদা লৈতেংবা ভক্তি বিনীতভাব অদুনদি ওম্থোক্লা ফজবা অদু উবদা তিল্লিবা মহান্ত ময়াম অদু ধন্য ধন্যনি হায়না নিন্নরকই ১সুং হরি ধনি তৌরকই। বৈষ্ণব পাঠকশিং ঐখোয়সু মতাং অসিদা শ্রীনরোত্তমগী জয় হায়সি শ্রীনরোত্তমদা ভক্তি কৎচসি। ভসিদগী নরোত্তমগী শ্রীকৃষ্ণ যুগল মন্ত্রদা সম্পূর্ণ দীক্ষা হায়বদু ওইরে।

শ্রীনরোত্তম গুরুগী কৃপা দীক্ষা ফংদুনা ভজন সাধনচিংবা উপার্জ্জন তৌরকই। শ্রীজীব গোস্বামীগী নাক্তা মতম লৈবা খিবিক্লা লৈদুনা বৈষ্ণবগ্রন্থ পাঠ তমই হুমিৎ খরদংগী মতুংদা সর্ব্বশাস্ত্র হেক্লা হৈবনি অসিদা শ্রীজীব, গোপালভট্টনচিংবা মহান্ত ময়াম অসিনা ওম্থোক্লা চানখরে শ্রীজীবনা মহান্ত ময়ামদা প্রস্তাপ তৌই নরোত্তমবু "ঠাকুরমহাশয়" উপাধি পিগে হায়দুনা

ব্রজবৈষ্ণব পুন্নমক্না সর্ব্বসম্মত ওইনা হয়াওনা য়াবে শ্রীজীব গোস্বামীনা নরোত্তমবু ঠাকুরমহাশয় হায়বা উপাধি অসি পিবিরে অহুদগী হৌড়না ব্রজবৈষ্ণব পুন্নমক্না নরোত্তম ঠাকুরমহাশয় হায়না কৌনথরে বৈষ্ণব পাঠকশিং ঐখোয়স্থু অসিদগীদি নরোত্তম ঠাকুরমহাশয় হায়না বা ঠাকুরমহাশয় হায়না কৌজরসি।

শ্রীবৃন্দাবন্দা অঙাং নহা অনি শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু ১স্থং শ্রীনরোত্তম ঠাকুরমহাশয় অনি অসি মশকনা মতৌনা ফজবনে বিদ্যানা চংখোনবনে ভক্তি প্রেমনা ওম্থোক্লা ফজনা লৈখরবা অসিনা ব্রজবৈষ্ণব পুন্নমক্কী প্রিয়পাত্র ওইরকই শ্রীজীব গোস্বাইগী পাম্বোম অনি ওইদুনা খ্যাতি ওইদুনা লৈরকই। শ্রীজীব গোষাই মহামণি ওইরবা রত্ন অনি অসি ফংজবদা কয়া নুঙাইজে আচার্য্য প্রভু ১স্থং ঠাকুরমহাশয় অনিগা ফম্মিন্নদুনা শ্রীজীবনা ভজন সাধন তত্ত্ব—কৃষ্ণ কথালাপ ১স্থং শ্রীরূপসনাতনগী রারি-নচিংবা তৌনদুনা কয়া নুঙাইজে।

শ্রীজীবনা অস্থুম খল্লকই শ্রীনিবাস নরোত্তম অনিবু বন পরিক্রমা তৌহন্দুনা চৌরাশীক্রোশ ব্রজ ধাম অসিগী হেক লৈরিবা কুঞ্জ কুঞ্জ তীর্থ পুন্নমক অসি কুপনা থংহল্লগে নিংঙকই অহুদি মাসিগী লম্মিং তুম্মিৎ মুন্না থংবা পরিক্রমা চিংবিনবা মী অমতং ফংঙবদি নুঙাইনিদা হায়দুনা অস্থুম খল্লকই শ্রীজীবদি রাধাদামোদর ১স্থং শ্রীগোবিন্দগী সেবা অসি কুইনা থাদোকপা য়াদে অহুগা গোস্বামীনা থবক চিল্লিবসিমা ঙকখরবনি ব্রজ চৌরাশী ক্রোশ অসিগী লুচিংবা প্রধান মহন্ত হাঙবদু শ্রীজীবনি

অদুনা অমগী স্থ অমগীস্থ হংফম য়েৎফম হায়বহু শ্রীজীবগীদা ওইরে অদুদগী বৈষ্ণবগ্রন্থ পাবা লেংথোকপা শ্রীজীবগী অরুবা অকনবা থবক অমনি অদুনা শ্রীজীবনা পরিক্রমা চিংবা হাঈবা থবক অদু ভমলাকপা পোৎ নত্তে মরম অসিনা শ্রীজীবনা পরিক্রমা চিংবিনবা অথংবা বৈষ্ণব অমতং পামদুনা অস্থম খল্লকপনি।

মতম অসিদা শ্রীরাঘব গোস্বামী কৌবা পরম বৈষ্ণব ওইরবা বৈরাগী অমা শ্রীগোবর্দ্ধন্দা বাস তৌরমই। গোস্বামী অসি পুর্ব্বাশ্রমদি ভারত দক্ষিন্দা পোকপনি মহাকুলীন ওইরবা দাক্ষিণাত্য ব্রাহ্মন্নি ব্রজদা কুইনা বাস তৌরব্রবনি সিদ্ধ মঞ্জুরীদি ইবেম্মা শ্রীমতীরাধিকাগী প্রাণস্বরূপা সখী চম্পকলতা হায়বিদুনি। শ্রীরাধাকুণ্ড তটবাসী শ্রীরঘুনাথদাসগা য়াম্না তিন্নজবা মহা বৈষ্ণবনি মরক মরক্তস্থ অদুক মধ্যবৃন্দাবন্দস্থ লাকই শ্রীজীবনচিংবা গোষাইশিংবু দর্শন তৌবা মরক মরক্তা লাকই। শাস্ত্রজ্ঞ পণ্ডিতনি "ভক্তিরত্নপ্রকাশ" হাঈবা গ্রন্থ অদু লেংলম্বা বৈষ্ণবনি শ্রীগৌরচন্দ্রবু প্রাণদৌনা নিংজবা মনাই অমনি।

শ্রীজীবনা শ্রীনিবাস নরোত্তমগী দমক মী অমা পাম্মকপা কাল অসিদা নোংমগী হুমিত্তা শ্রীরাঘব পণ্ডিত অসি গোবর্দ্ধন্দগী মধ্যবৃন্দাবন্দা হেক লাকই শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌরে শ্রীজীববু দর্শন তৌরে গোষাই অনি মহা আনন্দ ওইনা কৃষ্ণকথা আলাপ তৌনৈ।

শ্রীজীবনা কুশল বার্ত্তানচিংবা হংই অদুদা রাঘব পণ্ডিতনা

"সব কুশল ওইরি ঐ বন পরিক্রমা তৌগে হায়দুনা লাক্লিবনি" হায়না হায়রকই। অদুদা শ্রীজীবনা "অদুদি য়াম্না ফরে অঙাং অনি শ্রীনিবাস নরোত্তম অনিবুস্নু খর পুবিখো গোষাইনা কৃপা তৌবিদুনা অঙাং অনিসিবুস্নু বন যাত্রা অদু য়াওহন্দুনা খর কৃপা দর্শন পর্শন তৌহনবিউ" হায়না হায়রকই। ঙাংনরিঙৈ কাল অসিমক্তদা শ্রীনিবাস নরোত্তম অনিস্নু হেক লাকই। শ্রীজীব ১স্নুং রাঘব গোস্বামী অনিগী চরণ থুরমজৈ। শ্রীজীবনা অঙাং অনি রাঘব পণ্ডিততা শিন্নরে অদুদগী অঙাং অনি লোয়নদুনা শ্রীরাঘব পণ্ডিত মহা আনন্দগা লোইননা মধ্য-বৃন্দাবনদগী বনযাত্রা আরম্ভ তৌদুনা মথুরারোমদা লাকই।

বৈষ্ণব পাঠকশিংবু! শ্রীরাঘব গোস্বামীনা শ্রীনিবাস আ-চার্য্য প্রভু ১স্নুং নরোত্তম ঠাকুরমহাশয়বু বন পরিক্রমা চিংবা প্রসঙ্গ অসি "ভক্তিরত্নাকর পঞ্চম তরঙ্গদা ওস্লোকনা চাওনা লেংখরে। তীর্থ থুদিংগী য়ারি লিদুনা শ্রীনিবাস নরোত্তমদা তাকপনি কৃপনা দর্শন পর্শন তৌহনবনি অন্দাজ থা ২। ৩ লোম চংনা পরিক্রমা তৌবনি মাসি পুন্নমক অসি, তৌজরিবা গ্রন্থ মচা অসিদা শন্দোক্না হাপচদরে মাদু পুমনমক হাপউরবদি লাইরিক অসি ওস্লোক্না চাওখিবা তারে ঐগী সাধ্য লৈজদরে অদুনা শ্রীনিবাস নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না পরিক্রমা তৌখিবা তীর্থ ময়াম অদুগী মমিংতা হাপচরগে। বৈষ্ণবশিংনা মাদুগী শন্দোকপা বিবরণ অদু মিৎয়েং তাবিগে হায়বা আশা লৈবিরবদি ভক্তিরত্নাকর গ্রন্থ অদু য়েংবিউ।

শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা শ্রীনিবাস নরোত্তম লোয়নতুনা 'মধ্য-বৃন্দাবনদগী অসুম পরিক্রমা তৌরকপা অহুনা মথুরা ধাম থুংলরে অতুদা রাঘব পণ্ডিতনা মথং মথং তীর্থ তীর্থ অহুগী মাহাত্ম্যগা লোয়ননা ব্যাখ্যা তৌহুনা তাকই

মথুরা—আদিবরাহে

অন্যত্র হি কৃতং পাপং মথুরায়াং বিনশ্যতি

জ্ঞানতোঽজ্ঞানতো বাপি যৎ পাপং সমুপার্জ্জিতম্।

মথুরা দর্শন ফংবদা পাপ পুম্নমক হেক কোকই।

সনোরিয়া বিপ্রগী ঘর—মথুরাদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা জগোই শারমই

শ্রীবিশ্রান্তি—কৃষ্ণনা কংশ হাৎলগা পোত্থারম্বা মফম

অবিমুক্ততীর্থ—মথুরান্তর্গত যমুনা মপান্দা লৈ স্নান তৌরগা মুক্তি ফংই

গুহ্যতীর্থ— ঐ স্নান তৌজরবদি বিষ্ণুলোগ ফংই।

প্রয়াগ তীর্থ— ঐ

কনখল তীর্থ— ঐ পরম ঐশ্বর্য্য ফংই।

সূর্য্যতীর্থ— বিরোবন পুত্রনা তোপ তৌরম্বা মফমনি

বটস্বামিতীর্থ—দর্শন তৌবদা উত্তম গতি ফংই।

ধ্রুবতীর্থ— ধ্রুবনা চহি ৫ দা তপস্যা তৌরম্বা মফমনি

ঋষিতীর্থ—ধ্রুবতীর্থগী দক্ষিন্দা, স্নান তৌরগা কৃষ্ণপ্রিয় ওই।

মোক্ষতীর্থ—ঋষিতীর্থগী দক্ষিণদা, স্নান তৌরগা মোক্ষপ্রাপ্ত ওই

কোটিতীর্থ— দেব দুল্লর্ভ স্থাননি।
বোধিতীর্থ—অসিদা পিণ্ডদান তৌরবদি পিতৃলোক ফংই।
নবতীর্থ—অসিকুণ্ডগী অরাংদা লৈ উত্তম তীর্থনি
সংযমন—স্নান তৌরগা বিষ্ণুলোগ ফংই।
ধারাপতন— ঐ শোকক্ষয় ওই।
নাগতীর্থ— „ স্বর্গপ্রাপ্তি ওই। শিরগা পুনর্জন্ম ওইদরে।
ঘণ্টাভরণ— „ পাপ নাশ ওই।
ব্রহ্মতীর্থ— „ বিষ্ণুলোক ফংই।
সোমতীর্থ— „ সর্ব্বসিদ্ধি ওই।
সরস্বতীপতন—„ পাপ মাংই।
চক্রতীর্থ— „ ব্রহ্মহত্যা পাপ ফাওবা মাংই।
দশাশ্বমেধ তীর্থ—„ স্বর্গ ফংই।
বিঘ্নরাজ তীর্থ— „ বিঘ্ন হায়বা অমতা লৈতরবা।
কোটিতীর্থ— „ গঙ্গা কোটি ফল ফংই।

মথক্তা হায়রিবা চতুর্ব্বিংশতি ঘাট অসিদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা বৃন্দাবন লেংলকপদা স্নান তৌদুনা নৃত্য তৌরমই হাই। অসি পুম্নমক অসি দর্শন স্নান তৌদুনা শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা শ্রীনিবাস নরোত্তমগা লোইনদুনা পরিক্রমা তৌরকই। অদুগী মথং—

গোকর্নাখ্য, কৃষ্ণগঙ্গাঘাট, বৈকুণ্ঠতীর্থ, অসিকুণ্ডতীর্থ, চতুঃসামুদ্রিক অসি পুম্নমক অমুক স্নান পরিক্রমা তৌরগা মথুরাগী

দ্বাদশবন দর্শন তৌরকই—মধুবন, তালবন, কুমুদবন, বহুলাবন, কাম্যবন, খদিরাবন, শ্রীবৃন্দাবন, শ্রীভদ্র, ভাণ্ডারী, বিল্ববন, লোহবন ১শুং মহাবন অচৌবা বন তরানিথোই অসি পরিক্রমা তৌত্থনা মহা আনন্দ ফংই অচৌ অচৌবা বন অসিগী মরক্তা লৈবা স্থানশিং কুপ্না থিত্থনা শ্রীরাঘব গোস্বামীনা শ্রীনিবাস নরোত্তমবু দর্শন ফংহনখি মাতুদি— দৃতিছা, আয়োরে, ষষ্ঠীঘরা, শকটাগ্রাম, গরুরগোবিন্দ, গন্ধেশ্বর স্থান, সাতোএগ্রাম, ময়ুর-গ্রাম, দর্শন তৌই অত্থদগী আরিটগ্রাম হায়বা অত্থদা লাকলে শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা তাকই শ্রীশ্রীমহাপ্রভুনা বৃন্দাবন লেংলকপদা শ্রীরাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড প্রকাশ তৌথি অত্থগা আরিট গ্রাম অসিদা শ্রীরাধাগোবিন্দগী লীলা ব্যাখ্যা তৌত্থনা তাকই।

রঘুনাথ দাস গোস্বামীনা শ্রীকুণ্ড ময়াদা বাস তৌরবা মতমদা দাস গোস্বামীগী ইচ্ছাদগী থরক থরক কংনা লৈরম্লবা শ্রীরাধা-কুণ্ড শ্যামকুণ্ড অনি জলনা থনখিবগী বিবরণ লিরকই মাসি বৈষ্ণবশিংনা তাবিনিংবা য়াই অত্থনা হাপচগে—

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা বৃন্দাবন পরিক্রমা লেংলকপদা জীবনা খংদত্থনা ধান্যক্ষেত্র ওইনরম্লবা গোবর্দ্ধন তট্টগী স্থান অত্থদা শ্রীরাধা-কুণ্ড শ্রীশ্যামকুণ্ড অসিনি হায়না তাকপিরমত্থনা কুণ্ডদয় প্রকাশ তৌবিরমই অত্থদগী সাধু বৈষ্ণব কয়া কয়া লাকত্থনা স্নান দর্শন্নচিংবা তৌররে। প্রভুনা অপ্রকট ওইখ্রবদা মনাই শ্রীরঘু-নাথদাস নীলাচলদগী প্রভুগী বিরহনা ঙাওত্থনা বৃন্দাবন্দা লাক-ত্থনা শ্রীকুণ্ড মপান্দা বাস তৌররে শ্রীকুণ্ড অনি অসি জল

য়াম্না ক্ষিণ ওই অদু উবদা দাস গোস্বামী পুকনিংদা করি খল্লকই "শ্রীকুণ্ড অনি অসি জলনা নিক নিক লাওনা থম্না লৈরবদি ওস্থোকনা ফজগনিদা অদু থোকহনগে হায়রবদি খর শেমখোৎপা তাই— শেমখোৎপা হায়বদু তৌগে হায়রবদি পৈশা দরকার ওই পৈশাগী রা হেক খল্লকপদা দাসগোস্বামী বিরক্তগী সীমা হায়বদু ওইহনা ফাওরক্লবা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুমক্সা শ্রীমুখনা প্রশংসা তৌখরবা পাই অমফাওবা পামবিদরবা পেটগী দমক মাঙোন্দগী নিহনা ফাওবা চারক্তরবা দাসগোস্বামীনি অদুনা শ্রীকুণ্ডগী সৌন্দর্য্যতা ওইহান্নংবদগী অসুম রাখল অমা খল্লুবদগী পৈশাগী রা হেক তারকপা অদুদা দাস গোঘাই তু থ্যাও হেক চুংই "হায় হায় ঐনা খল্লুরিবা অসিদি করিনো ঐ কাঙ্গাল বৈরাগীনা পৈশা করিগী ভাব খল্লুরিবা অসিদি ঐ অসি তৌল্লিদা ফত্তরেদা" অসুমনা আত্মধিকার তৌহনা নিজবু শাসন হেক তৌই অদুদগী কনাদস্থ রা অসি হায়দোক্কে মাসিগী রাখল অদু সুপখল থলখিদে।

শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো অসিগী লীলা অসি ওস্থোকপনি মনাই ভক্তশিংনা নিংঙকপা পাম্বকপা অদুদা অসুম য়েংহনা লৈ মাল্লে মনাইগী নিংবা থুংনবতা তৌই য়েংবিউ বৈষ্ণবশিং মনাই দাস গোস্বামীগী আশা অসি শ্রীকৃষ্ণনা পুরণ ওইননবা করি শিল্লক- পগে হায়বদু হায়জরক্কে। দাস গোস্বামীনা শ্রীকুণ্ডগী মরমদা রাখল থনখিবা অসিগী মতুং ইকুই কুইদনা কনাগুম্বা মহাধনী অমা ধন য়াম্না পুরহনা হরিদ্বারগী মথক হিমালয় পর্ব্বততা

লৈবা মহাপবিত্র তীর্থ শ্রীবদরিকাশ্রম হায়বা তীর্থ অদুদা বিরাজ ওইরিবা শ্রীনরায়ণ অদু দর্শন তৌবা চৎলি মহাজন অদুনা ধন য়াম্না নারায়ণ অদুদা কৎলুরে। মন্দির ময়াদা অহিং অদু তুমই মংদা নারায়ন্না "ওহে বৈষ্ণব মহাজন নংনা ঐগোন্দা কৎলরিবা পৈশা ময়াম অসি খোৎখোৎপা পুদুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎলু বৃন্দাবন্দা আরিট-গ্রাম হায়বা গ্রাম অদুদা রঘুনাথদাস কৌবা বৈষ্ণব প্রধান অমা লৈরমগনি শেল পুম্নমক অসি মগোন্দা পিরু ঐনা পিরকপনি হাইউ মানা করিগুম্বা লৌ হায়বা য়াঙবদি ময়া অসি হায়উ শ্রীরাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ড অনি অসি জলনা থল্লবদি স্নান পান্নচিংবগী ওন্থোক্লা মুগাইগনি ১মুং শ্রীকুণ্ড অসিগী ফজবা য়েংবা মুগাইগনি হায়না নঙাক্লা নিংবা অদু পৈশা অসিনা শেমউ হায়রকই" হাইউ হায়না তাকপিরে। অদু হায়রম্লগা শ্রীনরায়ণ অন্তর্দ্ধান ওইখরে। মহাজন অদু মিকপ থোকলে অদুদগী নারায়ণগী আজ্ঞা মতুং ইন্না শেলথুম পুম্নমক অদু পুদুনা আরিটগ্রামদা লাকুনা শ্রীরঘুনাথ দাস গোষাই কনানো কনানো হায়না কোইথি থিরকতুনা মমৈদা গোস্বামীবু থেংনররে। মহাজন অদুনা গোস্বামীগী মাংদা শেল অদু থিল্লগা দণ্ডবৎ তৌদুনা কৎলি অদুদগী শ্রীবদরিনাথনা হায়রকপা স্বপ্নাদেশ অদু মথংশিংনা হায়জরে। রঘুনাথ দাস গুহাক তুমিন্না রাখন তৌরুরগা মহাজন অদুনা হায়রিবা ময়া অদু থাজরদুনা নিপা অদুবু ধন্যনি শ্রীমতী ইবেম্মগী কৃপা লৈমাল্লেদো নঙোন্দা অসুমনা হায়দুনা প্রশংসা তৌই। গোস্বা-

মীনা 'মহাজন নংনা পুরকইবা পৈশা অসি খরচ তৌতুনা মীনচিংবা নেকতুনা শ্রীকুণ্ড অসিগী মৃত্তিকা অসি লুনা তৌথরো নিংথিনা তৌরগা চুথেক মরি ফজনা লাউনা শেমগদবনি" অসুমনা তাকপিরে মহাজন অদুসু মহা বৈষ্ণব অমনিনা আনন্দগা লোইননা পৈশা অদুনা খরচ তৌতুনা মী নেকলে শ্রীকুণ্ডগী পঙ্কোদ্ধার তৌবা হৌরকলে শ্রীরাধাকুণ্ডদি চুথেক মরি নাইনা ফজনা তৌরে শ্যামকুণ্ডদি চুথেক মরি নাইবা য়াখিদে—করিনা শ্যামকুণ্ড মপান্দা আদিদগী হৌরকলবা পুরাতন ৫ইরবা বৃক্ষ অমা লৈরমই অসুম শ্যামকুণ্ড তৌরকপা কাল অদুদা নোংমদি হায়রিবা উজাও অসিগী মথোং য়ৌরকপদা চুমিং তারে অদুনা লৈপাক শুবা মীশিং অদুনা হয়েংদি উ অসি য়ানসি শুসিদি থেংলে হায়দুনা থবক হন্নরে। অসিগী অহিং অদুদা ধর্ম্মরাজ যুধিষ্টির রঘুনাথদাসগী মংদা লাকুনা হায়ররে "হে রঘুনাথ দাস গোষাই শ্রীশ্যামকুণ্ড ময়াদা হৌরিবা উজাও অদু ঐখোয় ইচিন ইনাও মঙানি উ ওইদুনা ঐখোয় ইচিন ইনাও মঙা অদুদা লৈরকপা কুইরবনি হয়েংদি লৈপাক-শুবা মীশিং অসিনা ঐখোয়বু ককথৎলরগনি অদুগা হয়েং নোং হেক শানবদা গোস্বামী নহাক নশামক চৎতুনা থবক শুবা মীশিং অদুবু উ অদু য়ানগদ্রু হায়না থিংউ পঞ্চবৃক্ষনিকো নহাকনা ঐখোয় ইচিন ইনাও মঙাবু রক্ষা তৌ ঐখোয় ইচিন ইনাও মঙাসু শ্রীশ্যামকুণ্ডগী মপান্দা লৈজরকপা মতম কুইরক্রে অদুনা নহাকনা অমুক্তা রক্ষা তৌ" হায়না মংদা হায়রমলে।

নোং হেক ঙানবদা রঘুনাথদাস থবক শুবা মীশিং অদুবু উ অদু য়ানহনখিদে রঘুনাথদাসনা মুম্না য়েংবদা উ অদুদা উ মচা মচা ৫ থক লৈবদু উখি। অদুদগী উ অদু ককপা য়াদবনা শ্যামকুণ্ডগী চুথেক মরি নাইখিদবা অসি অদুদগীনি। তৌবা শেম্বা লোইরদুনা মমৈদা জলনা পুর্ণ ওইখি। গোস্বামীগী আশা পুরণ ওইহনখি। ভক্তবৎসল শ্রীভগবান মনাইগী নিংবা আশাদি হেক হেক থুংহনবি হায়বা অদু উদাহরণ অসিনা ফজনা তাকই।

অদুদগী রঘুনাথদাসনা কুটীরদা লৈয় হায়বা য়াখিবগী রারি লিরকই— মাদুদি রঘুনাথদাস অসি প্রভু অপ্রকট ওইথরবদা শ্রীনীলাচলদগী লাকতুনা শ্রীকুণ্ড মপান্দা বাস তৌরবা কাল অসিদা শ্রীকুণ্ড মপান ১মুং আশ পাশ অসি মহাজঙ্গল ওই-রমই মী ককাক লৈরম্বা নত্তে মহাজঙ্গল ওইনা হিংস্র জন্তু কৈ নোংশা শামুগী আবাসস্থান ওইনা লৈরমই অদুম ওইরবা জঙ্গল মরক অসিদা শ্রীকুণ্ড ময়াদা শ্রীরঘুনাথ বাস তৌরে। দিবারাত্রি বৃক্ষতলদা লৈদুনা লীলারস আস্বাদন তৌরিবনি। নোংমগী মমিত্তা শ্রীসনাতন গোস্বামী মধ্যবৃন্দাবনদগী রঘুনাথদাস উনগে হায়দুনা শ্রীকুণ্ড তানা লাকই। শ্রীগোপালভট্ট গোস্বা-মীসু মতম অসিদা শ্রীকুণ্ডগী মচি অমদা বাস তৌরম্বা কালনি শ্রীসনাতনা গোপালভট্টগসু উনগে হায়দুনা মানস পাবন ঘাটতা স্নান তৌগে হায়দুনা হেক চংলকই মানস পাবন ঘাট হায়বসি শ্রীশ্যামকুণ্ডগা হেক তাইনবা মনাক্তা লৈবনি ঘাট অদুদা হেক

য়োবদা কৈ অমা ইশিং থকতুনা লৈবহু উরে অহুগা রঘুনাথ দাসসু ঘাট অসিদা ধ্যান তৌহনা মিৎ উইশিন্দুনা ফমহুনা লৈবহুসু উরে কৈ অহুনা ইশিং থকপা লোইরগা রঘুনাথনা ফমইবা মনাক অহুমক নকনা চৎতুনা ঙাহৌ ঙাহৌ তৌরল্লগা বন্দা চংথরে শ্রীসনাতন দৃশ্য অসি উবদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি লেপতুনা ঙহাক য়েংঙিডৈ কাল অহুদা রঘুনাথসু মিৎ পাং-থোক্লকই শ্রীসনাতনবু উরদুনা দণ্ডবৎ কৎলে সনাতন গোষাই রঘুনাথগা উনবহুদা মুঙাইহনা আলিঙ্গন তৌনৈ। সনাতন দাস গোষাই য়েংতুনা হায়রকই ঙসিদগী উথোংদা ভজন তৌদুনা লৈথোকপা কুটীর অমা নাইদবা অসি তৌরগমু নানা উপদেশ পিদুনা ঙসিদগী কুটীর অমা শেমহুনা লৈউ হায়না হায়রম্লগা সনাতন হনখি মুমিৎ অহুদগী রঘুনাথ দাস সনাতন গোস্বামীগী বাক্য ইন্দুনা কুটীরদা লৈখি। রাঘব পণ্ডিতনা রারি অসি লি অহুদগী মথং অমসু লিথরকই।

রঘুনাথগী দেহ অহু নিত্যসিদ্ধ দেহনি থংখিবা দাস হায়না কৌবা ব্রজবাসী অমা মতম অসিদা শ্রীকুণ্ডগী মনাক গ্রাম অমদা লৈরমই। রঘুনাথগী নাক্তা মুমিৎ থুদিং লাকতুনা শঙ্গোম শানা মহি দোনা অমমম হেক হেক কৎলি মতম অসি রঘুনাথদাস প্রভুবিরহ অহুগী জ্বালানা হুদিদা শোকখিহুনা অন্ননচিংবা চাররোই হায়না ত্যাগ তৌখরে অহুনা দাসব্রজবাসীনা শানা মহি দোনা অমতদি তৌবিউ হায়দুনা প্রার্থনা তৌজবদা দোনা অহুমতদি য়াবিহুনা অহুসু য়ায়া পিকপা সাধারণ চৎনবা

দোনা জাৎ অদুনি অয়াম্বা নত্তবা অদুমদি য়াবিদুনা মুমিৎ খুদিংগী দোনা অমমম থিল্লকই। নোংগী মুমিত্তা দাস ব্রজ-বাসী অসি সখীস্থলী হায়বা গ্রাম অদুদা চৎলুবা অদুদা পলাস পত্র নাৱোইতোং মনা অচোবা হোৌবা অদু উদুনা করি খল্লকই "দাসগোস্বামীগী শানা দোনা অসি শানবা উনা অচোবা লৈত-দুনা পিকনা পিকনা অকংবা উনানা শাই মাসিদি পিকই। ঐনা ফংহন্নিংবদি শানা অদু খর য়াম্না ফংহন্নিংবনি অম্নম্ব তেংদে অতৈ বস্তু অমতম্ব ফংউ হায়বা য়াদে শানা অসিতদি দোনা খর চাওবা অমদা পুজরবদি গোস্বামীনা খর নিংথিনা ফংবিগনি অদুদা ঐগী পেনজগনি" অম্বম্না খল্ল খল্লদুনা দোনা সানবা নাৱোইতোং মনা অদু খর হেকলে। মাদুনা দোনা সাজদুনা তক্রে অদু থম্ন হাপলগা রঘুনাথদাসগী নাক্তা পুজরকলে। গোষাইনা দোনা অচোবা অদু উরদুনা হায়রকই "লাপা অম্বক চাওবা দোনা শানবা উনা অসিদি কদাইদগী ফংলুই" হায়না হংঙকই। দাসব্রজবাসীনা "গোষাই ঙসি ঐনা শল অম্বম শেন্দুনা চৎখিবদা সখীস্থলী য়োকুরে মফম অদুদা নিংথিরবা নাৱোইতোং পাম্বী য়াম্না হোৌরমই মনা অদুনদি কয়া ফজখরে থা থা লাওবা পাক চাওবা অহ উবদা দোনা শাবদা ওম্মোক্লা ফরগনি খন্দুনা মনা অদু হেকচরকই মনা অদুনা শাজরকপা দোনানি।" রঘুনাথদাস খুংতা দাস ব্রজবাসীনা পিরবা তক্রে দোনা অদু পাইনা পাইনা দাসনা ঙাংইবা অদু মুম্না তাই অদুদা দাসনা সখীস্থলীদা চৎলুই অদুদগী হেক্লকপনি হায়বা

সখীস্থলী হায়বা স্থানগী মফিং অসি হেক তাবদা দাস গোষাই হেক শাওরকই। শাওহনা ওক্রে দোনা অহু পায়হুনা লংথোক-থরে অহুদগী শাওহনা য়া ঙাংদনা তুমিন্না লৈথোকখরে। ঙহাক লৈরগা শাওবা অহু থর হন্থরকহুনা "হে দাস লালা নংদি ওস্তোকপনি সখীস্থলী অহু ঐগী ইবেম্মা শ্রীমতীগী বৈরী চন্দ্রাবলীগী কুঞ্জনিনে অহুনা য়েক্রবা মীগী মঘুমদা করিগী চৎলুরিবনো মতুং মনাও থক চৎলুহকো" অসুম হায়হুনা দাস ব্রজবাসীদা পাওমেল্লকই। দাস ব্রজবাসী মহা বৈষ্ণবনিনা মমৈদা ভাব হেক তাহকই "ইসে গোষাই অসিদি ঐ খংলেদনা গোষাইগী লৈরিবা সাধক দেহ অসি প্রাকৃত দেহ নত্তরে অপ্রাকৃত ওইরে সাধক দেহ অসি সিদ্ধ পুমওই ওইরে নিত্যসিদ্ধ ওইরবা দেহ ওইরে" হায়না খংখি। রাঘব পণ্ডিতনা শ্রীনিবাস নরোত্তম য়েংহুনা হায়রকই "য়েংউ শ্রীনিবাস নরোত্তম! দাস গোষাইনা সখীস্থলী হেক তাবদা হেক ক্রোধ পোকপা স্বভাব অসি সাধারণ জীব সাধকশিংদা পংওই ওইদেনে দিবারাত্রি শ্রীমতী ইবেম্মগা লোইনহুনা সখী অমুগা ওইহুনা শাহুনা লৈবা মরমনা রঘুনাথ দাসগী সাধক দেহ অসি অহুম্মক সিদ্ধ দেহ ওইরবনি সাধারণ জীবনা তানবা ফংনদরবা সাধনানি সাধনানা পক্ক ওইরবা নিত্যসিদ্ধ ওল্লবা রঘুনাথ দাসনি হায়না শজোকনা রঘুনাথদাসগী গুণ কীর্ত্তন তৌই।

বৈষ্ণব পাথকশিংবু রঘুনাথদাসগী অকনবা ভাবাবেশ অসি ভাজরগা পরমহংসশিং অসিদি দিবানিশি গোপীভাবাবেশ ওইন-

ঙাক্তা লৈবোইরে হায়না নিংজরে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী নদীয়া বিহারগী মতমদা থোকখিবা ভাবাবেশগী থোথোক অমথক নিংশংজরক্লে মাহু ননাই লেখকনা মতেক অমতং মতা চাই উপমেয় ওইগবরা খঙজনা হাপচরি মাহুদি শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা সন্ন্যাস ওইগদবগী খরগী মমাং মতম দিবানিশি ভাবাবেশতা ওইদুনা লৈরকপা মতম অসিরাইদা নোংমগী মুমিত্তা প্রভু অসি নিজ মন্দিরগী মাঙ্গোল অদুদা অম্ভুম ফমই ভক্ত খরম্ভু প্রভুগী প্রাঙ্গন অদুদা ফমদুনা লৈ। কাল অসিদা প্রভু অসি ভাবাবেশ ওইদুনা তুমিন্না অম্ভুম ফমইবনি ভাবতি করিনো প্রভুগী ভাবতা শ্রীমতীভাব ওইরে স্থানদি ইবেম্মগী কুঞ্জ মনুংদা ইবেম্ম অম্ভুম ফমদুনা চিন্তা তৌরকই ঐগী ইবুঙো প্রাণনাথ অদু ওম্থোকইদা ঐখোয় অম্মুক য়াম্বা গোপীশিংবু হেক হুঞ্জেক্লমদুনা পরদেশ মথুরাদা লেংখরে গোপী ঐখোয়গী অন্তরদা অম্মুক চাকই হায়বসি খজিক্তুম্ম বিচার তৌবিদনা ওম্থোকনা নির্দয় ওইখরেদা ওম্থোকনা কৃতঘ্ন ওইখরবা মীনিকো ইবুংঙো নং অসে রাধাভাবাবেশ প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিহৈতবা য়াম্না কনবা হৃদি চেনবা পুরুষগী মতৌ অদু অম্ভুম অম্ভুম খল্লকতুনা মমৈদা প্রভু অসি শাওরক্লে "গোপী ঐখোয়বু অম্মুক মুংশিবিদবা ব্যবহার অসিবু করিনো ইবুংঙো নংদি ত্রিজগৎ অসি পেলহনবা আনন্দ ফংহনবা গুম্বনি অদুবু নংতবু প্রাণ ওইদুনা লৈজরিবা সরলা করিম্ম খংজদরবী অপংবী গোপী ঐখোয়বু গুমহৎপিদুনা গোপী ঐখোয়গী লাজ কুল মান পুম্নমক থাদোকহন্দুনা কুলগী






বাহিরদা থমবিরমতুনা কলঙ্কগী মরক্তা ঐশ্বর্য্যবু হুপ্লেক্কুনা হেক চৎখিবা ঙম্বা হৃদি অদুদি কয়া নিষ্ঠুর ওইথরবনো অদুক কনবা হৃদি চেনবা কৃষ্ণ কৌবা নহাকপু নিংউরিবা অসিদি অরেম্বনি অরাবতা ঐশ্বর্য্যগী শরুক ওইদুনা লাক্লবনি ইবুঙো মহাকপু নিংবগী করিম্থু কাম্নদে কৃষ্ণ নিংলরোই কৃষ্ণ শোল্লরোই। হে ব্রজগোপী ঈত্তাসা নথোয়না কৃষ্ণ মুংশিবা নিংবা অসি ওম্মোকনা কনখরেদা সর্ব্বস্ব ত্যাগ তৌবা ঙমই নথোয়গী হৃদি অদু ওম্মোকনা ফজখরেদা ঐদি নথোয়বুদুম ভজন তৌনিংই নথোয়বু হেন্না মুংশিজে কৃষ্ণ ভজন তোকতুনা গোপীভজন তৌবনা চুম্বা তাই খল্লকই প্রভুগী চিন্দা মতম লৈবা খিবিক্তা কৃষ্ণ কৃষ্ণ-তা শোল্লম্বনি হায়রিবা ভাবাবেশ ওইবা কাল অসিদা গোপীভজন গোপীকীর্ত্তন তৌবনা পামলে হেক খল্লকুনা প্রভুগী শ্রীমুখ অদুদা গোপী গোপী হায়না শোল্লকলে। অদুদা ফমমমইবা ভক্ত ময়াম অদু মতম লৈবা খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণ শ্রীকৃষ্ণ হায়বা শব্দব্রহ্ম অসিতনা লৈতেংলবা প্রভুগী শ্রীমুখ অদুনা গোপী গোপী হায়না শোন্দুনতা লৈরকপা অদু উরগা ইঙক ঙক্লকই। প্রভুগী ভাব থংবা ভক্তশিংনিনা তুমিন তুমিন প্রভুগী বদন অদু দর্শন তৌদুনা ১মুং প্রভুনা শোল্লিবা গোপী গোপী হায়বা অদু তাদুনা অঙ্গম লৈ।

কাল অসিদা কৃষ্ণানন্দ আগমবাগীশ কৌবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অদু প্রভুগী মন্দিরদা লাকই। হায়রিবা পণ্ডিত অসি প্রভুগা সমবয়সনি প্রভুগা টোল অমতদা পণ্ডিত গঙ্গাদাসদা লাইরিক

তশ্মিন্নরকপনি অদুনা প্রভুবু মুন্না খংই। ব্যাসনা বেদ খংবা অদুক, প্রভুগী সহপাঠী মরক্তা রঘুনন্দন হায়বদুনা স্মৃতিদা, রঘুনাথ হায়বদুনা ন্যায়দা অদুগা হৌজিক হায়রিবা কৃষ্ণানন্দ অসিনা তন্ত্রশাস্ত্রদা ফাওবনি ১সুং তন্ত্রশাস্ত্রগী প্রধান আচার্য্যনি অদুনা আগমবাগীশ উপাধি ফংইবনি। আগমবাগীশনা কাল অসিদা তারমই সহপাঠী ওইবা নিমাই পণ্ডিত অসি অধ্যয়ন, অধ্যাপনা, ওঝা ওইবা অমদি থ্‌াইনা চৎনরিবা সাধ্যপথ অসিদি থাদোক্তুনা "হরিভজা" হায়বদি হরিভজনীয়া ওইখরে অরেম্ব কাম্নদবা অপংবগী থবক তৌখরে করিগীনো মানা অশুম তৌখিরিবা অসি তর্ক তৌনরুগে মানা করি খংদুনা তৌরিবনো অমুক্তা উনদুনা ওাংনরুগে হায়দুনা লাকপনি। প্রভুগী মন্দির অদু হেক য়ৌবদা প্রভুনা একমনে গোপী গোপী শোন্দুনা ফম্বা অদুগা মী থরনা মাঙ্গল অদুদা ফম্মগা তুমিন্না প্রভুগী বদন অদু য়েংদুনা তাদুনা ভক্তিগা লোইননা ফমদুনা লৈবা অদু উরে।

নিমাইগী নিংথিবা বদন চন্দ্র অদু উবদা তর্ক তৌনগে খন্দুনা লাকইবা আগমবাগীশ অদু তর্ক তৌনিংঙম্বা উদ্বেগ অদু হেক মাংখি আগমবাগীশনা প্রভুগী বদন অদু উবদা করি খল্লকই— মাইথোং অসি উবদা ওস্লোকনা শান্ত ওইখরেদা দম্ভগী চিহ্ন মচেৎ অমফাওবা লৈজদে মহা সরল ১সুং বিনয়না লৈতেংলবা বদন ওইরে অস্নুক শান্ত ওইরবা বিনয়ী ওইরবা মী অসিদা ঐনা তর্ক তৌনরুগে হায়না খল্লব অদু অরানবনি

মাসিদা রা লাল য়েৎন খোৎনহুনা পংঙাং ঙাংনব' তৌনিংদরে হায়না তর্কগী মন অহু হেক হল্লে ঙহাক অমা অহুম তৌনা খল্লমলগা তর্কগী ভাবনা মশা অহু চুখরবা আগমবাগীশ অহু ঙহাক অমুক রাখল অমা খল্লকলে ঐগুম্বা আগমবাগীশ উপাধিধারী তন্ত্রশাস্ত্রনচিংবদা আচার্য্যনি হায়না ফাওরিবা ঐনা মাগী মযুমদা লাক্লমলগা করিমত্তা হায়রমদনা চৎখি হায়বসি ঐবু মীনা করি খনগনি নিমাইনা বিদ্যা তেল্লি অহুনা রা ঙাংবা ঙমদহুনা চৎখিবনি হায়না হায়নরগনি অহুনা ঐ লাকশিল্লবা অসিদা মাহ্ন থোকহনবদি য়াদে অহুনা তৌবমক্তি নিমাই অসি অপংবা অমা ওইরে মানা চৎলিবা শোল্লিবা মত অসি খংদহুনা তৌরিবনি। ভাব খর তাননবা রা অম. অনিদদি হায়বিরমগে হায়না খল্লকলে। অহুদগী প্রভু য়েংহুনা হায়রকই "নিমাই পণ্ডিত! নংনা তৌরিবা অসি শাস্ত্রসম্মত নত্তরে, করিনো নংনা তৌরিবা মতৌ মচৎ মশোন অসিবু" হায়না লাওনা হায়রকই। প্রভুদি ভাবাবেশ অদুনা কনখিবনা অহুম্মক গোপী গোপী শোন্দুনা ফমদুনা লৈ মী অমা লাকই হায়বগী কৌগনি সম্ভাষন তৌগনি হায়বা খংখিদরে মিৎতদি আগমবাগীশনা লাকপা অহু অহুম্মক উবনি নিমাইনা করিস্থ খুম্মক্তবা অহুদা আগমবাগীশনা অমুক হায়রকই "নংগী প্রণালী অসি অশাস্ত্রীয়নি। শাস্ত্রদা কৃষ্ণনাম জপ তৌগনি হৈক হায়" গোপী জপ তৌ হায়বা শাস্ত্রনা হায়দে অহুনা গোপী গোপী হায়না জপ তৌবহু তৌরুরগনু অহুগী মহুৎতা কৃষ্ণনাম জপ তৌও ফল ফংগনি।" আগমবাগীশনা

ঙাংঙকই অতুদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়বা শব্দ অসি প্রসঙ্গক্রমে উচ্চারণ হেক হেক তৌরকপা অদুদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শব্দ অদু প্রভুগী কর্ণদা হেক চংই অদুদা প্রভু মিৎ লুকথ মাই লুকথ লৈরম্ব অতুদগী বদন হেক থাঙ্গৎলকই মাংদা আগমবাগীশনা ঙাংইবা রা পুম্নমক অতু নাকোং থাঙ্গৎতুনা হেক তারকই। কৃষ্ণানন্দ আগমবাগীশনা ঙাংঙকইবা অতুগী ভাব পুম্নমক থংলকলে অদুগা ঙাংইবা মী অসি কনানো হায়বদি থংদে অদুগা ঙাংঙকইবা রাঙাং অতুনা প্রভুনা থংই মী অসি সম্প্রদায় অতোপ্পা অমগী মীনি হায়বদি ব্রজগী মধুরলীলারস ভাব লৈবা মীদি নত্তে হায়না ভাবতি ভাই।

প্রভুনা ভাবাবেশ অতুদা করি খল্লকই ঐ অসিনা শ্রীমতী বা ব্রজগী গোপী অমনি অতুগা ঙাংঙকইবা মী অসিনা কৃষ্ণগী মিচং চংবা মথুরাগী মী অমনি মথুরাদা বাস তৌখরবা কৃষ্ণ অতুগী ফননবা ঙাংবা লাকইবনি" হায়না খল্লকলে অতুদগী আগমবাগীশরোমদা য়েংলগা গোপীভাবাবেশ প্রভুনা করি হায়রকই "হে নিষ্ঠুর কৃষ্ণগী পক্ষ ওইদুনা লাকলিবা মথুরাবাসী নংনা ঐবু কৃষ্ণ শোল্লু হায়না হায়রিবা অদু অরেম্বনি ঐদি মহাক্কী কৃষ্ণ হায়বা নাম অদু অমুক হম্না শোল্লরোই অদুক নির্দ্দয় ১স্তুং তৌবিমন থংদবা কৃষ্ণ হায়বা অতুগী মমিংবু করিগী শোল্লগদগে হেক হায়দুনা শাওরম্না হায়রকই। অদু তাবদা আগমবাগীশ অদু মনাকোং হেক মেল্লি "হায়হৈদে হায়হৈদে অদুগুম্বা রা অদু তাহৈদে কৃষ্ণনাম থাদোক্তুনা গোপীনাম জপ তৌবা হৌনদে অপরাধ ওইগনি" অম্মুম্না হায়রকই।

বৈষ্ণব পাঠকশিং প্রভুগী ভাবাবেশ অসি অসুক্কী মতিক ফজনা তন্ময় ওইখরে বাহিরগী মী অমগা রারি শাবদোনা আগমবাগীশগা রা অমা অনি য়েৎনরক্লবা অসি ফাওবা বাহ্যজ্ঞান লাক্ত্রি তন্ময় হায়বদি প্রভুনা গোপীভাবতা অহুম্মক গোপী ওইদুনা লৈ গোপী ওইনা রা ঙাংলি আগমবাগীশ অদুবু কৃষ্ণগী মীচং চংবা মথুরাগী মীনি হায়বা ভাব অদুতা অহুম্মক খল্লি অদুগা করি হায়রকই "রে কৃষ্ণগী দুত। নংনা মুংশিহৈত্তরবা কৃষ্ণ অদুগী দুত ওইদুনা লাক্লগা ঐবু ভুলাইগে হোৎনরিবা কৃষ্ণনাম শোল্লু হায়বা নংহাকপু ঐ য়েংজনিংদে ঐগী কুঞ্জ অসিদগী থুনমক মপান থোকখরো চৎলো" হায়না লাওরকই। আগমবাগীশ অদুনদি ব্রজগী গুঢ়রস অদুগী ভাবুক্তি নত্তবনিনা প্রভুনা ঙাংঙকইবা রাতা থারকইবা থোঙ্খা অদুগী মর্ম করিমতা খংবা ঙমদে মাদি ইঙক ঙকতুনা ঙহাক লেপতুনা প্রভুগী মতৌ অদু য়েংদুনা লৈ। লেপতুনা লৈবা অদু প্রভুনা অন্তরগী উদ্বেগ অদুনা কৃষ্ণগী মিচং চংবা নিপা অসি চৎলো হায়রব-মক্তদা লেপতুনা লৈরে হায়না খন্দুনা শাওবা হেল্লকই অমুক করি হায়রকই "ঐ কৃষ্ণগা সম্বন্ধ হায়বদু খম্মরোইদবনি অদুক ফত্তবা মী অদুগা সঙ্গ তৌবা হৌনদে অদুম ওইবা কৃষ্ণ অদুগা সম্বন্ধ লৈবা নহাকপুসু য়েংনিংদে ঐনা নহাকপু চৎলো হায়দুনা হায় অদুবু নহাক চৎথোকতরে লেপউ লেপউ হৌজিক্তি ঐনা বলৎকারনা নহাকপু ঐগী কুঞ্জ অসিদগী তাম্থোকনি" অসি হায়রম্লগা ফমদুনা লৈরম্বা প্রভু অদু মনাক্তা লৈরম্বা চৈত্তুপ

অমা পাক পাইরগা ফুক হৌগৎতুনা "চৎলো হায়রবমক্তদা হায়দুনা আগমবাগীশদা চৈ থাগে হেক তৌরকপা অদুদা আগমবাগীশ অদু হেক মিপাইদুনা চেল্লে প্রভুনা চৈ অদু পাইদুনা ভানবনি আগমবাগীশ অদু থাঙ্গে শেংবমক কিবনি কল্লিনা প্রভু অসি রাংবদা চারিহাত থুদুপ মরি অর্থাৎ ফুট ৬ নিনবনি দেহ অদু য়ামনা নোই পেনবনি রাংচাওবা নোই পেনবা কল্লবা নিপা অদুনা চৈতুপ অমা পাইখৎতুনা য়ৈগে তৌরকপা অদুদা সেইভাবের ভাবুক নত্তবনিনা আগমবাগীশ কিবনা নিকপনি। মহাকনা ব্রজরসবিদ্ ওইরম্মবদি প্রভুনা ঙাংঙকইবা ব্রজলীলাগী রাঙাং অদুগী মতা চাবা উত্তর পিবা ঙম্মম-গদবনি মাদু ওইরবদি মহাপ্রেম হেক ওইগদবনি। ভাব তিন্নদবা মীনিনা আগমবাগীশ প্রাণ হিংননবা মযুম তান্না হোৎথিবনি। কেবল তর্কদা ন্যায়দা তমদুনা পাণ্ডিত্য অভিমান অদুতবু পাম-দুনা নেশা ওইরদুনা মুঙাইজরিবা অদুগা দুর্ল্লভ ব্রজপ্রেমরস অদুদি মহাও থংদবা আগমবাগীশ অদু অমুকা মতিক মূঢ় ওই মমৈফাওবা প্রভুদা শত্রুতা থমদুনা নানা কুভাব থনথি।

বৈষ্ণব পাঠকশিংবু পরমহংসশিং অসিগী ভাবাবেশ হায়বসি অমুক্কী মতিক কল্লি হেক তন্ময় ওইখিবনি অর্থাৎ—শ্রীরঘুনাথ দাসনা সখীস্থলীগী রা হেক ভাবদা শাওদুনা তক্র দোনা লংথোকপা অদু দাস গোস্বাই মহোশাদগী সখীভাবতা লৈবনা তন্ময় ওইখরবনি সাধকদেহ অদু নিত্যসিদ্ধ অদুম্মক ওইরবনি হায়বনি। শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা মথং অমা অমুক লিথরকই

মাতদি রঘুনাথ দাসগী মানসিক ভজন অসি অস্নক কল্লি নোংমা রঘুনাথগী মানসিক ভজন্দা শ্রীমতী ইবেন্ম ১স্নুং সখীময়াম শ্রীকৃষ্ণগা লোইনহুনা হুঞ্চাম হায়বদি ক্ষীর ভক্ষণ তৌই। শ্রীরাধাগোবিন্দগী অধরামৃত হুঞ্চাম অদু সখী ময়াম য়েন্নহুনা পুক পিক থম্না রঘুনাথ দাসস্থ সখী অমা ওইহুনা হুঞ্চাম অদু চাই। রঘুনাথ মানসিকনা চারিবা অদু অধরামৃত ফংঙমদবা পোৎনি হায়হুনা পুক পিক থন্না হেক চাথোকউরে। য়াম্না চামনখিহুনা পুক অদু ইন্নুম লুমদনা হকচাং ফাওবা ইহৈ হৈনিংদহুনা অনাবদোনা অস্নুম লৈ। শ্রীকুণ্ডগী মফম অমদা লৈরম্বা অদুগা রঘুনাথগী কুটীরদা তোইনা লাকপা শ্রীবল্লভকী মচা বিট্‌ঠলনাথ কৌবা কুঞ্জবাসী অমনা রঘুনাথদাসগী হকচাং ইঙম ঙমদবা অদু উহুনা গোস্বামীগী হকচাং অদু য়েংহন্নিংহুনা মাইবা অমি কৌহুনা পুরকলে। মাইবা অনি অহুনা রঘুনাথকী নাড়ী শিংলি অদু মুন্না য়েংলগা হায়রকই "গোস্বামী অসি দুগ্ধ অন্ন চারুরে অহুনা দেহ অসি ভার ওইরবনি" অস্নুমনা হাইরকই। বিট্‌ঠল নাথনা মাহু তাবদা ইঙক হেক ঙকথরে করিনা গোস্বামী অসি মহা বিরক্তিনি ১স্নুং দৃঢ়প্রতিজ্ঞা লৈবা গোষাইনি প্রভু-বিরহদগী অন্নত্যাগ তৌখরবনি করিগুম্বা বস্তু অমতা চাও থকউ হায়বা য়াথিদবনি তক্র দোনা অমতং ব্রজবাসীগী প্রেমনা ফংবনি অহুদগী হেন্না করি চাদবনি অহুনা দুগ্ধ অন্ন চাই হায়বহুদা থাজমনখিদরহুনা মাইবা অহুদা হায়রকই "অসম্ভব ওইবা রাবু হায়রেদা" হেক হায়রকই। অহুদা রঘুনাথদাসনা হায়রকই

"মাইবনা হায়রিবসি চুমই মানসিকনা প্রসাদী তুম্বাম চাক্করে" হায়না থুম্মকই। অদুদা মাইবা অনি অমসুং অদুদা লৈরমইবা মী পুন্নমক হেক ওকপনি গোস্বামীগী মানসিক ভজন অসি অসুক কনখরবোইরে দেহ অসি নিত্যসিদ্ধ ওইরবোইরে খংনখি অসুমনা রাঘব পণ্ডিতনা শ্রীকুণ্ডমপাল অদুদা ফয়গা শ্রীনিবাস ১সুং নরোত্তম অনিদা রঘুনাথদাসগী গুণ কীর্ত্তন তৌই।

শ্রীরাঘব গোস্বামীনা অমুক্তা হায়রকই "শ্রীনিবাস নরোত্তম! রাধাকুণ্ডদা বাস তৌগে হায়রবদি রঘুনাথগী কৃপা হান্না নিগ-দবনি গোস্বামীগী কৃপা লৈরবতদা শ্রীকুণ্ডদা বাস তৌবগী ফল ওইগদবনি। শ্রীকুণ্ড অসি রঘুনাথদাসগী সম্পদনি গোষাইগী সেবাদি শ্রীকুণ্ড, শ্রীগোবর্দ্ধনশিলা, গুঞ্জাহারনি" হায়না তাকই। অদুদগী রাধাকুণ্ড শ্যামকুণ্ডগী মিলনস্থান উহল্লি। অদুদগী মাল্য-হারী, শিবঘোর, ভানুঘোর কুণ্ড দর্শন তৌদুনা অসুম লাকপদুনা শ্রীরঘুনাথদাসগী কুটীর য়েঁারকলে গোস্বামীগী চরণ খুরমজরে রাঘব পণ্ডিতনা অণ্ডাং অনি অসি শ্রীনিবাস নরোত্তমনি তাকই দাসগোস্বামী শুষ্ক দেহ দুর্ব্বলদি ওইখরবা অদুনা হৌগৎদুনা অণ্ডাং অনিবু চেৎনা আলিঙ্গন তৌদুনা প্রেম তৌবি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতকারী শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজসু হেক লাকই অদুদগী দাস ব্রজবাসী ১সুং কুঞ্জবাসী অতৈ অতৈসু লাকলে অণ্ডাং অনিবু খ্‌াইনা প্রেম আলিঙ্গন পিবিরে। অদুদগী গোস্বামীগী অনুমতিদগী রাঘব পণ্ডিত ১সুং অণ্ডাং অনি শ্রীকুণ্ড স্নান তৌবা লাকই। শ্রীকুণ্ডগী নিংথিজবা অদু অণ্ডাং অনি নয়ন অনি

পেয়া দর্শন তৌজরে। শ্যামকুণ্ড দর্শন তৌই। অদুদগী শ্যাম কুণ্ডগী অরাং থংবদা লৈবা সুবলগী কুঞ্জ দর্শন তৌই। অদুদা লৈবা মানসপাবন ঘাট অদু দর্শন তৌই। মানসপাবন ঘাট অসি শ্রীমতীরাধিকাগী দুংশিজরবা স্থান অমনি হায়না তাকই। ঘাট অসিদা উ ওইদুনা পঞ্চপাণ্ডব লৈ। ঘাট অদুদা শ্রীনিবাস নরোত্তম স্নান তৌহন্দুনা অদুদগী গোপালভট্টগী কুঞ্জদা চংদুনা গোস্বামী গোপালভট্ট দর্শন তৌদুনা অদুদা প্রসাদ ফংলে। দুমিৎ অসি কুঞ্জ অদুদা পল্লগা নোংঙানবদা শ্রীকুণ্ডগী মথাদা লৈবা মুখরাই হায়বা গ্রামদা লাক্লে ইবেম্মগী মমা পোকপী মবেনবোক মুখরাগী গ্রামনি শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিবু হাতে হাতে পিবা ডম্বা মহাবৈষ্ণবী মুখরানি হায়না মুখরাগী গুণ কীর্ত্তন তৌই।

অদুদগী গোবর্দ্ধনগী লীলাস্থান দর্শন তৌরকই কুসুম সরোবর, নারদ কুণ্ড, রত্ন সিংহাসন, পালিগ্রাম, অতগ্রাম, ইন্দ্রধ্বজ বেদী, ঋণ মোচন কুণ্ড, পাপমোচন কুণ্ড, সঙ্কর্ষণ কুণ্ড, পরাসৌলিগ্রাম, চন্দ্র সরোবর, গন্ধর্ব্ব কুণ্ড, পৈঠগ্রাম, গোরী তীর্থ, নীপ কুণ্ড, আনিয়োর গ্রাম, অন্নকুটস্থান, গোবিন্দ কুণ্ড, দান নিবর্ত্তন কুণ্ড, গাঠুলিগ্রাম, অপ্সরাকুণ্ড, শ্যামঢাক অসিনচিংবা দর্শন তৌরকই। অদুদগী শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা তাকলকই য়েংউ শ্রীনিবাস নরোত্তম। অসিদা লৈরিবা গোফা অসিদা ঐ লৈজবনি অসিদা ইতোমতা মী লৈতবা মফম অসিদা গোফা চংদুনা দুডাইনা বাস তৌজবনি অসিদা লৈরগা শ্রীগোবর্দ্ধনগী নিংথিবা উজবা ফংই হায়না

তাকই। অদুদগী লাকপদুনা ঐরাবতপদচিহ্ন লৈবা সরোবর, সুরভী কুণ্ড, রুদ্রকুণ্ড, কদমখণ্ডি, অদুদগী দানঘাটী বা কৃষ্ণবেদীসু কৌবা স্থান দর্শন তৌই। অদুদগী ব্রহ্মকুণ্ড, মানসগঙ্গা, গোবর্দ্ধন ক্ষেত্রনচিংবা দর্শন তৌহল্লি। অদুদগী চক্রতীর্থদা লাকলে মফম অসিদা সনাতন গোস্বামী লৈরমই শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং লাকতুনা নিজপাদচিহ্ন শ্রীসনাতন্দা পিরমই হায়না রারিলি। অদুদগী সোকরাই গ্রামদা লাকই। অদুদগী চন্দ্রাবলীগী কুঞ্জ সখীস্থলী হায়বা কুঞ্জ অদু দর্শন তৌই মতুংদা গোবিন্দ-ঘাটতা লাকলে শ্রীসনাতন্না ঘাট অসিদা শ্রীমতী ইবেম্মনচিংবা গোপীশিংগী বেনী অদু উবদা সর্পভ্রম তৌখিবা মফমনি তাকই। অদুদগী নিমগ্রাম, পাঠলগ্রাম, ডেরাবলিগ্রাম, নবাগ্রাম, কুঞ্জ-রাগ্রাম, সূর্য্যকুণ্ড দর্শন তৌরকই। অদুদগী কোনাইগ্রাম, ভদা-য়র, মগহেরা অসিনচিংবা দর্শন তৌরকলে অদুদগী শ্রীরাধাকুণ্ডদা হল্লকতুনা বিশ্রাম তৌরৈ। অদুদগী গাঠুলীরোমদা লাকতুনা রেহের দেব শীর্ষস্থান কুণ্ড, প্রমোদনা, সেতুকন্দরা, কদম্ব কানন, ইন্দ্রোলি, কনোয়ারো, কাম্যবন, বিষ্ণুসিংহাসন, শ্রীচরণ কুণ্ড, শিবকামেশ্বর, ধর্ম্মকুণ্ড বিশোকা, মণিকর্ণিকা, বিমলকুণ্ড, যশো-দাকুণ্ড, নারদকুণ্ড, কামনাকুণ্ড, সেতুবন্ধকুণ্ড, অদুদগী রাধাকৃষ্ণগী কেকুলোৎপী শানফম, লুকলুকানি মিচনিস্থান দর্শন তৌই। কাশীকুণ্ড, গয়াকুণ্ড, প্রয়াগকুণ্ড, গোমতী দ্বারকা কুণ্ড, তপকুণ্ড, ধ্যানকুণ্ড, শ্রীচরণ চিহ্ন, ত্রিড়াকুণ্ড, ঘোষরাণীকুণ্ড, গোপকুণ্ড, বিহ্বলকুণ্ড, ললিতা কুণ্ড-বিশাখা কুণ্ড, মানকুণ্ড, মোহিনীকুণ্ড,

বলভদ্রকুণ্ড, চন্দ্রসেন পর্ব্বত, পিছলিনীশিলা, গোপিকারমণ কাম-সরোবরনচিংবা স্থান পুন্নমক অসি দর্শন তৌরকই। শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা দর্শন পরিক্রমা চিংবিবা অসি ওস্থোকনা কুপনা য়ারিগা লোইন লোইননা চিংবিবনি। শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা খংইবা ব্রজ-চৌরাশী ক্রোশগী কুঞ্জ কুঞ্জ গ্রাম গ্রাম অসি শ্রীবৃন্দাবন লীলা-মৃতদা থারিবা স্থান ময়াম অহুদগী হেন্না খংবা তাই হায়না নিংঙৈ। ভক্তিরত্নাকর গ্রন্থদা রাঘব গোস্বামীনা থারকইবা চিংঙকইবা স্থানশিং অসি ইত্নুনা লোইবা ওস্বা পোৎ নত্তরে মহা অগাধনি লাইরিক মচা অসিদা ময়াম অহু শুনা হাপকে হায়রবদি ওস্থোকনা প্রকাণ্ড গ্রন্থ অমা ওইথিবা তারে ননাই লেখক্কী সাধ্য নৈজদে অহুনা শমনা অসিরাইদা লোইশিনজরগে বৈষ্ণব পাঠকশিংনা অপরাধ তৌবিগনু।

শ্রীরাঘব পণ্ডিতনা শ্রীনিবাস নরোত্তমবু বৃন্দাবন পরিক্রমা নিংথিনা কুপনা চিংবিহুনা থা ২। ৩ বন পরিক্রমা তৌরগা পরি-ক্রমা সাঙ্গ ওইহুনা শ্রীশ্রীমধ্যবৃন্দাবনদা বিরাজ ওইরিবা শ্রীগো-বিন্দ মন্দিরদা হল্লকতুনা শ্রীগোবিন্দ দর্শন তৌজরে অহুদগী শ্রীজীব গোস্বামীদা ভক্তি কৎতুনা মহা আনন্দ ফংহুনা পরি-ক্রমা তৌরুবহুগী কথা আলাপ তৌনহুনা মুণ্ডাইনৈ। শ্রীরাঘব পণ্ডিত মুমিৎ নিনি হুমনি শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদা বিশ্রাম তৌরগা শ্রীজীবগী বিদায় লৌজহুনা নিজ গোফা গোবর্দ্ধনদা হনখি। শ্রীনিবাস ১স্মুং নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় শ্রীজীবগী নাক্তা লৈহুনা পাঠ শ্রবণ কীর্ত্তন তৌহুনা মহা আনন্দ ওইনা লৈরকই, মতম

অসিদা শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু ১স্নুং নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গী চির দিনের বন্ধু ওইরগদৌরিবা শ্রীশ্যামানন্দ কৌবা বৈষ্ণব শ্রীবৃন্দা-বন্দা লাকতুনা মিলন্ ওইনরৈ শ্রীশ্যামানন্দ বৈষ্ণবকী মরমদা সংক্ষেপনা খরদং ইথজরক্তে।

শ্রীশ্যামানন্দ অসি উরিষ্যা দেশগী ধারেন্দা বাহাদুরপুর হায়বা লম অমূদা পোকপনি জাৎতি গোপনি পিতাগী নাম শ্রীকৃষ্ণ মণ্ডল গোপ কৌই মাতাগী নামনা শ্রীদুরিকা কৌই। য়াম্না লাইরৈ অদুগা শ্রীকৃষ্ণ প্রেমদি লৈবা মীনি। অঙাং অসি নিপা পোকই শি, নুপী পোকই শি অমুম্না শ্যামানন্দগী মথক্তা পোকপা অঙাং মখে হেক হেক অঙাং ওইনা শিখিবনা অঙাং লৈতবা অদুগী তুংদা চৈত্রগী পূর্ণিমা নুমিত্তা শুভক্ষনদা শ্যামানন্দ অসি কাইন-থংদা পোকই। অঙাং ময়াম পোক্ল শিরা পোক্ল শিরা তৌবা অদুদা লৈকাইগী অহল লমন খ্াই তানদুনা হন্দক পোক্লকইবা অঙাং অসিদি অথিবা ফজদবা মমিং অদুগা অনংবা দুঃখী ওইরবা মমা মপানা পোকচবা অঙাংনি হায়দুনা দুঃখী হায়না মমিং থোল্লি। খর চাওরক্লবদা পিতা মাতা দণ্ডেশ্বর গ্রাম হাইবদুদা থুন হোং-ঙকৃতুনা দুঃখী অদুদা চাওরে। দুঃখী অসি অঙাং ওইরকপদগী বিদ্যাধ্যয়ন থরাই য়াওই অঙাং ওইনা ব্যাকরণচিংবা নিংথিনা হৈথরে অদুগা বৈষ্ণবশিংগী মচিন্দগী গৌর নিত্যানন্দগী চরিত থরাই য়াওনা তাই ১স্নুং কীর্ত্তন তৌই। শ্রীরাধাকৃষ্ণ লীলা থরাই য়াওনা শ্রবণ কীর্ত্তন তৌই। অঙাং ওইনা প্রেমধন ফংখরে অদুগা পিতা মাতা অনিগী সেবাদা ভক্তিগা লোইননা

থরাই য়াওনা তৌই। গ্রামবাসীগী মী পুম্নমক্না ওস্থোক্না লুংশিবা অঙাং অমা ওইরক্লে। পিতা মাতা অনিনা মচাগী ভক্তি লৈবা বৈষ্ণব কথাদা শ্রদ্ধা লৈবা ভক্তি গ্রন্থদা থরাই য়াওবা অদু উদুনা মচাগী বয়স-মতা অদু য়েংদুনা শ্রীকৃষ্ণমন্ত্রদা দীক্ষা তৌবিনবা মচাদা হাই "বাপু নং দীক্ষা লৌবনা ফগনি, নপুক্না কনাদা গুরু ওইবনা পামই অদুক হায়উ" হায়না হংই। বৈষ্ণবকী বারী তারবা অঙাং ওইনা গৌরপ্রেম লৈরবা দুঃখী, পিতা য়েংঙদুনা করি হায়রকই "পিতাজী! ঐনা বৈষ্ণবশিংগী মুখদগী তাই গৌড়দেশগী অম্বিকা হায়বা শ্রীধাম অদুদা শ্রীগৌর নিত্যানন্দ মূর্ত্তি অনি বিরাজ ওইদুনা লৈ। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী চানখ্রবা মনাই শ্রীগৌরীদাস কৌবা ব্রজলীলাদা সুবল সখানি হাইবা মহা-বৈষ্ণব অদুগী শিষ্য শ্রীহৃদয়চৈতন্য কৌবা বৈষ্ণব অদুনা বর্ত্তমান সেবাইতনি হায়না তাজে, ঐগী হৃদিদা প্রভু হৃদয় চৈতন্য হায়বা বৈষ্ণব অদুদা দীক্ষা লৌনিংই ঐ অম্বিকাদা চৎচগে অদুদা নংদি অঙাংনি দুরদেশ অদুদা করম্না চৎকনি হায়বা য়াই মাদুগী দমক করিস্নু চিন্তা লৈতে ঐখোয়গী দেশবাসী গ্রামগী মী য়াম্না ঙসি হয়েং অসিদা গৌরদেশতা গঙ্গাস্নান তৌবা চৎনগদৌরি ময়াম অসিগী তুং ইন্দুনা চৎখিগে পুক্নিংদা করিমতা চিংনবা তৌবিরুগনু আজ্ঞাদা পিনবিউ ঐসু স্নান চৎপা অসিদা য়াওহৌরগে বিদায় পিবিউ হায়না পরমার্থিক ওইবা বা অসি হায়রকই। মচা অঙাং অদুগী বৈষ্ণবকী বাঙাং অদু তাবদা পিতা মাতা মহা আনন্দ ওই শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী ইচ্ছাদগী পিতা মাতা অনি মনের সহিত অনুমতি পিরে।

দুঃখী অসি মতম অসিদা চহি ৯। ১০ অন্দাজ ওইরমনি অমুক নৌরিবা অঙাং অসিনা গৌরপ্রেমদা ঙাওদুনা গঙ্গাস্নান চৎলিবা যাত্রীক ময়ামগী মতুং ইন্দুনা গৌড়দেশতা লাক্লে অম্বিকা য়োদুনা শ্রীগৌরনিতাই মন্দিরদা চংলে মন্দির মচি অমদা অসুম লৈদুনা শ্রীগৌরনিতাইগী শ্রীমূর্ত্তি অনি অদু দর্শন তৌই দুঃখী প্রেম তৌজে। যাত্রিক ময়াম্না প্রভুগী মন্দির অদুদা উৎসব তৌদুনা প্রসাদী ফংলগা লৈহৌরিবা লুখাক চগুম অদু দুঃখীনা শেংদোকচৈ মাসি মীনা ইনশিল্লুবা নত্তে মশাদগী থোক্লকপা ব্রা-খন্দগী তৌবনি অদুগা নোং ঙান্দ্রিবৈদা হোৌগৎদুনা মন্দির মাণ্ডপ পরিকর পুম্নমক ঝাড়ু তরং তরং শিত্তোক্লুনা ব্রাই তরু তরু হেক হেক তৈথোকই অতৈ অতৈ সেবা মীনা হায়বা নাইদনা হেক হেক তৌই। মুমিৎ মরি মঙানি অশুম্না চাং নাইনা তৌরক্লবা মথরাই য়াওবা অদু উদুনা মন্দিরগী সেবাইত শ্রীহৃদয়চৈতন্য অঙাং অদুগী সেবাদা মথরাই য়াওজবা ভক্তি প্রেম লৈবা অদু উরক্লদুনা নোংমদি দুঃখীবু কৌশিল্লকই "বাবা নং কদাইদগীনো করি তৌবা লাকই নপা নমা লৈরিবরা নমিং করি কৌই করি জাৎনো" হায়না হংলকই। দুঃখী মন্দা হয়াওবগা লোইননা খুম্লকই "প্রভু ঐ গোপকুলদা পোকই। পিতা মাতা অনি লৈরি দেশদি উরিষ্যা দেশদগীনি ইমিংনা দুঃখী কৌই। পিতা মাতা অনিনা ঐগী দীক্ষাগী কাল ওইরক্লে গুরু বরণ তৌনবা তৌসি কনাদা গুরু ওইগদগে হায়না হংবি অদুদা বৈষ্ণবকী মুখদগী তব গুণবু তাজরে অদুনা ঐনা তব পদাশ্রয় তৌজরুগে

বিদায় পিবিউ হায়না নিজবদা য়াবিহ্নুনা তব চরন্দা লাকচরিবসিনি ননাই ঐহাক পাক চংজবা ঙমদহ্নুনা কৌহ্নুনা হায়বা ঙমজদহ্নুনা লৈবনি তব কৃপা প্রার্থনা তৌজরি” হায়না হায়রয়গা শ্রীহৃদয়-চৈতন্মগী চরণ কোন্দুনা প্রেম তৌজরে। অঙাং অহ্নুগী ভক্তি বিনয় অহ্নু উবদা হৃদয়চৈতন্য পেনখ্রহ্নুনা মনাক্তা থম্বিখিহ্নুনা শিক্ষা পরা থরা তৌবিরগা দীক্ষা পিবিরে মমিংসু “দুঃখী কৃষ্ণদাস” হায়না থোনবিখরে। মতম থর লৈরগা হৃদয়চৈতন্যনা হায়রকই “বাপু নহাক শ্রীবৃন্দাবন দর্শন ফংজরুরো শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীজীব গোষাই লৈরমগনি অহ্নুদা লাইরিক লাইশু তমহ্নুনা ভক্তি গ্রন্থ তমউচৎলো ঐ পত্র অমা ইগে অসি পুহ্নুনা চৎলু” হায়না আজ্ঞা তৌরক্লে। দুঃখী কৃষ্ণদাস গুরুনু থাদোকনিংদবদগী ননাই ঐবু গুরুগী চরণ থাদোকপা হায়বসি তৌহনবিগনু হায়না হায়জরকই। হৃদয়চৈতন্য শিষ্যগী ভবিষ্যৎকী পরমার্থিক লাভ ওইজনবা রাখন্দগী অহ্নুক মুংশিরবা শিষ্যগা বিচ্ছেদ ওইগদবা মৈচাক অহ্নু ইখন হেক খন্দনা “ঐনা হায়রিবা অসিনি নং বৃন্দাবন চত্তবা য়াদে” হায়না শ্রীজীবদা পত্র অমগা ইহ্নুনা পিরে। দুঃখী কৃষ্ণদাস গুরুগী আদেশ মতুংইন্না শ্রীবৃন্দাবন তন্না লাকই। অন্দাজ চহি ১২। ১৩ শুবা কালনি।

নানা তীর্থ দর্শন তৌহ্নুনা শ্রীবৃন্দাবন গোবর্দ্ধন য়ৌরকলে গোবর্দ্ধন দর্শন তৌহ্নুনা শ্রীরাধাকুণ্ডদা লাকই শ্রীরঘুনাথ দাসগী সেবক দাসব্রজবাসীগা শ্রীকুণ্ডদা উনহ্নুনা আলাপ তৌনবদগী দাসব্রজবাসীনা শ্রীরঘুনাথগী কুটীরদা পুশিনবিরে। শ্রীরঘুনাথ

দাস দুঃখীকৃষ্ণদাসবু প্রেম আলিঙ্গন তৌবিদুনা নোংমা নিনি পোথাহল্লগা মী অমগা লোইননা মধ্যবৃন্দাবন্দা শ্রীজীবগী স্থান্দা থারকলে। লোইনরকইবা মী অদুনা দুঃখীবু পুশিনবিদুনা শ্রীজীবদা বৃত্তান্ত পুম্নমক হায়দুনা শিন্নরে। দুঃখীস্থু শ্রীজীব দর্শন ফংবদা প্রেম তৌদুনা দণ্ডবৎ কৎলে। শ্রীজীব বাৎসল্য স্নেহগা লোইননা অঙাং ওইরিবা দুঃখীবু কোন্দুনা কত প্রেম তৌখী দুঃখীনা নিজ ইষ্ট হৃদয়চৈতন্যগী শ্রিগৌরনিতাইদা প্রেমনিষ্ঠা সেবাদা চেষ্টা লৈবা পুম্নমক হায়জরে অদুদগী দুঃখীনা হায়রকই "প্রভু! ননাইগী ভক্তিগ্রন্থাস্বাদ করম তৌরগা ওইগনি" হায়না হংজরকই। শ্রীজীবনা "বাপু। নং মাদুগী করিমতা" চিন্তা তৌগনু অসিদা শ্রীনিবাস নরোত্তম অনি লৈ মখোয় অনিগা লোইনদুনা ভক্তিগ্রন্থ তমবিগনি" হায়না হায়রকই। দুঃখী অঙাং ওইরবস্থু মহাপ্রেমিকনিনা শ্রীনিবাস নরোত্তম হায়বা মিং অসি তাবদা মতু হেক চুংই মন অদুদা হেক আনন্দ পোকই। দুঃখীনা "প্রভু। হায়বিরিবা বৈষ্ণব অনি অদু কদাইদা লৈবগে ঐ হৌজিকমক হেক চৎতুনা উনজনিংই নামশিং অদু তাবদা ওস্থোকনা মুংশিবা হেক পোকই" হায়না হেক হায়রকই। কাল অসিমক্তদা শ্রীনিবাস নরোত্তম মফম অদুদা হেক লাকলে শ্রীজীবনা হায়রকই "শ্রীনিবাস নরোত্তম! য়েংউ লৈরিবা অঙাং অসি দুঃখী কৃষ্ণদাস কৌই গৌরদেশ অম্বিকাদগী গৌর নিত্তাইগী সেবাইত বৈষ্ণব হৃদয়চৈতন্যগী শিষ্যনি অম্বিকাদগী লাকইবনি কুইদরি হৌজিক্তা ঙাইরি রাধাকুণ্ডদগী

থুংঙরিবা। নখোয় অনিবু উনিংই হায়না হৌজিক্কী শোল্লমই" অসি হায়দুনা দুঃখীগী পরিচয় পিরে। দুঃখী, শ্রীনিবাস নরোত্তম অনিগী মুর্ত্তি অদু উজবদা নয়ন অনিদা প্রেমগী ইরাদি চেল্লদুনা অঙাং ওইরিবা দুঃখী শ্রীনিবাসগী চরন্দা দণ্ডবৎ কৎলি শ্রীনিবাসনা কোংখৎতুনা আলিঙ্গন তৌবি। অদুদগী শ্রীঠাকুর মহাশয়দা ভক্তি কৎলি নবীন যুবক মহাবৈষ্ণব অহুম অসি মিলন ওইবদা মখোয় অহুমগী প্রেম চেষ্টা অদু করিদা বর্ণনা তৌগনি ভক্তিরত্নাকর গ্রন্থকারী শ্রীল ঘনশ্যাম দাসনা বর্ণন তৌবা ঙমমমদরে। মতৌ অসুম তৌনা তিনমুর্ত্তি অসিনা বৃন্দাবনদা শ্রীজীব গোষায়গী আশ্রয়দা লৈদুনা ভক্তিগ্রন্থ তমখি। শ্রীজীবনা থবাই য়াওনা তমবিদুনা দুঃখী কৃষ্ণদাস অসিসু ভক্তিগ্রন্থ যাম্না চংখোম্না হৈজরে। নিজ ইষ্টদেব হৃদয়চৈতন্যগী আজ্ঞাদগী দুঃখীগী ভজন অসি শ্রীমতীরাধিকাগী দাসী ভাবনি মশানা স্বভাবিক ওইনা পামজ্জরক্লবনি অদুনা শ্রীজীবনা মাগী মনবাঞ্ছা মতুং ইন্না মানস সেবাগী অধিকারীনি হায়না কৃপা পিরে শ্রীরাধা শ্যামসুন্দরবু ভজন তৌই মানসিক সেবাদা ওন্থোকনা চেকশিন্না তৌদুনা লীলারস আস্বাদন তৌই অসি উদুনা শ্রীজীবনা দুঃখী কৃষ্ণদাসবু রাধা শ্যামসুন্দরগী লীলারসদা আনন্দ ফংবা ঙমই হায়দুনা "শ্যামানন্দ" হায়না মিং অসি থোনখরে অদুদগী ব্রজ বৈষ্ণব পুমনমকনা শ্যামানন্দ হায়না কৌনখরে।

## ঠাকুরমহাশয়গী মানসিক যুগল সেবা

শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু ১সুং

শ্রীশ্যামানন্দ অহুমনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈরকপা অসিদা মানসিকী ভজন্দা ব্রজলীলারস আস্বাদন তৌরকপা অসি বর্ণনা তৌবা ওম্বা পোৎ নত্তে দিবা নিশি মানসিক ভজন্দদা লৈরকই অরাপ অরাপ্প নির্জ্জন বন্দা চৎতুনা ভজন তৌরকই। নোংমদি শ্রীল নরোত্তমগী মানসিক ভজন্দা করি শাম্নে মধ্যাহ্নগী মতমদা শ্রীকুণ্ড ময়াদা নিকুঞ্জ অমদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ সখী ময়ামগা লোয়-নরদুনা বিহার তৌই। শ্রীমতী ইবেম্মগী পুকনিংদা থল্লকই নানা ফলমুল দুগ্ধনচিংবা লাংদুনা শ্রীকৃষ্ণবু পিজনিংই অদুনা সখীশিং কৈংদুনা "ইতাশা ওসিদি ফজ ফজরবা ফলমুল সন্দেশ শঙ্গোম-নচিংবা লাংদুনা যোগার থর তৌবিউ প্রাণনাথবু পিজসি" হায়না হায়রকই। ইবেম্মগী নিংবা থুংননবা হায়দুনা ললিতা বিশাখা নচিংবী প্রমুখী সখীশিংনা বনগী ফজ ফজরবা ফল মুল বৃন্দানা ইবুঙো ইবেম্মনা নিংঙকপদা হেক কৎপা য়ানবা হায়দুনা পালহনথরবা কমলা কদলী আনারস আম্র কাঠাল অসিনচিংবা হেকউ হেকউদুনা সখী ময়ামনা হেক যোগার তৌরকই। শ্রীনরোত্তমসু মানসিকনা সখী ময়ামগী দাসী অমা ওইজরদুনা পুশিল্লকইবা সামগ্রী ময়াম অদু মফম মফম চানা লোইশিনবা য়াওই। সখী অমনা দাসীরূপা নরোত্তমদা হেক হায়রকই "সখী! শঙ্গোম অসে অসিদা লৈরে ওহাক্তা অদুক ভোথোকউ" হায়না হেক ইঙ্গিত তৌরকই। নরোত্তম সখীগী ইঙ্গিত আজ্ঞা অদু ফংবদা কয়া দুগাইজথরে মৈ পরপ পরপ হেক থাগৎতুনা চুল্লাদা থাং অচৌবা অমা হেক থাঙ্গৎলি শঙ্গোম অদু থাং

অহুদা হৈজিন্দুনা ঙৌরকই। ইবেম্মনা ফল মুল ময়াম অদু মকু মরাং খোক্তোকতুনা নিংথিরবা পাত্রদা হাপ হাপতুনা সাজ তৌরকপা অদুগা সখী ময়ামনা হঙ্গৎ হন্দা কমলাবু পুরকপনে কিহোমবু হোঞ্জিল্লকপনে, লৈবু থিজিল্লকপনে শ্রীকৃষ্ণনা নিংথিরবা বৃন্দানা সাজ তৌহুনা শেমথরবা নিকুঞ্জ কানন অদুদা শ্রীপাদ অহুনা তপনা তপনা খোং থাংগহুনা নিকুঞ্জ কানন অদুগী বৃক্ষ লতাগী ফজবা অদু অম্মুম য়েংদুনা কোইহুনা লৈবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা নয়ন কটাক্ষনা অহুক য়েংনবা ইবেম্মনা লজ্জানা মপুং ফানদি য়েংবা ঙমদবা ইবেম্মগী বদন চন্দ্রমা অহু নীল শারি মচিনা ফিরুদি খুম্মগা ফিজি হাইদোক হাইদোকতুনা নয়ন কটাক্ষ অহুনা শ্রীকৃষ্ণদা তেল ওইনা থারকপা অস্মুম তৌনবা মহা মহা মধুর ওইরবা দৃশ্য অসি শঙ্গোম ঙৌহুনা অস্মুম ফমইবা সিদ্ধমঞ্জুরী সখীরূপা নরোত্তমনা দর্শন তৌহুনা খুৎনা শঙ্গোম অস্মুম ওৎপা মিৎ অনিনা ইবুঙো ইবেম্মগী লীলা দর্শন তৌহুনা হেক মুনবা কাল অসিদা মৈথক্তা লৈরিবা শঙ্গোম অহু চুলাগী মৈ অহুনা কল্লকপনা সোগৎলক্লুনা হেক পাখৎলকই। পর পর পাখৎলকতুনা মৈদা জুরু জুরু হেক তারকপা কাল অহুদা শঙ্গোম পাথরে হায়হুনা মৈ থোকপা শঙ্গোমগী খাং অহু খুৎনা পাক পাইহুনা হেক থাংথরুই অহুদা নরোত্তমগী খুৎ অহু হেক পোকখি। নরোত্তমদি অসাইগী শ্রীরাধা গোবিন্দগী মধুর প্রেম কটাক্ষ অহু দর্শন তৌবহুনা তন্ময় ওইথিহুনা খুৎ পোকই হায়বা জ্ঞান তাখিদে। শঙ্গোম ঙৌবা লোইরে হায়হুনা

সখীগী মকমদা লানশিনজরে অতুদগী সখীময়াম সাজ তৌবা অহু লোইরহুনা শ্রীকৃষ্ণবু ফল মূল সন্দেশ দুগ্ধনচিংবা ভোজন তৌহল্লে। অতুদগী শ্রীমতী ইবেম্মনা ইবুঙোগী অধরামৃত অহু খর ফংলে অতুদগী লেমহৌরিবা প্রসাদী অহু সখী ময়াম য়েন্নরে নরোত্তমদশু খর থুংবিরকই নরোত্তম মহা আনন্দগা লোইননা অধরামৃত অহু ফংজে অধরামৃত অহু হেক ফংবা লোইবদা বাহ্যজ্ঞান হেক লাকই। অতুদা নরোত্তম মথুৎ পোকপা অহু উরে। পোকইবা থুৎ অহু মী উখিগনি হায়রহুনা ফীমুংদা লোৎ-শিল্লি। মমৈদা মশি অন্তরঙ্গ ভক্তশিংনা নরোত্তমগী থুৎ পোকইবা অহু উখি ১মুং নরোত্তমগী মানসিক ভজনগী তত্ব অহু খংখি।

শ্রীল নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভুগা মরর্ক মরক্তা গোবর্দ্ধনদা লাকতুনা অচিকপা নির্জ্জন বন্দা ভজন তৌরৈ। নোংমগী হুমিত্তা অপরাহ্ন কালদা ঠাকুর মহাশয় ১মুং আচার্য্য প্রভু অনি গোবর্দ্ধন তটদা বন মমুংদা ভজন তৌহুনা অমুম লৈ। মতম অসিদা বংশীধ্বনি অমা হেক তাই। কয়াদি মধুর ওইখরে ত্রিজগৎ অসি হেক নিস্তব্ধ শীতল ওইহনবা অতুগুম্বা স্বরনি অহু তাবদা ঠাকুরমহাশয় আচার্য্য অনি অঙ্গ অহু টলমল ওইরকই মকম ইখং খংদনা ফুক হেক হৌগৎলি বংশীধনি অতুগী মাইকৈ য়েংই মধুর বংশীধনিনা লাকপা মায়কৈ য়েংহুনা মাইকৈ অহু গোবর্দ্ধন মথক মমাই ওইরপ অতুমনা তাই অতুনা মাইকৈ অদোম পাংনা ঠাকুরমহাশয় আচার্য্য প্রভু অনি অত্তাওবগা চপ্‌মামনা গোবর্দ্ধন তম্না উরক মতুং খংদনা

হেক চেনশিল্লকই গোবর্দ্ধন থজিক্তং হাইগৎপা কোচিন অমা হেক য়োৗরকপদা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গগন্ধ পদ্মগন্ধ হা হা হেক নাতোন্দা ফাওই বৈষ্ণব অনি পদ্মগন্ধ অচু হেক ফংবদা ওষ্হোকপা আনন্দ অমা হেক ফংই অচুদগী মফম অচুদা মুর্চ্ছা ওইদুনা তুদুনা লৈখরে। ওহাক মুর্চ্ছা ওইক্লরগা বাহ্যজ্ঞান লাকপা মতমদা মিৎ পাংথোকলকপদা মাংদা গোপকুমার অমা লেপতুনা লৈবত্থু উরে কোক্তা কোয়েৎ মচা অমা য়েৎলি, সুন্দর শরীরনি থুত্তা চৈশু মচা অমা পাই বদন অচু উবদা কয়াদি ইংথরে মোমন মোমন নোক্লদুনা বৈষ্ণব অনি অচুদা য়েংলদুনা অসুম লেপতুনা লৈবত্থু উরে অচুদা বৈষ্ণব অনিনা হংই "হে গোপ-কুমার ইবুঙো। নং নথক্তা অসিদা করি তৌরিবনো বন মস্থুং অসিদা নথক্তা লাকইবসিবু করিগীনো" হায়না হংজকই। গোপমচা অজাং অচুনা থুম্মকই "মহাশয় অনি। নখোয় অনিদি থংইরোই লম অসিরাই অসি নানা হিংস্র জন্তুনচিংবগী ভয় য়াম্না লৈ নখোয় অনিদি মফম অসিদা মুর্চ্ছা ওইদুনা জ্ঞান লৈতনা তুদুনা লৈরে ঐদি ঐগী মরূপশিংগা লোইনদুনা আদা শল শেন্দুনা লৈজবনি নখোয় অনিনা চেতন লৈতনা বন অসিদা তাদুনা লৈবত্থু ঐনা উরদুনা নখোয় অনিবু রক্ষা তৌগে হায়দুনা চেন-শিল্লকপনি ঐনা নখোয় অনিগী মনাক্তা লেপতুনা লৈবা কুইরে হৌজিক্তি নখোই অনিসু জ্ঞান তারে হৌগৎলে ঐসু আসোয়দা ঐগী সখাশিংনা ঐ মাংখরে হায়দুনা মুংশা থিনরমগনি ঐ চংলগে" হায়দুনা মোমন মোমন নোক্লুনা বা অসি হায়রম্লগা হেক মাং-

থোকখরে। বৈষ্ণব অনি, গোপকুমার অতুগী স্নিগ্ধ মূর্ত্তি ১মুং মধুরবাক্যশিং অদু নিংশিংদুনা কত বিলাপ তৌরক্লে "হা গোপ-কুমার। কদাই য়েৌথরবগে উবা ফংগক্করে ইবুঙো নংগী মধুর বচনশিং মোমন মোমন নোকপা বদন অদু ওল্লোকনা মুংশিখরেদা নিজ দুর্দ্দৈবদোষদগী ইবুঙো নংবু শক থংহৌদরে অমুক্তগা নয়ন অনি পেন্না উজগে হা নাথ হা নাথ কৌদুনা বন অদুদা ওনথোইনা কপ্পকলে। মতৌ অসুম তৌদুনা বিলাপ তৌদুনা অহিং ওইরক-লদুনা মক্ষম অদুরাইদা অদুমক লৈথোক্লে। অহিং নিদ্রাগী কালদা ঠাকুর মহাশয়গী মংদা করি উই "শ্যামসুন্দর ভুবন মুহন মূর্ত্তি, নটবর বেশ, বদন অদুদা বংশীনা লৈতেংবা মোমন মোমন নোক্লদুনা করি হায়রকই "ঠাকুর। নখোই অনি ঐগী মুরলী আলাপ স্বর তাবদা হেক ভাওবা অদুদগী ঐগী অঙ্গগন্ধ ফংবদা মূর্চ্ছা ওইদুনা জ্ঞান হেক য়াওদনা তুদনা লৈবদু উদুনা ঐ চেন-শিল্লকপনি গোপমচা অমা শাদুনা লাকপনি ঐনি নখোইবু মুংশি-মনথরদুনা ঐ লাকপনি য়েংউ ঐগী মূর্ত্তি অসি" অসি হায়দুনা গুহাক লেপ্পমল্লগা অদর্শন ওইখরে। মিকপ হেক থোকই স্বপ্নদা দর্শন ফংখিরিবা নটবর বেশ অদু নিংশিং নিংশিংদুনা কত বিলাপ তৌরকই। বৈষ্ণব পাঠকশিং ঠাকুর মহাশয় ১মুং আচার্য্য প্রভু অনিগী স্মরণী ভজন অসি অমুক পক্ক ওই হায়বদু উদাহরণ অসিনা তাকই।

• শ্রীনিবাস নরোত্তম অসি যাবট, নন্দগ্রাম, বর্ষান অসি-নচিংবা স্থান ... জাইনা তোইনা ভ্রমণ তৌই ... সূর্য্যকুণ্ডদা



লাকপা মতমদা নুপুর ধনি তাথি অতুদগী কয়া বিলাপ তৌহুনা মহা আনন্দ ফংখি ননাই লেখকনা বৈষ্ণব অনিগী প্রেমনিষ্ঠাবু খজিক্তং বর্ণনা তৌজরিবসি ঐগী ইতিক নত্তে অসিদগী কত কত লৈখরে, ক্ষুদ্রজীব ঐনা অতুক য়াম্বা গুণ কীর্ত্তন তৌবগী শক্তি লৈজদে। বৈষ্ণবশিংগী কৃপা নিজরি। শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু, নরোত্তম ঠাকুর মহাশয় ১স্থং শ্যামানন্দ অঙাং অহুম অসিবু শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীরূপ সনাতননা লেংবিরম্বা বৈষ্ণবগ্রন্থ ময়াম, গোপাল ভট্ট গোস্বামীনা লেংবা, কৃষ্ণদাস কবিরাজনা লেংখিবা লাইরিক পুন্নমক অসি নিংথিনা তম্বিরবা তুং অতুদা শ্রীজীব গোষাইনা করি খল্লকই "ঐগী শ্রীগুরুদেবশিং শ্রীরূপ সনাতন অমসুং শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য মহাপ্রভুগী ইচ্ছা, বৈষ্ণব-আচার-নিয়ম প্রচার, বৈষ্ণব গ্রন্থ শন্দোকপা অসিনি গুরুদেবশিংনা লেংবিরমইবা গ্রন্থ পুন্নমক শ্রীবৃন্দাবনদা ঐখোইগী ইনাক্তা খোৎ খোৎপা লৈরে নানাদেশ অমদি প্রভু প্রিয় বাঙ্গলা দেশদদি গ্রন্থশিং অসি মশক খংহো-রোইদোরে প্রভুগী বাঞ্ছা পুরণ ওইনবা অতুগা শ্রীগুরুদেব অনিগী আজ্ঞা পালন তৌনবা গ্রন্থশিং অসি পুর্ব্বদেশদা থাদোক্লগে শ্রীনিবাস, নরোত্তম, শ্যামানন্দ অঙাং অহুম অসি লাইরিক ময়াম অসিগা লোইননা থারগে অঙাং অহুম অসি গ্রন্থশিং অসি নিংথিনা হৈরে অতুনা মখোই মখোইগী লম অদোমদা পাঠনচিংবা ব্যাখ্যানচিংবা তৌহুনা প্রচার তৌবা ঙমগ-দবা শক্তি উরে অতুনা অঙাং অহুম অসি লাইরিকা লোইনহুনা থাদোক্লগে হায়না ব্রজবৈষ্ণবশিংদা প্রস্তাব অমা তৌহুনা মখোইগী

মত আদেশ লৌবনা ফব তারে" হায়না খল্লকই। মতম অসি শরদ ঋতু ওইরক্লে অতুনা শরদকী পূর্ণিমা সুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ মন্দিরদা রাস উৎসব তৌই অতুনা শ্রীজীবনা খল্লকই "রাস মহোৎসব অসিদা ব্রজবৈষ্ণব পুম্নমক মফম অসিদা তিল্লরগনি অতুনা মতম অতুদাময়ামগী মমাংদা প্রস্তাব অসি হৌদোক্লগে হায়না লেপলে।

কার্ত্তিকী পূর্ণিমা সুমিৎ রাস উৎসবকী দমক পূর্ণিমা মমাং একাদশী দ্বাদশীদগী হৌডুনা অরাপ অরাপ্প কুঞ্জদগী গোস্বামী ময়াম লাক্কনা গোবিন্দ মন্দিরদা তিল্লবা হৌরে অতুনা নোংম নোংমগী বৈষ্ণবশিং অসিনা হেক তিনশিল্লকপা অসিনা পূর্ণিমা সুমিৎ অসিদদি কনাগী অশোনবা অনাবা অহন নহা ব্রজবৈষ্ণব পুম্নমক লোইনা শুনা তিল্লরে প্রমুখ ওইবা মহান্ত খরদগী নাম থাজগে মহান্তশিং অসিগী নামশিং অসি তাবদা সর্ব্বপাপ কোক্-কদৌবোই নিংজৈ শ্রীগোপাল ভট্ট গোস্বামী নিজ শিষ্য শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভুগা বিরাজ ওইররে, শ্রীলোকনাথ গোস্বমী নিজ শিষ্য শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়গা লোইননা বিরাজ ওইরে, ভুগর্ভ গোস্বামী, শ্রীমাধব, শ্রীপরমানন্দ ভট্টাচার্য্য, শ্রীমধুপণ্ডিত, প্রেমী কৃষ্ণদাস, কৃষ্ণদাস ব্রহ্মচারী, রাঘব পণ্ডিত ( শ্রীনিবাস অমসুং নরোত্তমবু পরিক্রমা চিংবা বৈষ্ণব অদু ) যাদব আচার্য্য, নারায়ণ গোস্বামী, শ্রীপুণ্ডরীকাক্ষ গোস্বামী, গোবিন্দ, ইশান, শ্রীগোবিন্দ, বানীকৃষ্ণদাস, শ্রীউদ্ধব, দ্বিজহরিদাস, কৃষ্ণদাস কবিরাজ, শ্রীগোপালদাস ১মসুং শ্রীরঘুনাথ দাসনচিংবা মহান্তশিং অসি নিজ

নিজ শিষ্য বন্ধু বান্ধব লোইনদুনা হেক তিল্লকই শ্রীজীবগী কুঞ্জ অসি মহা বৈকুণ্ঠ হায়বদু ওইখরে মহান্ত ময়াম অসিনা হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌরকপা অদুদি করি হায়রুগনি কৃষ্ণকথালাপ তৌনৈ, গৌরকীর্ত্তন তৌই। মহান্ত ময়াম অসিনা মহা আনন্দগা লোই-ননা রাস মহোৎসব অদু তৌরে। শ্রীজীব গোস্বাইনা মহান্ত ময়াম অদু য়েংদুনা প্রস্তাব তৌরকই "মহান্ত পুন্নমক তাবিউ ঐনা খনজৈ শ্রীগোপাল ভট্টগী শিষ্য শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু, শ্রীলোকনাথ গোস্বামীগী শিষ্য শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয় অমসুং ঐগীদা লৈরিবা অঙাং শ্যামানন্দ হায়রিবা অঙাং অহুম অসি বৈষ্ণব গ্রন্থ তমজরে শ্রীগুরুদেবশিংনা খম্বিরমইবা গ্রন্থ ময়াম অমসুং ঐখোয় খ্বাইনা তৌজরিবা গ্রন্থ ময়াম অসি বৃন্দাবন্দা পৈদুনা লৈরে দুরদেশ ভারতকী মফম অতৈদদি মাসি প্রচার লৈতরে। ঐখোয়দি গুরুগী আজ্ঞাদগী বৃন্দাবন্দগী মফম অমদা চখোকপদু য়াদরে গ্রন্থশিং অদু পাঠ, ব্যাখ্যা তৌদুনা জীবদা খংনবা তাকপা ঙম্বা শক্তি লৈবা মী দরকার ওই অঙাং অহুম অসি মাদুগী মতিক চাবা থোকই মখোয়বু পুর্ব্বদেশ রোমদা থাদোকলগে লাইরিক ময়াম অসিগা লোয়নদুনা, অসুম হায়না খল্লি মহান্তশিংনা করি হায়বিবগে আজ্ঞা নিজরি" হায়না প্রস্তাব তৌরকই।

মহান্ত ময়াম অদুনা রা অসি তাবদা সাধু সাধু হায়না লাওরকই— লোকনাথ গোপালভট্ট গোস্বামী অনি নিজ নিজ শিষ্য থাদোকনি হায়বগী অন্তরদদি খর রাই অদুবু শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য

প্রভুগী উদ্দেশ্য সাধনগী ভাব হেক খল্লকপদা অতুক মুংশিব শিষ্যশিং অদু থাদোকপনা ফবনি হায়বা বিচার অসি তৌতুনা সম্মত প্রকাশ তৌরে অদুদগী ময়াম লেপ্লরে লাক্লিবা অগ্রহায়ণ থাগী শুক্লা পঞ্চমী সুমিত্তা বৃন্দাবন্দগী রওনা তৌবা হায়না। শ্রীজীবনা অদুদগী মথুরাগী মহাজন অমদা মোমজামানা মথক কুপ্পা চেকশিল্লবা সিন্দুক উপু অচৌবা অমা মাদু চিংনবা গাড়ী শল অকনবা মরি গাড়ীরান অনি অদুগা অস্ত্রধারী মী তরা অমা, উপু অদু রক্ষা তৌনবা থুনা লাংগকলো হায়না আদেশ তৌখরে। মহান্ত ময়াম হুম্নখরে। লেপনখরিবা প্রস্তাব অদুগী মতুংইন্না চত্তবদি য়াদবনিনা শ্রীবৃন্দাবন থাদোকত্তুনা চৎকদৌরিবা যুবা অহুম অসি চৎকদবা মতম নকশিল্লকলবা অদুদা অরাপ অরাপ্পদা লৈখরবা ব্রজবৈষ্ণব পুম্নমক্কী কুঞ্জ কুঞ্জদা চৎতুনা বিদায় নিজবা হৌরে ব্রজদা হেক লৈরিবা গোস্বামী বাবাজী পুম্নমক্কা কৃপা আশির্ব্বাদ পিবিরে অদুদগী শ্রীনিবাস আচার্য্য প্রভু নিজ গুরুদেব শ্রীগোপালভট্টগী কুঞ্জদা চৎতুনা বিদায় নিজরুই গুরুনা আজ্ঞা তৌবিরকই "বাপু। শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী উদ্দেশ্য সাধনগী দময় জীববু থরাই য়াওনা আচার নিয়ম সেবানচিংবা তাকপিউ ঐগী জীবন অসিদা ঐনা লাকত্তুনা নংগা উনরবদি, বৃন্দাবন থাদোকত্তুনা চৎপ য়াদবনিনা আশা লৈত্তরে অদুনা নংহাক অমুক্তদি বৃন্দাবন্দা লাকখো ঐগা অমুক্তদি জন্ম অসিদা উনখিসি হায়ত্তুনা নিজ শিষ্যবু আলিঙ্গন তৌবিত্তুনা গুরু শিষ্য প্রেম তৌনখি শ্রীনিবাস গত্তি লৈত্তবনিনা গুরু থনমত্তুনা মধ্যবৃন্দাবন্দা লাক্লে।

শ্রীনরোত্তম ঠাকুর মহাশয়সু শ্রীলোকনাথগী চিকথরবা কুঞ্জ অদুদা মতোমত্তা চৎতুনা বিদায় লৌবা চৎলি। গোষাইনা ঠাকুর মহাশয় য়েংশুহনা নয়ন অনিদদি প্রেমজলনা শিন্থরগা হায়রকই "নরোত্তম! নংদি ওহ্নোকনা কল্লবা প্রতিজ্ঞাবু তৌর-বনি অদুগা নংনা চৎখরগা লৈরুগদবদি ওহ্নোকনা অকিবগী মশক ওইরবা ঘোর সংসারিক বিষয় মরক্তা লৈগদৌরি ঘোর বিষয়াগী মরক্তা লৈহনা কর্ত্তব্য পালন তৌবা হায়বদু অরুবা অমনি। অদুম অদুম ওইনমক ঐনা খংই নহাক অসি পদস্খলন চংশিনখিবা অদুদগী খোংফম হনবদি হল্লরোই হায়না নিংই। বাপু ঐনা নঙোন্দা করিমুক তাকনি অদুক ঐনা হায়গদবা হায়ববু দিবা নিশিদা ভজনানন্দ তৌহনা লৈয়ু। জীববু উদ্ধার তৌবিরমউ অদুগা নরোত্তম! কাওগনু বৈষ্ণব গ্রন্থনচিংবা পাঠ তৌহনা জীবগী উপকার ওইনবা প্রভুগী ইচ্ছা পুরণ ওইনবা দিবা নিশি পরিশ্রম তৌহনা নংগী জীবনা লৈরিবা মথৈ কল্লা হোৎনৌ বৃন্দাবন্দা অমুক হল্লকপা য়াদে জীবগী মঙ্গলগী দমক যথা সাধ্য হোৎনহনা অদুম্মক লৈউ" হায়না হেক হায়রকই। নরোত্তম গুরুগী বাক্য—"বৃন্দাবন্দা অমুক হল্লকপা য়াদে" হায়বা রা অসি তাবদা বজ্রনা কোক্তা ইথং থংহোদনা তারকপদৌনা হতাশ হেক ওই অদুদগী শ্রীগুরুদেবগী বদন অদু য়েংলগা নরোত্তম প্রেম তৌহনা গুরুগী চরন্দা তুখরে।

লোকনাথ নরোত্তমগী তৌরিবা হৃদিদা রাবা প্রেম অদু উহুনা হৃদি পুবা ওম্মক্তহনা প্রেমনা গদ গদ ওইনা থবাক ফুল্লহনা

রা মচেৎ মচেৎ ওইনা হায়রকই "বাপু নং অসি ঐগী আদি মধ্য ১সুং শেষ শিষ্যনিকো ঐগী হায়বা অভোপা শিষ্য অমা লৈজদ্দরবা। ঐমক্তি জন্ম অসিদা শিষ্য থনম্মরোই নিংজবনি অদুবু প্রভুগী লীলানি ঐহাক নংগী নক্ষমদা পরাজয় ওইরবনি অসিসু প্রভুগী ইচ্ছানি প্রভুগী ইচ্ছা অদুবু ঐনা করম্না লংঘন তৌগনি জন্মদগী বিরহ দুখ হায়বদু লৈহন্দরবা কনাগী মী অম-তগা সম্বন্ধ থমজরক্করবা ঐহাকনি অসিবু শেষ কাল অসিদা নহাক্কী বিরহগী মৈচাক অদু পাল্লরে নংনা ঐগী সেবা তৌরবা অসি কনানা অদুমনা তৌবা ঙমগদগে জগৎ অসিদা আদর্শ ওইনা লৈহৌরগনি। বাপু ঐসু অহন ওইশিল্লকলে কুইররোই অদুগা নংসু প্রভুগী উদ্দেশ্য সাধন ওইনবা হোৎনবদা অতৈক লৈখরগনি অদুনা হৌজিক নংগা ঐগা উনরিবা অসিনা লোইরে জন্ম অসিদা অমুক উনররোইদবনি" হায়না কপ্প কপ্পদুনা হায়-রকই। নরোত্তম গুরুগী বাক্যশিং অসি তাবদা কপলম্বদগী মূর্চ্ছা ওইদুনা মফম অদুদা তুখরে। লোকনাথ নোরিবা মশক মতৌনা ফজরবা নিপা মচা শিষ্য অদুনা উযুল রাইফুল ইতৈ তৈদুনা বিরহগী ভাবনা কনমনখিদুনা নয়ন অনিদদি প্রেমনা ইরা চেল্লদুনা মাংদা মুচ্ছা ওইনা তাদুনা লৈবদু উবদা থমোই অদু হেক কাইথিগদৌই অদুদগী শিষ্য অদুবু কোনখৎপিদুনা লাকনৈ ঙহাক মুচ্ছা ওইরুরগা জ্ঞান লাকলে অদুদা লোক-নাথনা করি হায়রকই "নরোত্তম শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা ঐঙোন্দা অদুঙৈ হায়খি নখোয় ঐখোয়না সংসার অসিদা পোকলরিবা

অসি সুখ ভোগ তৌবা লাকপা নত্তে জীবগী মঙ্গল উপকার তৌনবা সেবা তৌনবা লাকপনি হায়না তাকশিখি অদুনা নহাক খোইনা রাকুরগনু, প্রভুগী ইচ্ছা, জীব উপকার তৌবা, অদুগা নংনা চৎকদৌরিবা অসি জীবগী মঙ্গলগী দমকনি, চৎলু থরাই য়াওনা প্রভুগী নিংবা থুংনবা রাধনফুম তৌরো অদুগা কাওবত্তদি কাওনমুসি নরোত্তম। ঐবু সংসার অসিদা নিংশিংবিগদবা মী অসি নথন্তনিদো অদুনা কাওগনুকো" হায়দুনা মঙ্গল বিদায় পিবিরে। নরোত্তম পুকনিং অদু ফাদুনা গুরুগী কুঞ্জদগী লাক্লে। মাসি গুরু শিষ্য অনিগী জন্ম অসিগী শেষ দেখানি।

বৈষ্ণব পাঠকশিংবু! লোকনাথ গুরু অদুগা নরোত্তম ঠাকুর মহাশয়না শিষ্য ওইরিবা প্রসঙ্গ অসি য়ুম্না খন্দুনা বিচার তৌসি গুরু ১সুং শিষ্যগী লক্ষণ করম ওইবা হৌনবগে হায়বদু মূর্ত্তি অনিসিনা উদাহরণ ওইরে। শাস্ত্রনা থারিবা লক্ষণ ময়াম অদুদগী অমমমদং মকম অসিদা হাপচগে।

বিষ্ণু স্মৃতিদা

পরিচর্য্যাযশোলাভলিপ্সুঃ শিষ্যাদ গুরুর্নহি।
কৃপাসিন্ধুঃ সুসম্পূর্ণঃ সর্ব্বসত্ত্বোপকারকঃ।
নিস্পৃহঃ সর্ব্বতঃ সিদ্ধঃ সর্ব্ববিদ্যাবিশারদঃ।
সর্ব্ব-সংশয়-সংচ্ছেত্তাহনলসো গুরুরাহৃতঃ॥

শিষ্যদগী সেবা, যশ, ১সুং পৈশা লৌনিংইবা পামইবা মী অদুনা গুরু ওইবা যোগ্য নত্তে অদুগুম্বা মীদা গুরু ওইবা হৌনদে অরেম্বনি।

গুরু ওইগদবা মীদি করম্বনো— কৃপাসিন্ধু ওইবা সর্ব্বগুণ্না তিল্লবা, জীবগী উপকারদা তৌনিংলবা, লৌনিং চানিংবা পুকচেন চেন্দ্রবা, সর্ব্ববিষয়দা সিদ্ধ ওইরবা, বিদ্যা লৈবা, সংশয় পুম্নমকপু ছেদন তৌবা শুম্বা ১সুং অতনবা হায়বা স্বভাব লৈত্রবা অদুগুম্ব মী অদুনা গুরু ওইগদবনি।

বৈষ্ণবশিংনা য়েংবিউ হন্দক্কী নরোত্তম ঠাকুরগী গুরু লোকনাথ গোস্বামী অসি শাস্ত্র সম্মত ওইবা গুরু নত্তবরা? ঐনা নিংজবদি ওম্মোকনা ফজনা যোগ্য ওইরবা গুরুনি নিংঙৈ। মথক্তা হায়রিবা গুণ পুম্নমক অসি তিন্দুনা লৈরবা লোকনাথনি। কনাগুম্বা জীব অমনা গুরু ওইবিউ হায়দুনা পদাশ্রয় তৌররবা মতম অদুদা গুরু ওইবিগদৌরিবা মী অদুনা করি খল্লি শিষ্য অদুদগী করি পামই। ঐনা নিংজবদি কনাগুম্বনা শিষ্য অদুদগী পৈশা পামই। অদুগা কনাগুম্বা অমনা শিষ্য অদুদগী প্রেমভক্তি পামই। বর্ত্তমান কাল অসিদা অহানবগী গুরু জাৎ অসিনা থর য়াম্বা মাল্লে নিংঙৈ অকোনবদা হায়রিবা গুরু জাৎ অসি য়াম্না তাংখরে। অদুগা স্বভাবতঃ গুরুনা দক্ষিনা লৌবসি শেল পাম্মগা শেল লৌ অদুগা প্রেম পাম্লগা প্রেম লৌ অদুগা মী অমদগী পোৎশক অনি অসি ফংবা য়ারোই শিষ্যদগী পৈশা লৌরবদি প্রেম ফংবা য়ারোই প্রেম ফংগে হায়রবদি পৈশা লৌদবা তারে। হন্দক্কী লোকনাথ নরোত্তম অনিগী তৌনরিবা অসিদি পৈশা পামদবা প্রেম পামবা গুরুনি। শিষ্যসী মঙ্গল, ভক্তি প্রেম পাম্বা গুরুনি। অসিগুম্বা গুরু অসিনা থারকপা



বীজ অদু কয়া ফজনা মরু অদুনা হৌরকইবা পাম্বী অদু কয়া নিংথিনা নোইপেম্না হৌরকপা মশামরেং কয়া ফজনা পাকনা চাওনা লোংঙকপা সর্ব্বজীবনা আশ্রয় তৌদুনা ছায়া অদদা পোত্থাদুনা শান্তি ফংইবা অদু নরোত্তমগী ওইরক্কদৌরিবা জীবনগী প্রসঙ্গ তাবিরগা খংবিগনি। বৈষ্ণব অয়াম্বনদি মাদু হায়না খংবিরিবনি। মনিপুর হায়বা লৈপাক অসিমা শাখা প্রসাখা অদুগী মথাদা চংজদুনা ছায়া ফংজদুনা শান্তি ফংজরিবনি লৈপাক অসিদা ডায়া পিরিবা শাখা প্রশাখা অদুদি কয়া পাক চাওখরবা মাদু খন্দুনা য়েংবিউ। মরু ফবনা পাম্বী ফবা মশা মরেং নোইনা পেম্না পাকনা চাওনা হৌরকপা ময়েকনি। অদুগা বীজ অদু অশেংবা অফবা বীজনি হায়বদু ময়েকনা তাবনি করিনা শ্রীলোকনাথ অসি মথক্তা বর্ণন তৌজখরে বৈষ্ণবশিংনা খংবিরিবা অদুনি পোক্লকপদগী শেংনা ফজনা তরু তরুনা পোক্লকলবনি মহা বৈষ্ণব ওইরবা ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী অনিনা তাংনা পোকচরবা লোকনাথনি লোকনাথ হেক পোক্লকপদগী কৃষ্ণপ্রেম লোইনদুনা লাক্লবনি চহি ১৬ শুরকপদা কৃষ্ণপ্রেমনা ঙাংদুনা অদুক মুংশিরবা পিতা মাতা অনিবু হেক হুম্ন য়েংদনা হুপ্লেক্লম-দুনা প্রভুগী আজ্ঞাদগী শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকপনি চিরকৌমার আব্রহ্মচারীনি শ্রীবৃন্দাবন্দা চহি ১৬ বয়সদগী সাধন ভজন প্রেম তৌদুনা প্রেম ভক্তি উপার্জ্জন তৌরকপা অদুনা নরোত্তমনা বৃন্দাবন্দা লাকপা কাল অসিদদি লোকনাথকী বয়স ৫০ চহি য়াঙ্খেরোম অবস্থা ওইরবনি অদু শ্রীবৃন্দাবন্দা নিশ্চন ওইনা

লৈহৌন চহি ৩৫ । ৩৬ চংনা লোমহৌনা তানশিঙ্গরবা পৈশিল্লক্খবা প্রেম ধননি কনা অতোপ্প শীষ্য সেবক অমনম্ম থাহৌনা লৌথোকখিদরবা মহা রত্ননি। মাহাক্ নরোত্তমনা ভক্তিগী বলনা ফংবনি শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী লীলানি ইবুঙো মহাক্কী অসীম দয়া অসিবু কন্নমনা বর্ণন তৌগনি প্রভুনা নদীয়া বিহার তৌদুনা নিমাই পণ্ডিত হায়না সর্ব্বসাধারণমা খংনবা কাল অদুদা জীবগী উপকারগী দমক পুব্ববঙ্গ রোমদা শ্রীপাদ অদুনা লেংবিরক্লমই পূর্ব্ববঙ্গ হায়বদি বর্ত্তমান শ্রীহট্ট কাছার অসিনচিংবা দেশশিং অসি য়োবিরকুনা শ্রীপাদগী ধূলি থমবিরমই। লাইবক থিরবা মনিপুর জাতি ঐখোয়গী চিংনা কোইশিন্দুনা করিমতা উপাই লৈজদরবা মনিপুর হায়বা লম অসিদি য়োবিরকলমদে। অদুম ওইবা দুর্ভাগ্য ওইরবা মনিপুর অসিগী মঙ্গলগী দমক অন্তর্যামী শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুনা চার শেমবিদুনা অকবা বীজ মথং মথং শিন্নরকুনা মনিপুর য়োহনবিরকতুনা মনিপুরগী জীব কযামুক্কী ভবসাগর পার তৌনবা উপায় শেমবিরমই। মাদুগী দমক তব চরণবু কাওবা য়াদে প্রভো জন্ম জন্মদা তব চরণবু কাওজদবা কৃপা পিনবিউ।

